অহানবা - শরুক


অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ

কী

অম্পুনব খোংজৈ


# কংসবধ

# কংসবধ

## সর্গ অহানবা

নিংথৌরেলগী মপোক্ত মুক্তা থিন্দুন পোকপা
লাইপক চিংশানাপোম্ন সনজিংবু ঙমজব,
ভোজবংশ মহীয়েন য়েক্রমাইথি পিবদ
ইন্দ্র শোরারেনগুম্ব মাগী মিংলেন তাবদ
মবোন তারামম্নিবু থক থক নিক্ক কিনব,
মধুপুবগী মবুঙো কংস কৌবা নিংথৌবেন
নিংথৌশিংগী মকোক্কী লুহুপ মণিমণ্ডান্ন
চরণ-লৈতেং ওইখিবা, প্রলয়-ঈচাউ ঈথিন্ন
য়ৈথেক থিজাই ঙমদবা, স্নজিং ফৈরেন তাবগুম
পাঙ্গল চাওবা মহাক্কী পুন্সী মৈবা অত্তুবু
করম হাঙ্গন মৃৎখিবা—হাঙ্গয়ু ইমা ভারতি।
রাহৈ লৈহি পিনবি। করি করম তোহ্নন
ব্রজরাজ মপারি যশোদাগী পুন্সী লন
কৃষ্ণ কোলোয় মিংগৌন শায়োনখিব হরিন
হী-ও য়াই-ও কোন্নব মাগী কোক্লেন অত্তুবু
লুহুপ কোকথোল লোইনন মালেম থক্ক থাদবা—
ইমা লৈবাক লৈমগী 'রাবা—অরাম কোক্তুনা
অতিয়াগী লাইযাম্না পারিজাৎকী পরেংবু
ইবুঙো মাগী ভক্ত হুকচখিবা রাবিদো,
তম্বিষুনে ইমান লৈয়েংসিদ কমহুনা।

খুরুমজৈদো পলেম্নু তোল্লবদি নচান
ভক্তি লৈগী চরোংদ নোঙ্গ চন্দোন চাইহুনা ;
পংলবনি নচাদি কৎনিংঙাইদি করিম্নু
লৈজদেদো ইমাও নোঙ্গ ভক্তি নত্তনা।
নংগী থোজান ঈরান নর্ম্মদাগী তোর্ব্বান্দ
কালিদাস কবিন অহুৈদ শকখিব
ঈশৈ-বীণা তোরৈদো হৌজিক ফাওবা চেল্লিদো .
মাইকৈ তরা অসিদা সমদ্রু ঈরাং লান্না
মাগী মিংলেন শোন্নব ইমা নংগী থোজান্নি।
'তুম্ব থৌজাল লাইজগী লিক্লা'মত্তং নিজবা
নপারি লাইবক চাওববু 'তোল্ল-'তাংনি থন্দুনা
ইমা নংনা চানবিয়ু। নংগী কল্পনা কৌবি
জগোই হৈবী শখীদো খোংলোই থৌগন থাহুনা
লৈয়েংসিদ কম্বিয়ু ঈরাচ্চগে ঈমাবু—
কবি মংলান বেদীদা। নংগী থৌজান কংসগা
শকচগেদো ঐহাকম্নু তাইবং ঈখোন নরক্ত
তাইবং মরোন লোহুনবা চোঙা তেনৱা মতৌগুম
* স্নাগী তাংবন ফমথক্ত স্নাগী চৈবুন পাঙ্গহুন
ঙাম্হোইরক্লে নিংথৌরেন ঙসি রাজ সভাদ,
ক্ষেত্রি-পাথৌ শিংলকী লাইপক চিংলাই থোংহুদ
তোমখিন ঙানব মুক্তাগুম মতিক মঙান চাউরবা
মাগী মতিক মগুন্দি করিগবু পাসিবা।
স্নজিংগী মতোন্দ সনাগী চিংদোন অরাংব
মান পিব মঙান্ন বিশ্ব তাইবং ঙাম্হোইব
মাহু ওম্ন লেমজব ঙসি ঐগী নিংথৌনি।

সভা'যাইদ লেংথোকপ করিদ মনিংশিলো—
অতিযাদ থোক্লিব থরাম্মিচাক মরক্ত
নাইতোম ঙানব থাজদো মমাই খুন্ন লোৎখনে
লৈবাক্কী অঙম অথৌশিং ( মশিং থাব ঙম্লেহ )
কোঙ্গন কোঙ্গন ফমহুন নিংথৌ থৌগল তৌজদি
থরাম্মিচাক মপৈন থাগী কোঙ্গব মাইকৈদ
তনিক তনিক ঙানবগুম মাইথোং হাযবগ নোঙ্গন
নিংথৌগী ঈঙ্গিং যেংজবি। সভাগী ফজবা
কবম হাঙ্গন থাসিগে ? থিক্লেশ্বদি অঙাংন
অত্যা শোক্লে লাম্বগুম মমিং তাংবা অহন্না
থাগী মশক থাবগুম লৈতোন কাইবা এহাক্ল
অঙাং যান্না খোঙ্গেন্দ ফজবহু শিংথাব—
মল্লোংনস্থ শোইনাইবা মতৌদস্থ মান্দব,
লৈচন খংদব মালীন লৈপল্লেং লেংবদ
লৈকোক লৈমৈ কাঙ্গহুন লৈগী গুণবু মাংহংব
ননাই ঐগী শৈছক্লি ম্লাগৌ অচৈ থাবিন্স।

ফজ্জে হাঙ্গদ সভাদো মনি-মুক্তা ঙাক্কন
থাম্ন হৎন শেন্নব লিক্লাইগী মুম্বী পরেং,
মাহুগীদি মথক্ত নুঙঙৌন শাব ফমথক—
নাপুমানবা অঙাংব শংবান্নব মনিন
লৈগী চবোং শাহুনা যেক্ল খোৎন থেৎলিযে।
অহুগীদি মরক্ত মনিশংব অঙাংব
লৈগী মচু মেমানব মতুম মতুম ম্লাম্বন্নি—
নোংথাংলৈমন মহুদ লৈন জগোই শাজবি।

হুমাং কাংলব সভাসদ, মিৎলৈব লৈতন
লৈদ তুম্বক য়ৈশিন্ন তুনিন তুমিন কম্লম্মী।

ঙাহাক পুঙ্গোই লৈবগা নিংথৌ খুয়াখাহ্নদ
তাংজলিংলা কৈজিগুম খুকখুদক কুন্দুন
খুৎকী জোড় তৌহুনা লৈযেং তনিক তনিক্
চিঙ্গোই মপাউ মেল্লকপ কনা ঙইরিগদবনো ?
নিংথৌ ঙম্ব অঙম্ব সভাসদতি অথোইব
কোলোয় মিংন চানুর মন্দ হৈব অথৌব
থৌগল্লোন শৈশক্ত বেদেংব ব্যাসগুম্ব,
লাইরেন মিৎলৈ তাবগুম স্নামাইথোং য়েংহুনা
নোঙ্গরাহৈ থারকপ কয়া পুক্লিং হুবনো ?
"হে নিংথৌ-ও ইনিংথৌ ঐবু লোইবা লৈমাব।"
ঙসি স্নাচরন্দ অয়োন অরান ঙাকপিম্ব,
চরণখাগী ননাইনি চরণখাদ চংজরি।
স্নামাইথোং লাংশিনবা ননাইনা রেংব রাখরে,
স্নাপুক্লিং লকাদ নোনা হুল্লকপ করম্ব,
রাখল ময়োল চোংবন মাইথোং অহু মক্লিব ?
পাকচাওব্রব 'তিয়াদ পিক্ল লাকপ লৈচিন্ন
কোরৌ কিথুম্নবদ মালেম অসি মম্বগুম
ঊনবী থম্মোই লাযুমদ কুপ্লতাব রাখনগী
মিরেন মশা অমনা স্নামাইথোংদ লাংবুদ
সভা অসি মমখরে।, তাকপিযুনে ইনিংথৌ
মাইথোংথাজ লৈপুন্দ রাখনরাহু চংবদি
কনামগুং লাংগীনো ? সভাপুম্ব ঙসিদি

লৈয়েংখৎপ ওয়দরে, নংগী নোংদম ভাইবদ
ওলাংথাগী খোঁগংব নোংগৌবীন তৌবগুম
থম্মোই চরৈ কংলব ননাইশিংগী মপৈনি।
তাউথবিবো ইনিংথৌ য়াথং লাইজামৃতদো
খোঁগংলব ননাইগী থম্মোই অসি ইংলগে।

মনাইগী য়া তাবদা মংলানপরৈ থোক্লব
স্নামাইথোং থাজদো তগুপ তরেন কাংলকই,
ফুইন হোনব শোরন অয়ামিতম্নহুন
তপ্লে হাঙৈব খোস্থাংন জবাল্লেহি চাইবক্লে
তয়ুম-ও হে অঙম্ব। করিবুদি হাঙৈসিগে।
ঐগী পুক্লীংলকাসে কুইন মকালাম্মক্লে,
চাবথকপ হৈনিংঙ্গে ভুম্বহিপ্ল কাউখরে,
হুন্নত য়েংবদ থম্মোইদ শাংব মৈরিসে
মুৎপ ওম্ব কনাবু ঐগী নাক্ত উদরে।
য়েক্লবন অসোমদ নোংম নোংম চাউখৎলি,
ঐগী মীন অসোমদ নোংম নোংম্ হুম্ব্রি;
অসিন হে তয়ুম-ও। নিংঙাইদুনা লৈওম্ব
য়াখল্লৈব কনাবু য়াওবগেনে তাইবংদা?
মুনিংচুপ্প ঐহাক্কী থম্মোইল্লকাম্নংশিদ
লাইগী বাণী অত্তুবু মুৎপ লৈতে, নোংমত,
লশিংন য়োম্ব মৈগুম লীন কন্ন পুন,
পুক্লিং অসি চাকথেক্লে, মাহুতগী মৈশান
ইক্রিপুম্ব লাংশিল্লে, হুকচাংপুব ওম্মক্লে।
কাংখদ লিনচংবগুম থুজিন্দা ভুম য়ুবগুম

চিদাই অকোইবহুদ সনরূপ লৈনাদ
মুক্তা পবেং পবেংন কুংন লংন য়াম্লিয়ে—
মনাপুংব লৈনাদ মচু য়াম্বা লৈবাংন
মথেন্নাইম শাংলগ তাইবং পুক্নীং শুক্নংপ
মাহুবুদি ওমঙ্গব ওসি' সভা লৈথেন্নি।
নুপান মক্তেন ওইহুন স্নান মুংজেন্নব
মুগাবংন শারব মচুপুম্ব তিল্লব
থাকন মথোন তরেৎন নিংথৌথক্ত লৈতেংলি।
নিংহু তাব নিংথিবী পাম্বোম খুৎহাই ফজবী
শামান্নবী মম্নিন কাংহাই চামর পাঙ্গহুন
নিংথৌ থোগন তৌজবা পুক্নীং হুন ফজেদ।
চামব শউম ফংবদ থাকন হাইফেং লেংবদি
মালং ইহুম তাবদ সন্দ্রুগী ঈগ্নাইদ
ঈথক্ক জগোই শাবমুক ফজেদ হাঙ্গনৈদা।
শক্ত চুদ শাবান্দ মদনমঙ্গ মাঙ্গথিব
শমুপাখং মম্নিন আঁন অনি লেপ্তুন—
অমন খুদৈশেল অমন কাওশেল থোগল্লি,
অমন স্নাগী কাগোক তাম্বুল পান হাপনব
অমন স্নায়োম্ব খুদোং তানচান খঞ্জরি।
ফিজেং লৈতোন চপচান নিংথৌমনাই মপৈন
চোং শেকপিন পে অন্নঙ্গি অলংকার পাঙ্গহুন
মাঙ্গকৈ কোঙ্গন থৌগল্লি, মাহু মতৌ তম্বদি—
মহুংখর নৈরগ ইন্দ্রপ্রস্থ কোম্নুংদ
'রাজসূয় যজ্ঞদ, যুধিষ্ঠির নিংথৌবু
ভীমার্জ্জুন থৌগনব মাহুতন মানখিরে।'

খুত্ত চৈবুন পাঙ্গৈহ্নন থোংশংবন থোঙ্গান্দ
নন্দি ভৃঙ্গি অনিন মহাদেবগী স্নথোং
শেনবগুম্ন চেকশিন্ন সভাথোংদু ঙাকপদি
তুমিৎকাংদগী লাইফাওব পাক চংব ঙন্নমদে।
হে নিংথৌবেল অথোইব পৃথ্বীথক্ত য়াইকৈদ।
বসন্তগী নুংশিব খাগী নুংশিৎ নামিব
সভা মাইকৈ ষেংহুনা লিবি লিরি হুন্নকই,
হৈনম লৈনম পুহ্নুনা সভাযাইদা চাইব্রবি,—
নুংশি পোৎলম যান্দুনা থাব ধূপ্পে থাউমৈনে
সভ্যশুন থুংহুন পুক্লীং মকা লামহল্লি।
কনাখুৎশেম হৈবন শিল্লাংলিব থৌবাংনো ?
বিশ্বকর্ম্মা মিংথিহনব খুৎহৈব ময়ন
অহুঙৈদ শাখিব লঙ্কাপুবী কৌবদো
মাগী মপু বাবণগী সনাতন শেন্নম
ক্কঙ্গে হায়ব সভান অসি যৌন নিংথিদে।

অস্নক নিংথিব সভাদ ঙসিদি করিনো ?
ৱাগী মচেৎ ঙাংদন তুমিন তুমিন লৈনবা ?
স্নামাইথোং লাংশিন্ন চুবা মোনবাংনহুন
পৃথ্বী লৈমাইথক্ত লৈদব মিৎয়েং তাহুন
লেংদব স্নজিংগুম্ন সিংহাসনগী মথক্ত
মৌনব্রত তৌবদি হে নিংথৌরেন অথোইবা।
করি ৱাখন লৈবগে ? ৱা কনামত্ত ঙাংদে
ঙাংবগী পাঙ্গনসু লৈরমদে করি মতৌনো ?
থক থক নিক্ক কয়বা নিংথৌঈঙ্গিৎ ঙাইবদ

য়েরুবন কোম্থোংদ মূন মূন চান্নরে,
হাৎসি হাঙ্গৈরা হাৎঙমদ্রে পুংসি হাঙ্গৈর পুনঙমদ্রে
অসুম্নবু পানবদি লোইদাং কয়া খাংগনি ?
হায কবিম্নুংদগীনো ঐন ইখুৎসিনরু
বসুদেব দৈবকী তাংজলিহ্না অনিসো
লুহোংপবৈ পুন্সুন য়েরুচারা শেম্নবা।
ইতোম্মগী থৌরাংনা ইতোম্মগী কর্ম্মন
ইতোম্মগী মাংনব ইতোম্মত শেমজরে।
ইঃ খনবদ তুজুংই, য়েরুবদি পিক্লিডৈ
হাত্তোকপন মচুম্মে হাঙ্গৈব রাখল্লুত্রন
'হেকপোকপদ অঙাংদো মুংপাকথক্ত থাদব
মুংথক্তদি তাদরে অতিয়াদ পাইখৎলে,
ঐবু হাৎকদবদি গোকুল্লমদ চাউখবে
অসিয়াদি হাঙ্গৈরগ ইরেন তম্ন মাংখিবা।
য়েংঙু সিবু কাবনো লাই য়াওরব ভ্রদো ?
ঐ লেপ্প মাংলেদো ইশাকঙব ভম্নরোই
রাখন অসি খনবদ চরৈ থৌগং লাইচুরে।"
রারম অসি তাবদ রাঙাংহৈব অঙম্ব
অমুক জবান তৌরকই, "করি রানো ইনিংথৌ।
সনাপুক্লিং লকাদ চিংনপরৈ হুকপিন্নু,
মাইথোংমকা লাম্বিয়ু থৌগৎ রাহৈ ভাকপিয়ু
সনাথৌগল লালুপ্ত ননাই ময়াম নৈজব্রি
নাইতোম পোকপ য়েরুব তুশিত্তন পাজগে।
সনাপুক্লিং হনবিন্নু উদ যম থৌরাং চাউবিয়ু
উদ্ যম কনবা মীবু লক্ষ্মীদেবীন চানবিরে।"

মতু ভাবদ নিংথৌরেন মনাইবু য়েংতুন
আশা লৈতব খোঙ্খাংন স্না য়াথং ভৌরকই,—
মুৎলমদাইগী মৈরাদ অশংব শিং হাপ্লগুম
শোর কণ্ঠ য়ৌরব খুলোল্লব 'নাবদা
হিদাক নৌনা থাবগুম নংগী হ্রাহৈ তাতুন
ঐগী আশা তেকখল্লে। উত্রদো হে তয়ুম ও।
ঐন কয়াদ হোৎনজে হোৎনব অপূর্ব—
উত্ত ঘিত হৈথিব হুংদ ঈশিং চাইরগ
পেৎলু হায়ব য়াদ'গুম মরু চেৎপ উদ্যমশিং
লোইন ঐগা মাংখিব খল্লুবদ ঐহাকসে—
হাইহত্তু না শিনিংঙ্কেদ। ঐমুক উদ্যম কনববু
পৃথ্বীথক্ত কয়ানো। আ। খনবদা হ্রাইদকো।
পারৌথক্ত নোংশাগুম কল্লে হাঙ্গব মক্তুন
লৈতেংলম্ব ঐহাক্কী নিংথিবব সভাদো—
ওসি লাইরেন নোংজাদ শিরমদাইগী খাংপোক্‌ম
মিত্ত অকি পোক্লক্লে, শরথাগী থামৈদ
লাইজময়েং তাতুন খরো খম্বাল কংপ্রব
লৈতেংদব পুপ্রীগুম অকনবশিং হ্রাৎলবা—
ঐহাক্কী সভাসে য়েংবদ শূন্য তারক্লে।
কম্ভৌবদ থোইদোকপ তৃনাবত্ত অথৌব
থা-কাদ্রিব অঙাংন চিংখতুন হাত্তোকপা—
শিরিষকুসুম পরেংন চিংগুউবু ফুকতৎপ
নৌন পোকপ শজিন সনজিংবু হ্রাইথুব
তাহৈদব হ্রাকন্নি তমফদব হ্রাহ্রীনি।
মতুময়াই চাউরব শকটাসুর মায়াবী

নাওশুমকমদ শুম্লিব অভাংম্নান ক্লাওবদ
য়াইবী প্রাণবু চুপখিব হেদ অভকপনি-ও ।
শামু অমোম লিশিংবু লাক্ল হাইন শাম্লবী
শাহিং চাবী পুতনা মান থোম্লাং থকপদ
থব্লাই য়াওন চুপখিব 'সিবু করি হাঙ্গৈসিগে ?
বিধিকৌব লাইহুন তাম্লোম্লন ত্তবন
ওইথোক্কব অপুম্ব লোইন ওইরে এ্রভোন্দ
বীরমিথৈ তানবদ পজেং কিম্লান থেংথ্রব
ধেনু বকনচিংব যণ শেল্লিডৈ মহাক্ল
শান্ন শান্ন হাত্তোক্লে শাম্লপোংকুম থুদেক্লে ।
চিংমাইথক্ত হৌজব পামেন উজ্জাউ অচৌব
মশামরেং অপুম্ব শোরারেনগী বজ্রন
শোইদোকপিব মতুংদ উজ্জাউ নাদো মতোমদ
লেপ্ল কংন মাংবওম অভাং মাগী মহুন
চাকথেক্লব ঐহাকসে শোঙ্গৈদনমক তুম্লনি ।
য়েক্লবন পিক্লিডৈ মাংহনবদি ভমদ্রগ
য়েক্লমান চাউব্রগ করম মায়োক য়াসিগে ?
অকনব অথৌব অমম্মম ওইন তুখরে,
মশামরেং য়াউদ্রব উগী মশক ওইহুন
ইতোম্মদ তাহুন মৈ'সিদ মাংলনি ।
লাইরৈপাক্কী ফজবী নাট্যশালা মাম্লবী
মাংলোই মুংলোই নিংলম্বী ঐম্বী পুরী লিংথিবী,
হরাও মীনোক মীথোম্ল মতম পুম্ব নিম্লম্বী,
তান মেনগ লোঙ্গনব মুরলী বীণা মথোম্ল ?
খোম্লৈকবী মুপীগী খোম্লোই নৈথেং ওইহুন

অহিং নুংথিন কাংদন ঈশৈ ঈথক হৌরম্মী—
কদায় হৌজিক যেংঙ্দো থুন্তাক লাঙ্খি নংগ্রব
যুমতোম্মে মতোগুম য়েংবদ মীকি খাংলক্লে।
অঙাং নুপী নহাগী মীকপ মীয়াও মীখোয়
তাব-হৈব ওমদন পুরী'নুংসি নিনথরে।
থৌরে হাঙ্গৈব তাশোয় হুয় হুয় খিনবগুম
খাংব ওমত্রে থম্মোইসে থাদোক্কুন ইয়ুমসে
লাপ্ন তায় থৈতুন উরক রারক য়েংতুন
মীরক মীতিন যাওদন লাইনিং পরৈ হুক্রুব
মাতুনবু পামজবে, করম তৌরে হাঙ্গৈরগ
থম্মোই অসি ইংগব মাতুতবু থিনিংলে।

মতৌ অসুম তৌতুন নিংব কাইব খোম্হাংন
হিক্ল হিক্ল কপ্লকপ নিংথৌ মাইথোং য়েংতুন'
মপূনিংব অঙম্ব চিঙ্গোই মপাউ মেল্লকই—
"ননাইবু লোইব ইনিংথৌ! স্না নাক্ত থৌগনব
পাথৌ লুচিং অয়াম্ব মশিং'মত্ত তেক্তরি।
শিখিব খর অতুদি সমক্র লৈচোন্দ,
ঈশিং খুজোক কনবগুম অত্যা মকোইথক্তগী
থরানমথি কেনবগুম শিংনাইদব থৌদোর্রি।
ননাই ইতোম্মক্তন কৃষ্ণগুম অঙাংদি
পাম্বোমতগী পাঙ্গম্ন চাম চাম পাজগে।
মন্দক্কব অকনব মুষ্টিক'ও অথৌব
মাগী পাম্বোম নামগী শব্দায়-শহুম তাবদ
বলরামগুম্বদি হাইহত্তুন তোকনি'

লাঞ্জিন পোরোন খংলবা শল্ল তোশন অনিন
লিরুং তেন্দোং পাঙ্গৈদন তেঙ্গোন মাংদ লেপ্লদি
শিবদূর্গা যৌনবু পাক হাঙ্গৈজিনব ভস্মরোই।
ময়াতন চিকপদ চিংজুম চিংজুম কেল্লব
বজ্রদংষ্ট্র অকনব সনানাক্ত লেংদরি,
থুক্তমতন থাবদ শামুলমশা তুরব
বজ্রমুষ্টি অথোইব তেঙ্গোনশিংদ চল্লিয়ে।
অমম্মমগী পাম্বোন্ন চিংশানাপোম শারব
কল্লে হাঙ্গৈব অকনব থোরে হাঙ্গৈব অথৌব
সনানাক্ত চারিব মশিং নাইদে থাবদ ;
নংগী ইঙ্গৎ অমুক্তং কংজবদ মখোইং
পাথোক্মিরান কংজগে হাঙ্গৈব আশানজুন
লৈজরিব ময়ানসে সনাপুক্রীং লৈতাখো।
অসি খ্বাইগী হেন্দোক থোইদোকপদি অমদি
শামুয়াইশা য়াইরোইব কুবলয়াপীড়ন
সনাকোন্নুং শেল্লিডে মমিং নাইব করম্ব
য়েক্কবন কৈদৌডে চণ্ডকপবু ভমগনি ?

য়োৎপু মৈদা ইক্রগ মখৈ কংন ভাংবগুম
মুখরব থাওমৈদ খাওচাক অমুক পিবদ
মৈরি নৌন কাবগুম পাথৌ জবান অজুন
নিংথৌ স্নাপুক্রীংদ থৌগৎ মৈরা চুরক্লে।
শরথাগী থাজিন্দ মমাই চোব পুত্রীদ
মকাকম্না শাংলকপ থম্বাল্লৈগী মতৌগুম
মোমোন মোমোন নোক্লকপ নিংথৌসনা মাইথোংদো

হন্ন হন্ন যেংহুন সভ্য ময়াম অহুন
"ঐন হান্ন চংগনি ঐন মাংদ থাগনি
ঐন মঙক থংকনি ঐন ঙকথি চপকনি
ঐন মবুক মেংকনি ঐন থাংন য়ানগনি
ঐন তান থিনগনি ঐন তেম্ন কাপকনি—"
মহৈ মহৈ হৌরকই ইনিন্নিল্লি সভাদো—।
কনান পাম্নোম তিংই কনান মথা চিকই
কনান খোংকম থিল্লি, জগ জুগার লাউহুন
রা রা লাউন নিল্লকপ মাইকৈ পুম্ব তারকই।
পিল্লিঙৈদ অভাংন শুমাং মাঙ্গোন কোইবদ
চোং কম্জুন শান্নব মহু উরে হাঙ্গৈরগ
মমা মপা কৌবন অরা অনাং কাউহুন
হবাউ হরাউ নোকপগুম মনাইশিংগী মতৌদো।
সনামিংয়েং তারগ মথৈ কংন পেন্দুন
য়াথং নাতে কাংলক্লে 'হাঙ্গৈয়ু তাসি অঙম্ব!
ঐগী ইশুং লাংগৈদ থরাই হকচাং য়োল্লব
ঐগী কিল্লা শাম্বনসে করম হাঙ্গৈন লৈরিবা
কনা অকন খৌবন কিল্লাথোংবু ঙাক্লিবা—?'
যাথং অহু তাবদ থৌগল্লোন্দ নোঙ্গব
রাহৈ পরেং থিহুন হঙ্গৎলকই অঙম্ব
"লিক্লাই বুঙো নিংথোবেন য়োইবু য়োইহেল্লিব-ও
নিপা লক্কামরিন পালি চাকশিন্নহুন
লিরুং খুত্ত পাঙ্গিহুন মপাম্নোংবু ঙাক্লিরে,
গদাপাঙ্গৈব লক্কানি মুষলপাঙ্গৈব লক্কা হুম
থাংগ তাগ পাঙ্গৈবন লক্কামরি অম শা।

মমুংথোংবু শেনবদ ঙাহাক পোথানদরি।
লক্ষ তরাহুমদোইন শাজেন চাউন ঙাক্লিব
সনথোংদি অচেৎপ থাখাদগী থুগাইব
ঙমগদব য়েক্লব মমিমকপু তম্ময়োই।
থানা থানা খুদিংদ লোইশং নাইন পুরিব
ভেঙ্গোন কৌজ থারগ অক্ষৌহিণী তরানি।
অম্বপ চাউব নিংথিন সাজ-সাজোন্নহুন
মমিংচৎন পাল্লিব মধুপুর কোম্নংনি।
মুন্ন সনামিৎয়েংন চিঙ্‌নোংদম্বিহুন
ননাইশিংগী থোৱাংদ অশোই অঙাম তাকপিম্বু।"

মনাইগী রা তাবদ নিংথৌ সনাপুক্লীংদো
অযুক নোংদোল লাইজন চামথোক্লব উনাগুম
তনৌ তনৌ তেকথৎলে, বসন্তগী অহিংদ
ঙাম্থোরকপ থাজগুম মোমোন নোকপ মাইথোনে
মনাইশিংদ য়েংলগ নোংদম্নক্লে য়াথংদো,
"য়েংঙু সিদো ইনাইশা। এনা শেম্ব পুরীসে
করম হাঙ্গীন লৈরিব, কিল্লা পুব লাম্মীন
করম হাঙ্গীন শেল্লিব ? খুম্বু খুৎলাই মপেন
করম হাঙ্গীন থমলিব ঙসি অত্তুক য়েংলুসি।"
য়াথং অতু তাবদ হরাওজব মনাইশিং
সনা থোৌগল পালিদ য়াওজনিংব পুক্লীংন
মহৈ মহৈ হৌরকপ ইরাং লাংলে সভাদো
সেনাপুব সর্দার মহৈ মহৈ থোক্তুন
কাজ মরোন লাউত্তুন ফৌজপরিং শাগৎলে;

মাংদ গদা পাঙৈবশিং মথংতুদ থাং পাঙৈব
অতুগী তুংদ তা পাঙৈব মথং মথং লেপনরে,
লিকং তেন্দোং পাঙৈবন নিংথৌতুংদ সাজোক্লে
অশ্বারোহী পদাতিক লোইশং পানব লাম্নীশিং
রথদোলায় তোংবন কৌজ কৌজ থোরক্লে।
পুং ঝাল পেরেশিঙ্গা নাগ্র মোইবুং তারকং কংশি
য়েরে ফুরে থোঙ্গংলে, 'তিয়া মাইকৈ তম্নকপ
মথোন অতু তাবদ 'তিযাথক্ত চোইরব
কুম্মেপাম্ব লাইশিংদো শমজি থাইন চেম্নেদা।
'বাশীখোংবগী কাংবু পেনাখোংবগী শঙ্খু
হেঃ চিশ্বব য়াদেদো, কনানবু থাগনি।
চোং ছেকপিন থান্দুন স্নরুপ্প দোলায় মথক্ত
কম্বে খোংনেৎ থাতুন ইন্দ্রপাব নিংথৌরেন
তেঙ্গোল কৌজ ময়াইদ তগুপ তরেং লেংখোক্লে।
তেঙ্গোন মাংজিং থাবদ মচু চামনিপানগী
ফিবান মখন মখল্ল ইরাংপাম্ব মালংগ
খৎন য়েৎন চৈনন যাত্রা পুংকম ক্লেনদম্লে।

থোরক্লে কজ-খোংলেং, পাক্লে হাঙৈব সড়ক্ত
ম্নাম্লে হাঙৈব কৌজদো তপ্ন তপ্ন খোংশাক্লে।
শামুময়া মচাংদ স্নাগী থাঙেন পুম্বোব,
থাঙেন-পুম্বো লৈচিদ কোঙোনশান মুক্তান
তগুপ-তরেং থিল্লব, লুপা-কৈরেন মমাইদ
মচু মঙ্গল স্তুরব, মুনিতগী লৈরোংন
য়েক্ল খোংন নম্লিব, 'স্নুগী মরক মচেক্ত—

পংক্তি পংক্তি পৈরিব, অশংব-ও অঙাংব
নাপুমানব অরাংব মচু মখন তিন্দুন
মুংন অমুক য়েকখোংপ, অত্যাশোক্ল ৱাংতুন
স্বর্গ কোম্লুং নিংথিবী অম্রাবতী কৌবীবু ৷
মিৎয়েং করেম্নবন তাথী কল্লক খোন্দম্মি।
দোলান পংক্তি মরক্ত পামেল উগী পরেংন
মনাপুংন হৌবন অরংবহ্ উবদ
লংখৎলব মিৎযেংদ পোখাহকচিক লাংহল্লি।
হৈগী জাৎন শুরব হৈরাংহৌব হৈকোম্লে,
লৈগী জাৎন শুরব লৈরাংহৌব লৈকোম্লে,
কুপ্প কুপ্প শেমতুন মীন শেম্ব খুৎশেমদ
মহৌশাগী লৈতেংন ফজ্ব লৈথেং হাপকৎলি।
মুংন ইঙ্গি শিৎলব তেঞ্জে মচুম খেংলব
পাক্ল শেম্ব সডকশিং য়েৎৱোই নাকচি অনিদ
কুংন লেংব পামেল্ল ছায়ামকম পিতুন
লম্বীচৎপ মীশিংগী অৱা মৈশা কোর্ক্লব্রি।
থরো থম্বাল থারিকথা ঈশিংলৈন থল্লব
মমাই চোনব পুম্রীদ ভানু কাওমৈপেন
হরাউ তম্নায়বদি মুঙাই হাঈদ লমদাদো
মপা লৈতে থাবদ হাঙ্গব খুদিন উৎপনে।

অহুম তৌব সহৎগী অপাকপদি লম্বীদ ৷
নিংথৌপুব তেঙ্গোন্দো লিরিখোইরি খোম্লক্লে।
নিংথৌ সেংলি উবদ, লৈপাক্লগী মুপীন, .
দোলান মথক্ত লেপ্তুন লৈ-কবোক চাইথরি।

লক্ত চুগী পবেংন থোঙ্গাল যৈন মুংলগ
হৈরুক-পান-লোইনন ঘোংক পূজা তৌহুন
ধূপ থাউমৈ মনিল্ল মঙ্গলগী শাজোন তৌরম্মী
দোলানথক্ত লেপ্লিবী কুলবধূ কজবী
মাইখুম ফিনা কাংহুন খুৎকী লাইখন মখাদ
নিংথৌ মাইথোং তমহুনা মিংচি তেল্ল থাঁরকই,
পুল্লপ পুল্লপ তিন্দুন থোঞ্জেন ৱাংনে থাহুন
উলুধ্বনি তৌবকই ; নিংথৌ সনাপুক্লীংদো
মথৈকংন পেন্দুন সনাফিগাউম্ফুংদগী
লুপাটাঙ্গ-ম্নাটাঙ্গ মখন মখন য়েনবিদো ।

মতৌ'শুম তৌহুন লৈপাক্কী মঙ্গল কংলব
লাইবককব নিংথৌরেন সহর মপাল পাংলক্লে
ক্রোশ'মম্মম মনুংদ থানা'মম্মম শেমহুন
খুংলাই পাঙ্গব লাম্মীন মপৈ মপৈ পৈরম্মী,
থৌবাং চাউব নিংথৌরেন ঙকই নংগী থৌৱাংসে
নংগী নতৌ তম্বদি লাইমরুম্ভ ঙম্মরোই ।
সহর চিদাই কোঈরিব চেকপল কোড় মথক্ত
সর্দারগী মপৈন খুৱক হাংদে লেপ্লম্ব
পাথৌ মল্লাই কাহুন। হঙ্গৎহন্দা চৎলিয়ে;
অৱাংব চিংগী চিংদোন্দ কৈ নোংশা মপৈন
খেক্ল ঙংন চৎপগুম থৌদেম-শব্দায়নরম্মী।
মাইকৈ মরিগী সিংহদ্বার চেৎপক্ল থিংলম্মী
মরোন তরামন্নিন অমুক্তদা হৌহুন
থুগাই লংজিন থিরকপা উরিং হেন্দাং শরুন

লংদ লংব থাতুন উচেক শান হৈত্নন
চিলোক্লন থেংলিব—নিংথৌপুব দোলায়দো-
কৈনতাব শাথেক্ত ৱাহোং জগোই তমজন
নোম্ন হাইন লাকপদি কন্নিগব্ পাগনি !
শামুলাইশা শানিংথৌ ঐরাবতকী মনমদ
মনিতাইবোৎ থোংলগ সনা খোংনেৎ ওইরকপ
লাইবৈবাক্কী নিংথৌবেন শচীথংলেন শোরারেন
লাইয়াম ফৌজ পুত্নন বৃত্র লাম্বোং থোরকপ—
মত্গদি মান্নেবে অতৈগদি পাইহেদ্রে।

হুমিদাং ৱাইগী মতম চিংয়া ভাম্বা নুমিৎন
তময়া খেঞ্জোংনরক, শাংথ লেংথ পাইরকপ
লৈচিন ফিশাং পরেংন সনা ম্রহি লাকুন
অত্যা ফিজং খনবদ্ কুল্লেকুচু লময়োব
তাইবং মমিৎ শেংনব কালগী পৃঙ্গোই অত্নদ
সনামক্ত পুল্লব মনিমক্ত থান্নব
দোলাই থক্ত কম্লিবা নিংথৌরেনগী লুহুপ্ত
মনিপবেং ঙানবদি করিদ মকজবনো !
চিংয়াতানব হুমিৎন মনিমঙান অত্নন
মাইথিচৈনা কংত্নন খোংকাপ শক্ কনখরে !
শরূপ পুব লমশান শামুশরূপ ময়াইদ
চিংন ল্লেম্ন চৎপগুম পাক্ল চাউব ঈয়াইদ
মালং ইহুন ইন্দুন তপ্লি তপ্লি-তাউরকপ
হিয়াং হিরেন মতৌগুম তেঙ্গোন ফৌজ পুত্নন
নিংথৌপুব দোলায়দো কোম্বংলম্বি লান্দুন ।

স্নখোং মপান থোন্নক্লে ব্লাজপথ য়ৌন্নক্লে।
সন্ধ্যা পাউজেন পুন্নকপ মালং ইপোম লাংতুন
তেঙ্গোন কৌজপুম্নমক অন্নাপোখানন্নকলে,
নোক্ল খেন চত্তুন মথৌদাংবু থিনন্নে—
কোন্নুং কোঈব চেকপনগী মাইকৈ কোঈদ চত্তুন
অচেৎ অকোম য়েংলকই ; কিল্লাশংব লান্মীন
মনিংথৌবু উবদ খুবাম চাংজৌ লৈতান
কিন নোম্ন খুরুমজে, মতিক চাব নিপান
পনঙাক লেংথোং পুবদ নিংথৌ পুক্লীং হন্নাউই।
মাচু মথং থোকপদ সভাকৌজ তেঙ্গোন্দো
লৈবি চুম্ন থোবক্লে, লাইন্নেন মথেক শাতুন
বাজপথ খুদিংদ কোঈন কোঈন চৎলক্লে,
ন্নান্না লাউন নিল্লকই জয়গী শব্দ তৌন্নকই,
খেক্ল নোকপ মখোন্ন অত্যাপক্ল কান্নকই
মখোন অতু তাবদ লাইগী মখৈ কিনন্নে :
মুপী অঙাং মপৈন লক্ষ্মীচিথেক খুদিং,
পুল্লপ পুল্লপ লেপ্তুন তেঙ্গোন কুম্মৈ য়েংলক্লে,
শগোল শামু ময়াম্নে মীন লেং লেং চৎপনে
মিৎকী কুম্মৈ লমন্নোব মমিৎ পেন্ন ন্নেংজন্নে।

নিমাংথাগী থাজগুম নোংম নোংম হেঙ্গৎপ
মধুলক্ষগী কজব মাইকৈ কাওনং ঙাল্লব
ঙকপ থেংন নিংথিব পান্দম্নিঙাই লৈত্তেদো!
লুপাই লুপামক্তন পুক্মেনন শাবগুম
মুঙেঙামক্ল থন্দুন পুমদানব দোলাম্ন

সমক্র শিংকে তৌবদ শাগন্দ তেক্তুন
পুন্সীন হানবগুম নিংব কাঙ্গৈহুন তোক্লনি।
মাহ্ খংবদ নিংথৌরেন স্নাপুক্লিং লৈতারে।
অতুদগী নিংথৌন খুৎলাইশংদ চত্তুন
থাংচুঙ্গোই লিকুংতেন মুষল মুদ্গর গদা লাংশোই
মপৈ মপৈ পৈরম্ব মখলগুন য়েংলকই,
'সিন কৈ 'সিন কত্রে 'সিন অম শিঞ্জল্লু
মনাইশিংদ তাক্লম্মী। অমুক্তদ য়েংবদ
খুৎলাই মগুণ লোইন খংব অঙকপ মহৈনি।
শামুশংদ চংহুন শামু মশিং থিব্রকই
শগোনশংদ চংহুন শগোন মশক য়েংলকই
অমত্তবু চিথদে অমত্তবু থনন্দে।

মতুং অহ্ তাবদ সনায়াথং ঈঙ্গিৎন
অহুক চাউব ফৌজদো বন্দীলোইশং তম্লক্রে।
চাউর চাউব য়োৎচৈন কক্লাং শিংবুম য়ৈরব
শুকপ থেংন মম্লব কিব ঙমখৈ য়ৌরব
শংগী মতুপ মতুপ্ত তুম্বক তুম্বক লেপ্তুন
বন্দী ওইবশিংহুন অরাচিন্তা তৌরম্মী।
নিংথৌগীস্থু য়েক্লব লৈপাক্কীস্থু লাল্লোইব
পাগ্ন মপোৎ কারব য়োল্লে হাঙ্গৈবশিংহুন
মখোং মখুৎ পুন্দুন লেংব চৎপ ঙমদন
পুল্লপ পুল্লপ পৈহুন ল্লায়েন চৈনা খাংলম্মী,
ভেঙ্গোন ফৌজ লোইনন নিংথৌ লাকপ উবদ
কিব ঙাখৈ কংহুন মশা থক থক নিক্লম্মী।

বন্দীশিংগী পরেংদ তোপ্পশাব শং'মদ
ভোজনিংথৌ উগ্রসেন বৃষ্ণিবংশিংদ অথোইব
মহাকমক্কী ঈদগী কংশমীপোক হুনগ্রব
মচামক্কী মথুত্ত ফম্বালয়াইথোং মাংলব
বন্দীকিজোল হোংহুন কায়াৎ ল্লাযেন খাংলম্মী।
মচানিপা লাকপহু মিংকী লমদ য়ৌবদ
ঈভাংকাব মিংয়েংন শাপ্প ল্লামাং য়ান্দুন
যাক্লে হাঈব ল্লাহৈন মচাহুবু চৈরকই।
তাবগদি কংসদো ল্লাল্লোইকদে নাচুংদে
মপাহুবু মীবানগুম লক্লহুন নোক্লেদা।
মথংতাব শং'মদ উগ্রসেনগী মনাওনি
দেবকবু কৌই হাঈ, কংশহুবু উবদ
প্রলয় মুংশিং শিংপদ পামেন উন হাইবগুম
মশা থক থক নিক্তুম শাউনবুদি য়েংখিয়ে।
মাগী মতৌ উবদ খুবাক ল্লা ল্লা খুহুন
উতেন ল্লাতেন হুন্দুন লক্লখিনে কংসন
মথং অম শং'মদ শুক্লমম্ন' কা'মদ
দেবকগী মমোয়োই সতীদেবী দেবকী—
থংলেন মাঙ্গ চান্নব যত্নশাগে য়াইকরেন,
তাইবংপানগী মপুন পম্মৌ মিংলেন পিগ্রব
বসুদেব কৌবগ য়োল্লিং ফলাং মনুংদ
চৎসি হাঈর চৎঙমদ লেংসি হাঈর লেঙঙমদ
মিৎয়া লাইজ তরংন তরং ঈথোয়হুন
অল্লা লাইজ ইমুংদ তবুং তরং তাউরম্মী।
করিগ্রহ লাংকম্ন তাইবংপানগী মপুগী

নোংম নোংম কংছুন নিংথমথাগী থম্নাগুম
য়াইবী থন্নাই চুপহনগে কংস ইতিক খংহনগে।
অসিন্নাদি হাঙৈরগ মযা ক্রক ক্রক চিক্নুন
মিত্ত ঈবা কাহুন হন্ন হন্ন লাউরকই।
মাহ্ তাবদ অনিদো 'কেল্লমদাই' উনান
মাল্লং ইথেং কংবদ লৈন হাইন খাংবগুম
মমিৎ চেৎ চেৎ উইশিন্ন নিক্ক হাইন খাংহৌই।

সুমিৎনস্ তাখিব মতম্নস্ ন্নাইন্নকপ
তাপ্পা অত যৌবদ তেঙ্গোন কৌব্জ পুহুন
মতিক চাউব নিংথৌদো সনাকোন্নুং পাংলক্লে।
হিন্নামণি মুক্তান শিন্নথুংন হৎপন
চাউরে হাঙৈব কোন্নুংদো অহিংপুঙ্গোই লাকপদ
ইন্নং ইন্নং লংলকই, লম্বী-থোং ন্নুমথোং খুদিং
বিজলিবু ভমজব ভাল্লে হাঙৈব থাউমৈন
পন্নেং পন্নেং ভাল্লক্লে নৌন লাকপ মীদদি
অহিং নুংথিন ভকনি! কজেদ মধুপুরি!
লাইবক কৈদ নহাকসে! তাইবংপান্ন পান্নব
নুংভাইবগী ভুংনকম কজবগী তিন্নকম
খুৎশেম হৈব বিথিন খন্ন থেন্ন শান্নম্মে।
পুং-ও ঝাল-ও অমান্ব য়েখোংনব যন্ত্রশিং
মখোল ইখোল হন্দুন অত্তক য়াম্ব কৌজদো
জয়গী ধ্বনি তৌহুন নুভাইবগী ঈথক্ত
মৎকা ঈকেন কাহুন কোন্নুং মন্নুং চংলক্লে।
সনাসঙ্গাই মাঙ্গোন্দ সভাবিদায়ন্নমহুন

লেংশিল্লক্লে নিংথৌরেন সনাসঙ্গাই মল্লুংদ।
সেবালাঙোন খংলবী অস্তিপ্রাপ্তি কৌরবী
মহারাণী অনিনি লুচিংকুমদ তোংলুন
লৈমকোনগী লৈমশিং লোইন লেংথোরক্লুন
নিংথৌরেনবু ওক্লরে; হরাউ ইপোম মরান্দ
হ্লারী শিংবুম শাহ্লনা ইন্নুং পুক্কোংই লেল্লক্লে।

ইতি শ্রীকংসবধ কাব্যে মধুপুরী নাম্ন প্রথম সর্গঃ

মপী মপা ওইরগ য়াইকথোইব নথোইন
পাপকী মৈরান শংজাদ অরাকোঙোই থাংলিব !
হেদ ইমা দেবী-ও মপী ওইবী নহাক্তি
থোংলে হাঙ্গৈব লৈদগী হেন্ন থোংপ হকচাংনি,
চিন্তা মৈরান কৈরাদ কৈগুম চৈনা খাংবদি
তমদ পোকপ নিপান করম য়েংকম থোকপগে ?
গোমুখীগী নাপোমদ ভাগীরথী ঈপোমগী
অতৎ-অথম নাইদব পূণ্যধারা ময়াম
ভারতশংলেন কুম্বদ তাইবংপান্দ তাউরম্ব
পাপকী মথৈ মুৎপগুম হাদ ইমা নহাক্কী
মিৎলু নাপোম-'নিদগী তত্তনবু শিন্থব
তরুং লাইজ ঈপোন্ন মধুপুরী শুমঙ্গন
অসুরবৃত্তি চৎলুব কংস সঙ্গ তৌরুব
তাইবংমীরান পুম্বগী পাপকী লৈথৈ চাম্বিগে
পায়ম কৌরোইনবন অরাশঙোই কুম্বরা ?
নত্তে অহু হাঙ্গৈরগ খুংজগেনে ইমাও,
তাইবংপানগী মপুন ইম্না নঙ্গী গর্ভদ
লাইগী শায়োন হুন্দুন পোক্লবগী মহৈন
রাব ওমথৈ হেন্নব দশা অসি কংবরা ?
মনিংতম্ব চেক্লান পোনগী খুরৌ থৌরিদি
কঙ্গোকচব শুমজদ লমগী হৈরাং খোইহিদি
খোবোম থন্ন থকচনিং য়াইথি কৈরা চৈথক্ত
অরা ফিজোল চেংলৌন কোরৌ মডাল য়েংঙ্গন
ভেংথা-নারোই খোম্থাংদ দিনগী য়ারেন খুকপগুম
দিবানিশি কাংদন খুদাং পিকম তৈরিব

অনিহুগী মতৌহু উরুবদ কনাগী,
কন্নে হাঙ্গৈবু থম্মোইদ সুংশিঙ্গৈরা হৌফরোই?
দশা অসি পিরিবা কংস অহু য়েনবু
মনাক অহু যৌবদ ভাহাক প্রুঙ্গোই লেপ্তুন
মাইথোং লৈদ য়েংলগ রাথন মৈশা লাংথিরে
অহুবুনে মশাগী রাখন্তন ভম্বন
সুংশি থৌজান অপুম্ব তুংদ লাপ্ন থমহুন
ল্যাঙ্গবব অনিদ শাথিনবু চৈবক্রে,
"তাংজমহু চেনববু হেন্ন কন্ন শাথিব
নখোইনিগী মরুন ঐগী য়েক্ল চারবু
তাইবংয়াইদ হুনথিব। ঐগী সুভাই য়াইথোংদ
তিম্বং শৌবু খোকহনব নখোই সিবু করন্ন.
পিক্লিভৈদ মাংনব তৌহৌদ্রব ঐহাক্লা?
কৈমচান চাউরগ মাবু য়োকপ মপুবু
হন্ন লাক্কে তৌবদো ঐভোন্দবু থোক্লরে।
খুরক্কী ঈন লাইশাব কংসগী য়াইথিব
শাগৈ মৈতাল অশিব। নখোইগী শক উবদ
কংস ঐগী অমঙ্গল চহি চাম কোক্লরোই।
ঙৈ হৌজিক রেংসিদো নখোই অনিন থৈথিব
তাংজ লিহ্লা মচাদো কংস ঐন ইথুংন
থরোই হান্ন মতৌগুম নমাংমক্ত থুগাইগে।
নখোইনিদি ঐহাক্ল ইথুংমক্ল হাংলরোই
চৈজেংনসু য়েন্নরোই খুংল্যাইনসু থান্নরোই,
নখোইনিদ হুল্লিব তরা চেংজেন কক্কুন
ঈশিং ফাওব কংহন্দ কান্নাং থরাই মহুংদ

চংলক্লে দেবপুরী শোরারেনগী শঙ্গাইদ ।
মনিন শাবা শঙ্গাইদ সনাগী কাংথোন্দ
হকচাং তংখাই চেপ্পগ মোনকৈ খুৎখাংনহুন,
খুয়া থোগন তোজবী চান্নথোইবী শচীগী
মুংশি কৌরোয় লৈরাংদ পেঞ্জ লৈনম হাপ্পুন,
ভাম্বোইরম্বী শোরারেন মাইথোং মোমোন নোক্তুনা
লাইশিংগী কোনুংদো কনান মাগ পাগনি ?
মীরম্নেন্দ পোকপন মংদমকস্থ উদব .
কৃষ্ণ লৈথেন খিবিক্ক ম্বরাংকাঈন লৈতেংব,
কবি-ব্রাথন লৈকোন্দ শাস্তোকহুব ভমদ্রব
পুক্লীং খোইজি তময়াদ লোত্তুনত লৈহুন
চিনগী নাতৈ কাংনিংঙাই মযেক অম লৈত্রব
স্বর্গীপুরী কৌবীগী নিংথি লৈতেং ময়াম্লি !
ঋতু তরুক থোগাইদে বসন্তন থোবনি,
অচিক অশা লৈতব অশি অনা নংদব
নিংবতদ অপাম্ব পোৎকী, মপৈ খিবিক্ক
মখোং নাইন লাকচব অঙকপনি মফমদো !
মুমিৎস্থ হেক মথোকই থাস্থ হেকমা মঙাল্লি,
য়াম্না শাব মুংশাদো থাবল ওইন মম্নিংই
য়াম্না ইংব থাবন্দো মুংশাগুম্ন মশাইয়ে ।
মর্ত্তাপুরী অসিদ থোকক্দব থোদোক্ক
থৌরাঙিঙদ কমদাদো হেদ অঙকপনিদা ;

বাসরদিনগী শয্যাদ শাবী শানৌ অনিন
প্রেমগী ইনৌ মরক্ক মুঙাই ম্নারেঞ্জবগুম

স্নাগী কল্লেন থক্তুদ ডাম্ন থোইন লৈরিব
লাইগী নিংথৌ রাণীবু কাংহাই চামর পাঙ্গ্তুন
থৌগল্লরে থৌগনপাম্বা লাইরেম্বী কাংবুন,
নন্দন উমং পোকচব হৈনম লৈনম পুত্নন
মালংবস্থু কংজরে থৌগল্ললক্ত চংজব।
থুডঙরে গন্ধর্ব্বশিং বিদ্যাধর বিদ্যাধরী
লাইরৈপাক্কী ওস্তাদশিং, বীণা বাঁশী সারঙ্গ
দুন্দুভিনচিংলব য়ৈ-খোংনব যন্ত্রশিং
মথেন মথেন পৈররে। চিত্রলেখা মেনকা
মিশ্রকেশী উর্ব্বশী রূপ্ত শুন্দ চংখোনবী
অপ্সরাগী মপৈন শাগৎলক্লে জগোইদো
শচী ইন্দ্র পেল্লব। জগোই খোংলৈ ইন্দুন
যন্ত্র ময়াম খোঙ্গৎলে। রাগ নিপা তরুক
রাগিণীশিং লোইনন মূর্ত্তি পাম্ন চংলক্লে,
জগোই খোংলৈ চানন তালগী চৈথা চুনন
কজৈ হাঙ্গৈব ঈশৈদো খঙ্গত্তুন ছকৎলে।
সেবারিদ খোংয়ানব গন্ধর্ব্বগী কাংবুন
কনান কস্তুরী মপং কনা'মন কুঙ্কুম
কনা'মন জাচন্দন হরি চন্দন চাইরব
পরিজাংকী পরেংদো সভাশিন্ন য়েল্লিয়ে।
কাংবু'য়ন আসোমদ অথুম অহাক্ত পুত্নন
মীশিংশুন য়েন্নব থদাংচেৎপ্ন লাকখৎলে,
খর'মন অতুপ সোমরস অশিনব
অথুম্ব-ও অয়াকপ মথন মথন পুরক্লে,
অপাম' অপাম' হংত্নন লাইশিং শুন য়েনখৎলে।

# কংসবধ

## সর্গ অনিশুবা।

কোরৌহনব চংখরে, মালেম মম্ব থুঙভরে
নোংচুপ চিংয়া তাম্বদ ঙাহাক পুঙ্গোই ঙাজবী
কুইগন্দবী থবাদো স্নুমিৎ খোঙ্গুনলীখরে।
চোম্লে হাঙ্গৈব ঈয়াইদ শাচ্চরক্লে নিংথিন
থরো কৌবী লৈম্নংশি লৈরাংলক্ত তনৌবী,
পামুচেংলৌ নিংথিব উজবনি থনবদ
শংবাম্নব মাইথোংদ মকালাম্ন নোকচরে।
অমরোনদ হুজিক্ত কাঙ্গৈনথিবী মুংশিগ
থম্বাল্লেগী মাইথোংদ মাইহিং শীংগুপ শিখরে।
অমনবু ব্বারগ অমনমুক স্নুঙাইব
শোঈদনদি খোকনব তাইবংপানগী পথাপ্পি।
অহিং কৌবী লাইরেম্বা মপুরোইব নিংলবী
নোংশোইব থৌগাইব্রব মবুঙোন লাক্লগ
সেবাচরৈ মুন্নব পুক্নীং চংন থৌজংলে,
ইমুং ব্বাইরম শিংনাম্ন তৈরে চাম্লে শেংদোক্লে।
কজৈ হাঙ্গৈব লৈরাংদো মচল্ল খম্ন ছেকতুন
কজ কজব পরেং নিংথি নিংথিব নাচোম
মথম্নাইন শেমগংলে, হাইদোব্রকপ মনমদি
শামান মমাম্নবীগী খম্বল মৈচাক হৌহল্লি।

পাক্ল চাউন খল্লিব শংবান্নব কিজংদ
মুক্তা পরেং মান্দুন ইরং ইরং লংহল্লে।
নিংথিজব শয্যাদো মফম চান থাজরে,
লৈগী নাচোম পরেংন শয্যাথক্ত চাইথোক্লে,
ফুইন হাব মনমদো মাপ্প থম্মোই লৈয়োন্দ
পেঙ্গ-উরোং খিপ্পগে সিনি মান নিংজব।
চেংহি উতি লুরব নিংহৈবব শয়াংদো
মচা থাঙ্গন হাতোকচৈ, মতৌ অহু উবদ
পাখংলোইদব পাখংদি তমদবু মাওয়োইয়ে।
কালগী তাংলৌ লাকপগ তাপ্পা ইকাঙ্গ কাঙ্গদন
থুওওবেদো থাজদো নোংপোক থংব থোঙ্গান্দ
যুইন নোকপ মিনোক্লে কুপ্প থাব খোংথাংনে
চান্নবীগী মনাক্ত তথু তথু চংলকই।
নুংশি লাইজ ইয়াইদ চান্নহিরোই শান্নুন,
কাঙ্গন ইথিন ইনিন্দ প্রেমগী ঈখৌ লাংলন্বী
অহিং কৌবী লৈমগী নিংব খিবিক থুহল্লে।
থোগপ্পরে মুরাদো হৈরাং লৈরাং কন্তুন
পামুবগী পেন্নব হোৎনজরে থৌরাংশিং
হৈনিং-ইথেং শউয় পায়মনুংদ য়ৈরবী।
অহিং থাজ অনিগী নুংশি কুম্মে উবদ
তেংবানবগী জীবন ইচিক ইপোম লাংনরে,
মথংলেনগী মকমদ লিরি লিরি খপ্পব
মালং ইহুম কংবদ নুংথিল চুপ্প নোম্বগী
অরা মৈশা কোক্তুন পুক্লীং মকা লান্নব্লে।
মতম চান অনিমক থোগন থোদা লৈপুন

নিংথৌ থৌদাং তৌদব, মাগী মমিং তাবদ
অশোল্লনা প্রজাগী থরাই হুকচাং কাঙ্গৈনব
লাইগুরু ধর্ম্মবু ঙমখৈ লৈতন তাথিব,
হিংচাবাইতম শাজৎন হিংচাশিংলক চন্দুন
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব খিবিক্কী তুকচক্কম লমযৌব,
মথুরাদ পাল্লিব কংস হাঙ্গৈব পাপীসে—
মান তৌব উপদ্রব পৃথ্বী এৈন খাঙভমদ্রে।
মাবু পোকপ মপাবু কৈশুম চৈনা পিতুন
মপাতুগী মকমদ মান নিংথৌ ওইথোক্লে।
মর্ত্যলোক্কী তমথিব হিংচাবাইতবশিংতুগ
সঙ্গ মরূপ শেমতুন তৌহৈদব থৌদোশিং
মশিং নাইদে তৌরিব। হায় কবিবু হাঙ্গৈসিগে।
মুপী অভাং ষণ ব্রাহ্মণ অহল্লনন লেংদন
কনাবুন হাত্তোকপি, কনাবুন রৈবিরি,
মখোং মখুৎ পুন্দুন মঙক থৌরি থাংতুন
লম্বী কোঙ্গাং খুল্লক্ত খুঙ্গোইতুন চিংবিরিন
মাগী শাগৈ ওইরব ঈদ মাগ নরুব
নিপা ওইব খিবিকপু হাৎলি পুল্লি মাংহল্লি,
মান মনিং তৌতুন নিংথৌ ওইন পানবদ
থিত্ত খুরৌনরব নিপামত্ত থমদরে।
অমুক কবি হায়গনি মচন ওইবী দেবকী
লাওব্রবী মুঙ্গাদো মরামপুরোইবগ
কৈশুম চৈন পিতুন বন্ধান চেংজেন ককথরে।
অমরোমদ অমুক্ত লাইগী লাইশাং পুন্নমক

যাগ যজ্ঞ কনাগী অর্চ্চা পূজা; কনাগী ,
অমুক্তোইন থুগাইরে ধর্ম্ম মমিং মুথৎলে।
হায় দেবী ইবেমা! তুবু চুংই তম্বদ!
মাঈকৈ মম্বিমক্তগী মীরুপ মীরাউ খোঞ্জেন্ন
বজ্র নোংমৈশিংজংগুই পৃথ্বী ঐবু থাঈদোরে,
সাধুশিংগী মিত্তগী শিম্বরকপ ঈরান
প্রলয় ঈচাউ অমুক ওই পৃথ্বী ঐবু থুমদোরে।
অসিগুম্বা লীচৎপু পদ্ম-লীশাং থাব্রব
থিংদ-ঈরম ফাৎলব—ননাই ঐদি দেবী-ও
লাইগী থোদা পুবদ থৌদাং য়াব ওম্মরোই।"

লেপথে খোম্থাংদো হায়রে! চান্নথম্বী মমোয়
নিংব খুরৌ লাংবদ পল্লেম-পম্বৌ মকাদ
পুক্লীং পাহোমজবদ থম্মোই ঈখোয়ক্তুন
মিস্না পিনৌরকপগুম, ইন্দ্রশচী মরান্দ
মাগী অরা'দশাবু ব্রারী শিঙ্গুলহুন
লোইবক চাউবী ধরণী হিক্ল হিক্ল কপ্পকই।
কপ্পরক্লে লাইরেম্বী সভাহুদ লৈরম্বী
শামান্নবী খোইনৌগী অরা'মতৌ য়েংবদ,
থরাম্থাদ ঈনোৎপ' নোংদোন লাইজ মতৌগুম
মিৎকী পিগী থান্নান নিংথিরব চাইরুংদ
ইরংলংন চেনবদি মুক্তাপরেং তৎকুম্নে,
ঝপ্লে হেক্ত মফজে নোক্লে হেক্তা মফজে
ফজবন তৌবসে ফজ্'তন লৈতেঙেড।
লাইগী নিপা খিবিকস্থু থম্মোই থুর্জি লাকওমদ্রে,

মাহুদ মন্নাই কাহ্ন অমরগী কাংবুদো
হৌগত্তুন কনান জগোই শাব হৌরক্লে,
থোয়ৈ ন্নাংন থাহ্না লাউথৎলকই অমন
ময়া ইকা কাহ্ন খুবাক হেক খুই অমন
কনা'মন চোংশিন্দুন পুংয়ৈব য়াওরিয়ে।
মহুপুম্ব উরগ লাইগী নিংথৌ রাণীদো
পেনব ভমথে য়োহ্ন মোমোন মোমোন নোক্লকই।

অন্নমতৌন লাণ্ডিডৈ ম্ভাইরিডৈ মতমদ
সভায়াইদি অহুদ যৌবন তেমথক লৈখৈদ
ফিজেৎ লৈতোন চাদন শম্লাং কোইচাইনহুন,
মফম ইখং খংহৌদে ম্নুরা অম তুররে।
মিৎয়ালাইজ ঈরান নোংজুথাদ ঈহৌবা
চিংগী তুরেন মতৌগুম সভা য়াইহু থুমখরে।
ইরাং লাংলম্ব অপুম্ব চিকপক্ল তুমিনথ্রে।
মশক অহু উবদ ইণ্ডক ভকপ লাইশিংগী
সভা মরক অহুদ খোইথুম্নব রাহৈন
য়াথংলকই ইন্দ্রাণী লাইরেম্বীদি লৈমরেন
শোয়ারেনগী চান্নবী; বসন্ত ঋতুদ
মনাপুংব হৈনৌদ কুহুখোঞ্জেল তারগ
অতৈ চেক্লা খিবিক্কী নিজখোম্বাং লেপ্পগুম,
য়াথং অহু তাবদ দেবসভা পুম্বদো
মথৌ লোইন কাঙ্তনখি। হাঙ্গৈরকইনে দেবীন,
"মুংশিরবী ধরনি! করিনিগে ইতা-ও?
খোইনৌ নংগী মিৎলুদ তরং শাইজ চেন্দুন,

"মুংশিরবী ধরনি। করিনিগে ইতা-ও ?
খোইনৌ নংগী মিংশ্লুদ তরং লাইজ চেম্লুন
অরাচৈর ফিজোন্দ সভায়াইদ ভুবসে
মুপী ঐন উবদ ওলাংথাগী ঈকংব
পুথ্রী সাগর মতৌগুম থম্মোই অসি কংখরে ;
হাঈবু ইতা চান্নবি। নংন ঙসি লাক্তুন
লাইগী থোংদ কপ্পসে করি মশুংলাংগীনো ?"
থুম্মকই লৈপাকলৈমা মালেমলুম্ব পুরবী
বীণা খোল্লে খোম্থাংদ দেবেশ্বরী মকাদ,
"লাইরৈপাক্কী লাইরেম্বী শোরারেনগী চান্নবী !
সনজিংবু থোনবদ ইনম অসি নোল্লবী
তাইবংপান পুম্ববু পোল্লেন লাক্ল হাপ্পন
ঐগী ইপোৎ হেন্দ্রবী খাংব কনবী ঐহাক্কি।
অহুবুনে দেবী-ও। পাপকী শম্না অমন
ইনম'সিদ তাবদি সৃষ্টি খোংফম শোঈহ্নন
প্রলয ঈচাউ ঈয়াইদ যুক্কী কোপ্পাই লুপ্পগুম
পৃথ্বী ঐন রাখরে। রাকম অসে ঙসিবু
দেবরাজ চরন্দ হঙ্গচ্চগে হাঈহ্নন
লাকচবনি ননাইন।" রাইহ অস্রি তাবদ
হঙঙকই স্বরীশ্বরী ধরণীগী মকমদ,
"হাঈয়ু তাসি চান্নবী, কনা পাপ্প চেনবগী
খোংথা শউম লাংবন নংগী পোৎলুম হেনবগে ?"
ইন্দ্র চান্নথোইবীগী চিঙ্গোই লৈহি ফংবদ
থম্মোই চরৈ ইংলবী অমুক জবাপ্পরক্রে,
"কনাবুদি ওইগনি। নিংথৌনিদি হাঈরগ

মরুম'সিন ইবুংঙো, মুজা লৈপাক লৈমগী
অরাশিন্থা লেনবসে নংগী খুজিন থৌরাংন
অথুবম থোক্কব শিন্থাথোংদো হাংবিরো।"

রারম অসি তাবদ মাইথোং লৈদ লুক্কুন
ঙাহাক রাখন তৌরগ হাঙ্গদোরক্রে ইন্দ্রন,
"চৎলো হুদি চান্নবী, কংসলমদ কুমহন
কংশ কোন্নুং কোল্লিবী রাজলক্ষ্মী উনরু।
বিষ্ণু চান্নথোইবীবু লুন নোন্ন খুরুমজো
নোঙ্গ রাহে খোম্থাংন মাগী চরণ কোন্দুন
হুম হুম হাঙ্গজরু, ধরণীন রাবসে
রাহে চুম্ন লীহুন মথুরাগী কোন্নুংদো
থাদোকপিরো তকচরু। মান ইলেং লেংদন
শেল্লবাদ কংসবু পৃথ্বী লৈম অসিদি
সৃষ্টি খোংকম কাঙ্গহুন প্রলয় ঈরাক নংলনি
হাঙ্গব মরোন অসিবু মরুম চুন্ন তম্মুরো।
চৎলু চৎলু ধরণী, ইন্দ্রাণীগা লোঙ্গনখো
কেশব চান্নথোইবীন চানবীগনি শোঙ্গদন।"
রাহে অদু তাবদ পুক্নীং তয়াং তশোইব
থরদংদি কোক্রবী পেঞ্জমিৎলৈ তারবী
ধরণীবু পুরগ মধুপুরী তমহুন
পাইরক্রে ইন্দ্রানী মুংশিংনা পুব দোলায়দ।
পারিজাৎন লৈনম্ব স্বরগগী সৌরভন
ছন্দোরকই ছরা শন্ন মাইকৈ তরা শুন,
লৈনম অদু তাবদ মনম মশক থংদব
ইঙক ঙকপ তাইবংগী পুক্নীং থম্মোই খোইথুম্রে।

লাইগী শউম কংবদ লাইবু লাক্লে খঙলবী
লক্ষ্মী কৌবী লাইরৈমা শঙ্গাই মাঙোন তম্মকই,
থরাম্মিচাক অনিন অত্যা মাইকৈ বোমদগী
ইরং লংন ভাবগুম শচীপৃথ্বী লাকপদো
উরুবদ মাইথোংদ খোইরুম মিনোক হুন্দুন
থোঙ্গান তান্ন থোক্তুন ওকপ লাক্লে কমলা।
থম্বান পাম্বী লৈমগী তাইবং শাংপ মঙান্ন
নাইতোম থোকপ থাজগুম মশোং নাইন ঙাংবদো
উরবদ অনিদো দোলায়দগী কুমথবে,
খুজেং পালোইনতুন কাহদ কায়দ চত্তুন
খুকমজরে অনিমক হরিপ্রিয়া খুরাদ।
অহিং তাংলৌ তাম্বদ মীলৈতব তময়াদ
তান্ন খোংব তান্নাবু ঙমজথোইব খোঙ্গাংন
মতারোইদি অনিদ য়াদি চিঙ্গোই পাউহংসে,
"লাইরৈপাক্কী লাইরৈমা ইন্দ্রপুরীং ঙমজবী,
থোদাং চিনবী পৃথ্বীগ মতম কাঙ্গন ইতান
করি থোবম লৈতুন এগী 'সিদ' লাকপগে ?"
খুমজরকই শচীন লম্না চিঙ্গোই তাবদ
"বৈকুণ্ঠগী মবেমা হরি-চান্নথোইবী-ও!
ঙসি নংগী মরান্দ লাকচবদি এখোইন
অতৈ করি নত্তেয়ে; ইবেমন শেল্লিব
কংস হাঙ্গিব নিংথৌসে মাগী পাপকী শাজংন
ধর্ম্ম লৈখা তাখরে পুণ্য মরায় চাঙ্গখরে।
তাইবংভার হেন্দুন লাইগী থৌদাং শোন্দরবী
মতারোইদি থরণী কংস মাগী চৈন্দান

কংস চৈরোৎ প্রতাপ্তো শ্মৃতিনাতে কাংবনে
ধরণীগী মতৌন দৃষ্টি পরেং হুনবনে
কুমগাথাগী ঈহৌদ মালং ইছুন চৈরাক্লে।
কপ্প কপ্প শাউরকই শাউন শাউন কপ্পকই
মীনুংশিগী ঈরান লাইগী চাইরুং ঈরিরে
অশাউ মুংশিৎ নোংলৈন মিত্ত কোরি ঈভাংলে।
মুপী ওইব জাত্তুন · অরাপিনাইরকপদ
থম্মোই শৌদোক্তবদি লাইগী'রক্ত য়াওরোইয়ে।

ভাহাক অসুম তৌদুন কপ্পরব তুংদুদ
লাইগী নিংথৌ যেংদুন জবাপ্পরে ইন্দ্রাণী,
"হে নিংথৌ-ও লাইনিংথৌ! নমোম শরু লৈরবী
বসুমতী লৈমগী অরা-পরৈ থোক্লব
উপায় লংজিন অমদি কাংবিযুনা ইবুংঙো!"
য়াথং অদু তাবদ পাউখুম্লকই ইন্দ্রন,
"কুইররোইদা ইবেমা! মুরা বসুলৈমগী
অরা থৌদাং কোক্লব তাইবং মপু হরিন
মীওইপোক্ত শায়োল্লে! নিংশঙ্গুন নহাকসু
ব্রজলমগী ময়াইদ নারা বাল্যলীলান
কুম্মৈ রাহোদোক্তুন শান্নরিব অসিবু
কনাদুংগুং লাংগীনো থংদ্রবরা নহাক্তে।
মর্ত্ত্যলোক্ত চারিব হিংচায়,ইতম' অপুন্ব
লোইন মরু কুক্তুন ধরণীগী অরাব
কোক্লদব পুংদৈদি শিকুপ মশিং য়াম্মরোই।"
পেন্দবোইদা দেবীদো "অমুক হঙ্গচ্ছরক্কই,

"মীগী কুলবধুবু প্রেমগী থৌরী থাংতুন
কৃষ্ণ কৃষ্ণ খুদিংদ য়্রতি ঈরাং হৌবন
তাইবং মপুরোইবগী নরলীলা কৌবরা ?
ভানু শাগৈদ পোয়বী যাবত্ত শাৎলবা
রাধা হাঈরী নিংথিবী ব্রজগোপী লুচিংবী
মাগী মিংলেন অহুবু কৃষ্ণ কৃষ্ণ খুদিংদ
উখোং উখোং খুদিংদ মুরলীগী নাদন
তোঈন তোঈন কৌতুন কোঈন কোঈন চৎলি হাঈ।
রাধা থ্যান্দ লুপ্তুন গোপী প্রেমদ তাউতুন
দিবানিশি চুপ্পবু ভাওখরবা নিপান
তাইবং থৌদা অমুকপু পুরগনি হাঈবসে
মুপী ওইবী ঐহাক্তি থাজত্রেদা লাইনিংথৌ !"
"থাজদব তৌগনু" শমথরকই শোয়ারেণ,
"ধর্ম্ম মরাগ চাঈরকপ, অধর্ম্মন হৌরকপ
মতম মতম অহুদ শাযোনবিরৈ হরিন,
সাধুশিংবু য়োকখৎপ দুষ্টশিংবু মাংহনব
ধর্ম্ম অমুক শেমগৎপ হরি মাগী থৌদাংনি।
মাগী থম্মোই মন্দিরদো গোপীতগী নত্তেয়ে
তাইবংপানব পুম্বগী পুন্নকমগী মপুংনি।
মতম মতম মতাংগী থৌদাং পরৈ-থোক্লব
গোপীরক্ত ভান্দুন থৌরৈ পুঙ্গোই ভাইবনি।"
ইন্দ্রপাওমেন তাবদ পুক্নীং খর পেল্লবী
অমুক চিঙ্গোই পাওমেল্লে "মাত্নমকন্নু ওইসনু
মুপী ওইবী ঐখোইগী ইনাক-নকপ নভোন্দ
যেচ্চবসি নত্তন অতে অম থংজদে,

থব্রাই মিরেন শামখরে দেহ্-মন্, মন্থরে।"
অসিরাদি হাঙ্গৈরগ তুমিন লৈখ্রে লাইরৈমা
নুমা কেশব চান্নবী, মেংলে হাঙ্গৈব খোল্লোইদো
লোইরোই লোইবোই চাইহুন শূন্নতিডা তমখিব
থ্রাহৈ মতোন লৈহিদো উন রান যেন্নখ্রে।

বসন্তগী পালাদ ঈশৈহনব কোকিলন
বসন্ত কৌব রাগ খোন্নে চুম্ন হৌরকপ,
শৈরেপ শৈছক চপচান শাবেপ পিকপ তান্নান
মতম চান খোম্বাংব—মতৌ অদু উবদ
মহৌশাগী ভাবকী তবং লাইজ হৌবগুম
লক্ষ্মী শচী অনিগী থাহৈ পাউখুম তাবদ
থম্মোই পানব জীবন থম্মোই কাব ভম্মরোই।
হাঙ্গৈজরকই শচীন লক্ষ্মী মাইথোং যেংহুন,
"তাইবংপান্দ থোক্লিব থৌশিং পুঙ্গোই ময়ামসে
তাইবংমহৌনশান হৌবগোইব নাইনরি;
কংসয়াইথোং শংবগী ইবেমগী থৌদাংসু
শৈহৌ পুংজা নাইবগুম শৈরোই পুক্কক লৈগনি।
হাঙ্গৈবিয়ুনে ইবেমা! কদায় মতাং য়োরগ
নংগী থৌদাং কোক্নুন তিনগদগে লাইরক্ক?"
তানগ লম্বগ চপ চান খুখৎচাব বীণাগী
পুক্লীংহুব ইখোন্দ, রক্তকন্থা গায়িকা,
ঈশৈহৈবী মুপীন খোন্থাং চুম্ন শকপগুম
শচীজবান ইন্দুন রাপাহৈজয়ে পৃথ্বীন,
"থাদোকপিরো ইবেমা! কংস মুমশং থানাসে,
ননাই মুজা ঐহাক্তো পাঙ্গল মচাং তাখরে,

তাইবংভাগ্ পুবদ পাপকী পোৎনম য়াওবন
খোংকম কাব ওমদন প্রলয় ঈগ্নাক নংদৌরে।
পাপী কংস্ মরানবু ইবেমন ছন্দোকপ
ওইগদব হুমিত্তো হুমিৎ খোংচং থুহন্ন
পুংজা মিকুপ য়েশিন্ন থোকহনবিরো ইবেমা।"

শচী পৃথ্বী মরাবু তারবদ কমলা
হুংশি থৌজান ঈরাদি থম্মোই থুন্ন হৌহন,
স্নজিং নাপোম তমজব চুবানাপোম অনিদি
মুক্তা পরেং তৎকুম্ন লাইজ ঈরা চেন্দুন
মতারোইগী মকমদ চিনগী নাতৈ কাংলকই,
"তাইবং মপু হরিগী সেবা ঈথৌ লাংজবী
নতারোইদি হুজাগী মীয়ান হুমশং থৌদান
লোইগদব মতমদি, ব্রজরাজ মরান্দ
শায়োল্লগ হরিন নোংম্ কোরৌ নোংজাদ
কংসয়াইবী কোল্লিব লিক্কং অহু থুদেকপ
হুমিত্তুদ লোইগনি হাঈব য়ারম অস্নিবু
শম্ভু শক্তীশ্বরন তাকপিরম্মী এৈভোন্দ।
অহুবুনে ইতা-ও। হরি মাদি ওম্মোকই,
রাধা কৌবা শকহেনবী মীহুজাদি অময়ী
হুংশিলাংদ থুখয়ে হাঈবা য়ারীনশাসে
মুশুক মুশুক ঙাংনব নাকোংসিন তারেনে।
মীগী তালোই ওইহন লৈমন চনব লৈয়াংদো
কয়া মগুন লৈহন, মনাই হুবী অশেংবী
নুজা এৈবু কাউহন পাপকী য়াইথোং অসিদ

থাংব মপাঙ্গোক্তুন লাইগী থোংদ কপ্লবে।
খল্লবদ লাইয়াম্ন—মথুরাগী কোম্নুংদ
ইবেমম লৈরিঙৈ কংস মাবু কোল্লিঙৈ
যাবৎ অতুক মখৈদি কদৌনুংদ লাইশিংন
ধরণীবু য়েংলুব ওমগদবা লৈতরে।
ব্রাফম অসি পুতুন ইবেমাগী চরন্দ
ব্রাকচ্চরু হাঙ্গইতুন ননাই 'খোইবু ইন্দ্রন
থারকপনি ইবেমা। নংগী চরন খাতুদ
মকোক লৈদ নোল্লিবী নতাসিবু য়েংতুন
কংসথানা ঙাকপসে থাদোকপিরো হৌজিক্তি।
নংগী থৌজান মৈঙাল্ল খিক্তং মমি শাম্বদ
কংস য়াইবী থম্লিব শংজারেন্স মমগনি
কংস মিংলেন অতুস্থু তেংবান্দগী মুৎকনি
অতুদগী পৃথ্বীগী অৱা অকম কোক্কনি।
অতুগনে ব্রামগ হঙ্গচ্চগে চঞ্চলে।
পাপীতন খুল্লিংব পাপীকংস মরান্দ
বৈকুণ্ঠগী লৈরাংন মতমচুপ্প শাৎপসে,
লাইরৈপাক্কী লাইয়াম্নগী থম্মোই চরৈ কংতুন
সৃষ্টি মৈরা মুক্তোরে। বৈকুণ্ঠদ লেংতুন
মাধব থৌগল তৌতুন থৌগংলব লাইশিংদ
থৌজান ঈরা খিকপিরো। পাথৌ নোংশা অমোম্ন
লাঙ্গোই লমতুই লৈখুন্দ মীনাই চরৈ শেত্তুন
দিনগী পুঙ্গোই লেনবদি তাইবং শিংশেন খাংবগী
মিৎলিংচৈখোন কল্লনি। অঙকপনি দেবি-ও।
তাইবংশেম্ব মপুগী লোম্নিন তালোই চান্নবী

য়াইক থোইবী লক্ষ্মীন্ লমগী মুজা শাতুন
মীগী য়ুমদ লৈবসে করি অর্থ লৈরিব?
ওকইদকো মতম-ও!" পরেং অসি তাবদ
সিন্ধু মমোম মিৎলুদ প্রেমগী ঈরা শিন্থরে,
ইংলে হাঙৈব থোল্লেন তম্নি তেংথা থোন্থাংদ
মতারোয়গী মকমদ তপ্ন তপ্ন হাঙৈরকই,
"থোইনৌ ইতা চান্নবী! লমগী মুজা ওইতুন
লৈকম চাকম্ খংব্রবী লাইবক চাউবী নতানি।
কংস মাগী য়ুমদবু কৈদৌন্নুংদ ঐহাক্ন
পুক্নীং হকচাং মান্নন লৈনিঙঙ্ব হৌনদে,
শাতানবগী হিঙ্গোন্দ শক্তি মোম্ন চাকতাব
কৈদৌন্নুংস তাবগে? খংদব্রনে ইতা-ও!
অচুম্বদ হাঙৈনব. উমা চান্নথোইবগী
য়াথং পোল্লেন য়াওবন দিনগী পোইরৈ য়েংদন
কংস মরান অসিদ বন্দীতাব লমজাগুম
পুল্লিবনে ঐহাকপু। কোরৌ নোংজা কয়াবু
মতৌ অসুম তৌতুন লেনখিগব খনবদ
চয়ে অসি কংখরে। করি নুংদ ঐহাকপু
বন্দীপরৈ কোকুন পুক্নীং পোইরৈ তুইন্ন
মনীং তম্বী চেক্লাগুম ইনিং থুংন চত্তুন
হরি চরণ খাতুদ থৌগল্লব কংগব।
করি ধর্ম্ম তৌতুন কংস মান শিববু
পেল্লনখিব খংদেয়ে—দিবানিশি কাৎদন
য়ুমশংথোদা থাতুন থম্লম্লিব অসিনি।
হৌজিক্তিনে ইতা-ও, লাইবক থিবী নতাগী

হাঙ্গজরুব অপুম্ব লোইন মঙ্গল ওইগনি।"
অসি য়াদি হাঙ্গহুন য়াথং পিরে সুরেন্দ্র
মাতলিগী মকমদ, পুশিল্লক্রে নিংথিব
দেববিমান অচৌব, খোংনেং কম্মেন চপচান
লেংশিনখরে অনিমক ওইগ য়েৎক কমহুন।
হৈশিংলব মাতলি শূল্লতিঙ্গা লম্বিদ
থৌরক্লেদো দোলায়দো, মঙানমক্ত তাবন
ইঙান ঙাল্লে তাইবংসে! নোঙাল্লবোই নিংহুন
নারক উরক মরক্ত খোইনিং লাব অমোম্ন
অমুক য়াতা য়াকায়রে, চয়োই মমা মচাসু
লাইরেকমু ইচাশ্ম অসিয়াদি হাঙ্গহুন
তেতু খোয়ে থারক্রে, য়েন্দমকপ য়েনবান
তয়েৎশুব খোম্মাদ কাক্কী লানবাউ শীংলক্রে।

সনজিংগী য়াংমদ মানসপাৎকী মপান্দ
ঙাম্মোইরিদো নিংথিব কৈলাস কৌব চিংহুন;
হেমকুট ওমজব মাগী চিংদোন অয়াংব
শিবদূর্গা' লৈকয়ি। কজে হাঙ্গনৈ মকমদো।
চিংগী লোকচপ লোকচগু লোইয়োই চেনব ইকুৎন
লৈরী জগোই শাবদি শংবান্নব অহনব'
গালিচাগী মথক্ত লুপা মকুপ চেনবগুম
গুক্নীং হুন নিংথিয়ে। মপান মপান'কোঙ্গবদ
অঙাং মিনোক তমহুন শাচ্চরিব লৈয়াংদো
মীরম্লেনগী মীশিংন মশক'মক্ত খংদে হাঙ্গ।
থয়ো থম্বাল থারিক্থা কুম্বি কালেন থাঙ্গদন

মানসপাৎপু ওমজব—চাংজৌ চোম্ব পুখ্রীদ
উনগী চৈয়ে য়াওদন লৈপোম লৈশাৎ থময়ৌন
মপৈ মপৈ শাৎলিব, খোইমুলাব অমোমগী
লৈশিংথিব মকন্দ কোয়ৌ মুমিৎ কোয়দে।
অতুদম্মু নত্তেয়ে, সনা লুপা ভাক্তগী
লৈরাং জাৎন শাৎলিব, হেদ ওকই মকমদো।
লুপান মঊ ওইরগ মনাস্না পাল্লব
উবি রারী জাত্তুন মণিমুক্তা ভাক্তগী
লৈরাংমক্ত শাত্তোকপ মাতুত্তদ মঊইয়ে।
হৈগী জাৎকী মখনদি থারুত্নন কায়দে
চাকববদ মাতু হেক নহা ওইনৈ হাঙ্গৈরিব
হৈরাং মখল ময়ামদো লখা লখা হৌরিয়ে।
চন্দনমক্ত থোক্রব পাম্বী রাংন হৌরব
মনম মুংশিব উপান্দি মশিং থাব ভয়োই।
লমদমতুগী জীবম্মু ওকইদহেক উবদ।
ঘূমদ য়ারেক তাণ্ডব য়ায়ান পাম্ব পোম্বীও,
লমদ চাক্তা পামজব লমজাউ তাব চেক্লাও,
বন্দ চাব শজীম্মু চিংদ লৈব শভাইম্মু,
কনাগী শা কনাগী উচেক মখল মখাগী
সনাগীন মপৈনি লুপাগীন শঙ্গুর্নি।
অওকপন তিল্লব মুভাইকন থল্লব
হরগৌরি অনিগী কৈলাস কৌব লয়েন্দো
মাগ পাব য়াবদি বিশ্বসিদ মিতমদে।
ঋতু তরুক্ত ভোংতুন বসন্ত থৌবুরেন
থৌদা চৈজেং পাঙৈবদ মথুবাক্তো তংখরে,

মনহনগেবু নিংবিব।" অসিরাদি হাঙ্গৈহুন
হিক্ল হিক্ল কপ্লগ ওইনচাউবী লক্ষ্মীদো
মাগী ছায়া মমিদ ওইন' কৌরোয় তাখরে।
শাত্তোকত্রিব লৈহাউন উনামকম' থুপ্ত ুন
পুল্লপ পুন্ন পোম্বগুম পুস্থুম তাব খুৎশান
মিস্না লাইজ ঈরাদো তৈথোক্ত ুন লক্ষ্মীন
অমুক মখা তারকই, "তম্বিরু-ও ইতা-ও!
দেবেন্দ্রগী মকমদ মুক্তা ঐন নংবসে
পবিং চুম্ন অমুক্ত লৌবিকবে হাঙ্গৈবগ
কৈলাস তান্ন চত্ত ুন শিবদুর্গা মরান্দ
ধবণীন নংলিব নতা ঐন রাবিব
হঙ্গত্ত ুন ইন্দ্রন হরগৌরী অনিন
কবি কৃপা তৌবকপ যেংব হাঙ্গ'সি ওাইবে।
মমোম ঐবু চানবিব মুংশিহৈব পম্বৌনি,
মচা নিঙোন ওইবীন মীরাম্থোংদ লৈহ্নন
মতম য়াবেন হুকপসে কয়ন্নবু পাম্নিব
হংহনবিযু ইন্দ্রবু ভবেশ্বরগী চরন্দ।"

স্নাথং অাস তাবদ খিল্লমদন অনিমক
বিদায়রম্নে লক্ষ্মীবু, লমদাং চাব মকমদ
দেবরাণী শচীন ধরণীগ কাঙ্গৈনবে।
মুংশিংন পুব দোলায়দ মুংশিংকী মাংথান
থোরক্নে ইন্দ্রাণী শুল্লতিঙাগী লম্বীদ।
শচী লেঙি উবদ থৌগল্লগে নিংজব
লে াইদাং চন্দ্র থাজদো লৈচিন ফিজং মরাম্নু

হাইদোক্তুনা য়েংজরি, কল্লক চাউব অত্যান
কিজং অমুক তিংথোক্লে, মতৌ অম্মম তৌহ্নুন
মমাই অমুক লিথোকচ লৈচিন্ন অমুক খুম্বি
হুমাং কাংলে থাজগী। ভাহাক পুঙ্গোই লৈব্রগ
থুঙওরে ইন্দ্রাণী ইন্দ্রগী শঙ্গাই মাঙ্গোন্দ।
থোরক্লে লাইনিংথৌ চান্নবী ওক্লে হাঙ্গীহুন,
নুংশি পাম্বোম মন্নুংদ কোঙ্গিল্লগ শচীবু
কন্নি পাউবু পুরকপ মোমোন নোক্ন হংলকই।
অহিং তাংলো 'চিকপদ পোমশাৎনবী থরোগী
লৈরিক লৈকা মন্নুংদ খোঙ্গীমু শাবী শানৌন
লৈগী লৈহ্নি অথুম্ব খৌবোম থম্ন থক্লুন
হবাউ তয়াম শান্নব—ময়াই কাবী অমোম্ন
মপুবোইব শেগাদ কেন মৌন য়েপ্তুনা
নুংশি কোলোয় ভংবগুম, মবুভোগী তম্বাক্ত
হকচাং লোইরোয় ভাহুন হজংলকই ইন্দ্রাণী
লক্ষ্মীগী মপাউদো। চান্নবীন তম্ব পাউহ্
থরাই য়াওন তাহুন, ভাহাক রাখন তৌরগ
য়াথংলকই দেবরাট চান্নবীগী মকমদ,
( লৈহ্নি চুপ্প লোইরগ খোইমু লাব খাংজেব
খোইমু অমোম মকমদ লৈশক হোংসি হাঙ্গীরক্লে,)
"চৎসি'হুদি চান্নবী কৈলাসপুরী তান্নবু
লীরুসিদো রার্য়াসে হরগৌরী মকমদ।
লৈগী লৈনম পুবন মালংগুংশি হেনবগুম
থবো থম্বাল শাৎপন পুত্রী লৈতেং ওইবগুম
নংবু ঐন পুরগ শিবদুর্গা য়াইথোংদ

হাঙৈব ফোঁরোই তাবন তাঙ্গাত্রব মতাংদ
লাকচবনি ননাইনা। তাবিয়ুনে হে শিব!
ঙসি কোয়ৌ নোংজাদ সন্ধ্যা য়াইপুং চনবদ,
চরৈ ফীজোল য়াখোংদ শয়াং কোঙৈচাইনহুন
পৃথ্বী লৈপাক লৈমদো খুদাং পিকম তৈত্থন,
মাগী 'য়াব অবস্থা লীজরৈনে খোইয়ুম্লেন!
পাপ্ত খুথেং য়ৌপ্রব লাইগুরুবু তাথীব
হিংচা য়াইতম শাজৎপ কংসকৌব নিংথৌগী—
উৎপাত মৈশা লাংবন পাঙ্গল মচাং তারব
বাসুকীগী কৈজাদো ফেৎ ফেৎ হাইন নোয়ক্লে,
লাইবক থিবী পৃথিবী খোংকম চেৎপ য়াত্রবী
সৃষ্টি থৌদাং পুবদ থৌদাং পাল্লি শোঙৈদোরে।
লাইগী তাথি কংসদি, নংগী থৌজান চরৈন
চেৎন চিন্ন য়োম্বন মাগ মায়োক লাম্বব
লাইগী পাঙ্গল ওইদরে। অহুমসু লৈসনু,
পাপকী মহুম ওইরব কংস মাগী য়াইথোংদো
নংগী য়াথং থৌদান নমোম লক্ষ্মী দেবীন
দিবানিশি কাংদন শংহিকপিরি অমুকসু।
অসিদদি কংসদো পাঙ্গল ইথেং কাহ্লন
স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতালদ উৎপাৎ মৈবুন লংলক্লে,
মৈশা অহু কংবদ তাইবং থকথা ওন্দোরে।
প্রভু নংদি জগৎকী কর্ত্ত' চুমথাং মনবিব
অক লৈপান শেম্বগী থৌদাং শিনব মপুনি।
মতম ওইরে হে দেব! সনাবুদ্ধি তৌবিয়ো,
কংস চুমথাং অসিবু মরু থেংন ফুক্কুন

তাইবং য়াইথি কোক্লব অমুক্তদি লাংবিয়ু।"
ইন্দ্রগী ব্রাহৈদ টিকাগী লংলা খেত্তুন
চুমক্লকই ইন্দ্রাণী ব্রাহৈ পয়েং লৈতেংদো,
"তাইবং লৈশেম মপুয়েন হে দেব আশুতোষ।
মুপী ওইবী ঐখোইগী লাইন থাব ধর্ম্মদি
মপুবোইব সেবানি ; সেবা অসি কংদ্রবী
মুপী মহাক অত্তদি লাইবকথিবী শিংলক্ত
মখাতাব লৈতরে, কোলোয়নসু পাপচেনবী
থিবে হাঙ্গব মিংদান মাবু তমদ পাউথোক্লে।
নিংশিংবিয়ূ পন্থৌ-ও। নমোম শকপী লক্ষ্মীদো
নংগী য়াথং কিবন পাপী কংস মযোন্দ
নিশেং সন্ত্রী থাংবদ থয়াই হকচাং মনখবে।
মপুরোইব হবিগী চরণ থম্মাল অনিদি
মতম্বাক্ত হাপচিংং বিধিনদি তায়েন্ন,
মিংম্না লাইজঙ্গবান চাইরুং খেঞ্জোং থুমহুন
লোইদাং কুমশিং কয়াবু লেল্লক্লবী মুজানি।
নচানিঙোন ওইবিবু মরা শঙ্গাই নত্তব
মীয়ানশংদ থহদি মপা শকপ পন্থৌগী
করি ধর্ম্ম কৌবগে ? চরৈ কিগাও শাহুন
ইহু কায়দ লিশিংন চবণখাদ নিজগে
নষোমহুগী অয়াব অমুক্তদি কোকপিয়ু।"

মতৌ অসুম তৌহুন খোযুম লাইগী কোকথক্ত
মণিমুক্তা ওইরিব ইন্দ্রশচী অনিন,
পলেম পন্থৌ মকাদ অয়াৎ অপা তাণ্ডব

থৌদা অহু ইনবদ থৌদাং পুজা করুন
হুন্নাই-গুমজিৎ পাঙ্গৈবদ নশা নোঙ্গৈব মলয়া
শাবোং শাবান শোইনাইখি। কুম্বী কালেন থাঙ্গৈদব
অহিং হুংখিন নাইদব লমদম কৈলাস কৌবনি।
মুমিখা থরাম্নিচাক লিশিং লখা থোকুন
থোরকপস্থ লৈতন তাখিবসু য়াওদন,
ইতত্তুন ভাল্লিব শিবগী লৈকম্নি।

বিভূৎ তৈব অঙৌব তাংজলিলা খারোনব
পাম্ব কৈরেন মউম্ন খাংগী ফিদোম লৈতেংব,
ভাংগী নেশা মৈরিদি মিৎচি চিগোই অনিদ
মুংদাংরাইগী ডাঙ্‌রানব তময়া লৈচিন মতৌগুম
কোরি শান কারিব, শংবান্নব ডমশমদ
রুদ্রাক্ষ পরেংন লিনগ য়েৎনন শিরগ,
নাক্ত থৌগন তৌজবী মোহিণী রূপ থোল্লিবী
ইবেমদি গৌরীগী যেৎকী শাগোন ওইহুন
বিশ্বপতি সদাশিব—মৎময়াই কারব
গন্ধর্ব কিন্নর যক্ষরক্ষ বিদ্যাধব
মাইকৈ মরি কোঙ্গৈহুন হুরাউ তয়াম লাংলম্নি।
চংগুকই ইন্দ্রন ইন্দ্রাণী তুংদ ইন্দুন,
খুরুমজরে অনিমক খুকউ লৈদ তাহুন।
অনিহুবু উবদ সভা ময়াই 'হুদগী
তগুপ তরেং থোনহাইন য়াথংলকই শিবন,
"লাকউ লাকউ মহেন্দ্র। ইন্দ্রাণীস্থ চংলকউ।"
অসিরাদি,হাঙ্গৈরগ দেবরাজ রাণীগী

সেবা থৌগন চংনব মনাইশিংদ ইঙ্গিংলে।
নিংথিজব খুদাদো লাইগী নিংথৌ রাণীগী
মকম চান থাররে, পাদ্য অর্ঘ্য নিংথিব
মতিক চান পুরক্লে, কর্পূরন য়াল্লব
তাম্বুল পান খুদপ্তো নিংথিজব কাগোক্ত
থেঙ্গত্তুন কংলরে, ধূপসু দীপসু য়াওনবু
পোচ্চংমক্ত রাত্তন মনাইশিংন লাংলক্লে।
কজৈদকো মতৌদো! অচৌবগী ময়ুমদ
অচৌবন লাকপদি অসুম তৌব হৌনবোই!
ঙাহাক পুঙ্গোই লৈরগ সেবা থৌরাং লোইরগ
মতাং ওইরে খন্দুন য়াথংলকই মহাদেব
মহেন্দ্রগী মফমদ. "করি রাবু লৈহুন
হেদ নিংথৌ শোরাবেন! মীচম মীতেক মতৌগুম
লাইশিংগী কোকথক্কী মণি ওইরব নহাক্ত
ওইথোক্তব মতমদ ঐগী য়ুমদ লাকপনো?
সুপীজাংকী শমজিথেৎ লাইরেম্বীগী লাইরেম্বী
ইন্দ্রাণী-ও লাইরৈম! ইমা নংন ঙসিদ
ঐগী ইরান য়াইসিদ তলা খোংদারবদি
করি খুদোন পিরগ পেল্লসিগে ঐহাকপু?"
চানবিরম্লে রাখল্ল থরাই পশিং চাউহুন
থুবাম অনি লোম্লবে ফম্লেন থুক খুদক্লে
থৌগম্লোন্দি চপচান গদগদ খোনফমদ
চাউরে হাঙ্গৈব লাইনিংথৌ রাহৈ নাতৈ কাংলকই,
"হে ভব ভবানি! ননাইবু ঙসি ফুবিয়ো,
রাগী-পরিং অমত্তং চরণখাদ কাংজগে

কুম্মৈ অদো নখোইস্নু করিগীদি কাউবগে ?
অত্থুন হে ইন্দ্রাণী, থাজদব তৌগন্নু,
শক্কদব ঙৈশৈস্নু ময়েক ছঞ্জ রাত্তরে
য়ৈগদব পুংলোন্স, মখোন-খুৎখৎ শোঙ্গদরে,
মুঙাই হাঙ্গৈব কুম্মৈদো নমিৎ পেল্ল উরনি।
মীরম্নেন্দ লাকপগী লুম্রে হাঙ্গৈব লম্মন'ম
তোল্লবনি হরিস্নু কংস বন্দী শংত্থুদ
বসুদেব দেবকী অনিত্থুন থাবিব
উদফদে হন্নিন, মমামপা ওইবগী
অন্না পল্লোন কোক্তুন সেবা থৌগল থৌবুব
তোকফদব ধর্ম্মসে মীস্নু লাইস্নু চপমান্নে।"

মতাং অসি য়ৌবদ মতাং নত্তে পল্লিরবী
ভসাই মখৈ ভাংদ্রিবী হরপ্রিয়া পার্ব্বতী
জবালকা ভমজবী খোইরাম্নব চিনবান্ন
মথংলেনগী মকমদ জবান্নাতে কাংলকই,
"তাবিয়ু হে প্রানেশ্বর! এন কুহন নিংলম্ব
হংজনিংব রাকম'ম ভসি মতা চান্নরে।
তাকপিয়ুদো ননাইদ, কুরি কুরম তৌত্থুন
বসুদেব দৈবকী অনিসিন কংসগী—
য়েক্ক শেরাং ওইত্থুন কৈত্তম চৈনা কংখব ?
অনিত্থুন পোক্লগ হন্নিত্থুন কমদৌন
নন্দকোন্দ য়োক্কুন মীপোক শিন্থা হুনখিব।
ময়েক লাঙ্গৈব রাহৈন অর্থ চুম্ন লাবিয়ু,
তোল্লবীদি ননাইগী চিংন অমম্ কোকচগে।"
চাতখা নোংগৌবীন চরৈশোক্ক খোংবদ

পৃথীথৃম্ন চুরকপ নোংদোন লাইজ ঈথোনগুম
শেংন লুম্ব খোম্থাদ সতী পুক্লীং পেন্নব
পাওমেল্লকএ শিবন, "চান্নথোইবী পার্বতী
ব্রাহং অসি হংবদি ধন্যনিদ নহাকসে।
তাবোত্নদি নিংথিন থুপ্ন লৈব ব্রান্নীদো
শম্পৎলব ব্রাহৈন মরীরগে নঙোন্দ।
বসুদেব হাঙ্গবসে যত্নশাগৈ পাথৌনি,
'লমচৎ লক্ষণগুন্দসু হাঙ্গন মখৈ ব্রাত্তন
নিপারক্ত কোয়েগুম ইন্খৎলকপ মতৌত্নু
উববদ ভোজগী উগ্রসেন্দি নিংথৌন
মাগী নিঙোন চংখোনবী ভোজশাগৈ থবাতোন
দৈবকীবু লুহোংয়ে। সনালুপা লক্ষা'ম
মীনাই মীশন ব্রাত্তন অউ-পোৎলম শেমত্নন
চংখোল্লব দোলায়দ খুজ্জি থৌরি পাঙ্গত্নন
চান্ন থম্ব মচনবু থিনবিরকই কংসনা।
ভাহাক পুক্লোই লৈবগ 'নচন্দুন হুল্লকপ
নিপান শুব গর্ভদো নংগী মোংকম শুইরনি'
হাঙ্গব লাইগী বাণী'ম কুশ'সিন তাকুরে।
খুদক্তদ নিপাদো অফগুণ'খৈ মাংখরে
মৈদ ঈকপ কোবিগুম মমিৎ অত্নু ভাংলক্রে,
থৌবে হাঙ্গব থাংশাংদো খুত্ত চেৎন পাঙ্গত্নন
শম্নাং হাইরেনত্নন মচন্দুবু হাত্তোরে।
'ত্নদ বসুদেবন সুপীত্নবু কন্নব
লৈশি লৈথোন কযান কংস'কমদ হাঙ্গজবে,
খংহোদন কনখিব কল্লে হায়ব থম্মোইদো

অঙাং নাৱা মতৌগুম শিবদূর্গা চরন্দ
লক্ষ্মীপৃথ্বী অনিগী অৱাপন্দুগ্ৰ ৱারীজে।
ঙাহাক ৱাখন তৌৱগ মোমোন্নব মাইথোংনে
জবাল্লকই শিবন, "ওঃ অতুগী ওইৱেকো?
চুম্ব পত্ৰ ইৱগ হাঙ্গৈৱকপসু ময়াইয়ে,
চাউন লৈব নখোইন ৱাকম মচা অতুগী
তাঞ্জা ওইৱোইনহুন নখোং থোংনে লাকপদি
নতিক নপা চাদেদা! কাৱ খংদে নখোইবো?
লাইগী ৱাখন তৌৱগ উগদব ৱাকম্নি।
মতোম্মত শাংহুন মতোম্মগী মথোংনে
নিজাযসু থিজব, পান্নম লৌশিং লৈতব
পুন্সী তেনব কংসগী যুগপু লোইবে খংত্ৰকো!
ঐন কয়া কন্নবু মাগী কালগী পৱৈদো
চিংথোক্নব লাক্কৱি, 'হুবু মাগী আয়ুন
তেন্ন লৈব অহুন মখুৎমক্ক চংহুন
নিতি শিঞ্জাং ওইনবু পৱৈ অহু চিংশিল্লি।
কুমসি নোংমৈ কুম্মাইদ্ৰে ঙসি হয়েং পুংশিংদ্ৰে
নোংম তাঞ্জা থোকপদ বৃন্দাবন্দ ঙাল্লিব
শ্ৰীহৱিগী থুবাক্ত কংসয়াইবী মুৎলনি।"
পেন্দমাল্লে ইন্দ্ৰাণী থুন জবান তৌৱকই,
"বৃন্দাবন্দ ঙাল্লিব কৃষ্ণ কোলোয় মিংগৌন
গোপীৱক্ত কন্দুন শঙ্খেনবদ হৈশিংব
অঙাং নাৱা কুম্মৈবু হুজিক ফাওব তোক্লিবা—
কৱম হাঙ্গন মহাক্ক চাউৱে হায়ব উজাউসে
থুদেক্লনি হাঙ্গৈবাস থাজদেনে ননাইদি।"

ৱাহৈ অহ্ন তাবদ হাইফেৎ নোকই শিবন
মচা খাঙ্গৈন তাকপিগে হাঙ্গৈব কৌরোয়নদুন
ময়েক চুম্ব ৱাহৈন লৈব থিবিক তাক্লকই,
"পণ্ডিতদকো ইন্দ্রাণী। কয়া যাম্ন তাকখোগে ?
কংসমাত মাংনব পূর্ণব্রহ্মা হরিন
শক্তিপুম্ব পুত্নন ঐশ্বর্য্যসুং ৱাত্তন
মীমূর্ত্তিবু লৌত্নন শায়োল্লব কৃষ্ণনি।
নাগী থৌদাং কাউদব মামক্কী ইচ্ছানি.
মতম পুঙ্গোই ৱাৎপগী থৌগাই লংজিন ঙাইবনি।
তাইবংসিদ শেম্লগে ফত্তববু মাংহনগে
সাধুশিংবু য়োকখৎকে 'সিন মনিং তম্নকপ
মাগী শিন্থা লম্বাদ অপন শেরাং থাংলব
কনানম্ন ঙমকদে, তিম্না কোরৌ লম্বীদ
নোংকাইরকপ লৌচিম্ন কোরৌ নঙান মুৎঙম্না ?
মাগী শক্তি লৈখাবু শিংথাঙম্ব কনানো,
মাগী লীলা কুম্মৈবু ৱারাঁ ঙম্ব কনানো ?
হন্দক মাগী লীলাদি প্রেম্ন ৱাহৌদোক্নন
বিনয়নোঞ্জ হিদাক্ত তাইবং লাইয়েংগদৌ ?
মাহ্ন' খুদম উৎনব বৃন্দাবনগী উমংদ
গোপী প্রেম্ন শৈন্থোব নোঞ্জবঞ্জেন থৌদাংন
থবক-লমজিন থৌগাইব হরি মাগী কুম্মৈনি ।
শক্তি লৈখাই য়েংলগ খোৎলে হাঙ্গৈব লৈরাংদো
ব্রজলিশিং কনঙম্ব হরি মাগী পাঙ্গলি,
শিল্ল লাকপ বামণগী থোংকম অম্ন থানব
স্বর্গমর্ত্ত্য অনিদ লমৱাংখিব বলিগী—

"লাইগী রায়েন্ন কনবন নিপাল্লক শুবদ
দৈবকীগী গর্ভদ' পান্থোম মরি পাল্লব
শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম খুৎলাই শুন পাঙ্গৈব
নারায়ণগী মূর্ত্তিন কৈস্তুম শংদ শাল্লরে।
ইশান ভাল্লে মকমদো ! মাঙ্গৈকৈ মরি কোঙ্গৈহুন
হুরিবু থোগঞ্জনিংব লাইথিবিক থুঙ্ভরে,
স্তোত্র-মন্ত্র পরেংন লৈশি লৈথোন কৎলক্লে।
কুঙ্কুম হুরি চন্দনগী সুংশিরব মনম্ন
খংহৌদন ফাওরক্লে, হাউথুন্নব হৈরাংগী
সুংশিরব লৈরাংগী চংখোল্লব মনম্ন
মকম'পুম্ব হারক্লে। কুশ্মৈ অহু য়েংবদি
পাপী'মিত্ত তমদেদো, যোগমায়া শক্তিগী
শুম্মৎরাইন নমহুনা বন্দীশংহু শংলস্ব
কংসচোর ময়ামদো লোইন তুমখুন হুন্নথি।
মতৌ অহু উবদ ওকপ ওমথৈ থেংলব
বসুদেব দৈবকী অনিমকপু পুল্লস্ব
য়োহ্লিং ফলাং মখৈদো মহৈ মহৈ তাখরে।
ওকপ ক্ভিম কোক্নুন পুক্নীং লৈখৈ তারব
যহুশাগৈ য়োকখৎপ বসুদেব য়াইফরেন,
মাগী পোকপ সুমিত্ত নিপাসিগী ঈদগী
নারায়ন্ন কুমহুন পৃথ্বী'লুম্ব কোকনি
হাঙ্গৈব খুদমু উহুন আনক-দুন্দুভি
লাইগী পুংলেন অনিদো য়৷নথিব স্বর্গদ—
ওসি মাগী মরান্দ তাইবংপানগী মপুন
তাইবং'স্নাব কোক্নব শায়োনবনি খংহুন

বেদ-পুরাণ ময়াম্ তাকপ স্তোত্র মন্ত্রামদো
ময়েকচুম্ন থিহ্নন নারায়ণবু স্তুতিরে।
অদুদগী হরিন নিংথিজব রাহৈন
শান্তাইরগ অনিবু পাম্বোম অনি পান্দুন
গর্ভতাপ্ন কোকপগী হওাশব্দায়রহুন
পিক্লে হাঙ্গৈব অণাংগী মূর্ত্তি অদু লৌখরে।
অদুদগী বহুন গর্ভস্থানবু লোইরগ
মাগী য়াথং তুংইন্ন শ্রীহরিবু পুরক্লে,
লক্কাংখাংদ যমুনা, অদুডৈদ ত্রেতাদ
সমত্রুন শ্রীরামদ কৎপলম্বী'হুগুম্ন
নন্দালয়বু তন্নকপ শ্রীহরিগী চরন্দ
লম্বী কৎখি নিংথিবা। গোকুলমদি য়োরগ
নন্দরাণী যশোদা যোগ মায়া শক্তিন
অণাং অম ফংহুন রাঙ্জোনশংদ চেপ্লম্মী।
থুন রাংন চংলগ যশোদাগী শেগাদ
পুরক্লিব অণাংদো থমজিল্লেদি হাঙ্গৈরগ
লৈরম্লিব অদুবু পুরক্তুন থোরক্লে;
মশোন মনা'মত্ত কনা'মত্ত তাহৌদে
লাইগী খুজিন থোরাংন থবক অদু পাংগরে।
অদুদগী বম্নুন পুরকইব অণাংদো
মতালোইগী তম্বাক্ত হেক্লা পিব খুদক্ত
য়োহ্লিং ফলাং হান্নগী মহে মহে লাক্তুন
অনিদুবু পুনখিব মফম খংদে উহৌবা।
"থর লৈরে হাঙ্গৈরগ অণাং পোকপ মপাউদু
নিংথৌ নাকোং য়োরক্লে, কম্থি চাউব কংশা।

পেৎলো হাঙ্গৈব য়াদব মতা অত্থু উত্থুন
মমৈথংদ যত্থুন "নুপী'সিগী গর্ভদ
পোক্লকইব অঙাংশিং হেক হেক পোকপ মতমদ
পিয়রগে নঙোন্দ" হাঙ্গৈন য়াকয়বদ
য়ানিং পুক-মেল্লবদ মচন হাৎপ তোকখিয়ে।
মতম খর হুদগী শাবী শানৌ অনিদো
হুণ্ডাই লৈথোং য়ারেন্দ কোয়ৌ পুঙ্গোই পাঞ্জরে।
মতুং তাব পন্দুণ্ড কংস'তুন তৌরকপ
হাঙ্গৈগে তাওকো পার্ব্বতী। পুকচেন কন হৌরকপ
শাজৎলীচৎ চংখোয় পুন্সী য়েহ্লৌরকখিব
অত্থুক কব 'নিপাদো, নংগী মথোং চাদব
লাঙ্গাই ঈশৈ লৌহৈব য়াকাঙ্গ পাম্ব নারদ
নোংম কোকপু উনরে, 'হীঃ কংস-ও নহাক্তি
নহাক্কী মপোক্ত কালনেমী হিংচাব
ওইন পোক্লম্বনি হাই, নপাস্থুনে নহাকী
উগ্রসেনে নত্তেরে, সৌভপতি তমথিব
দ্রুমিল কৌব দানবন নমাহ্গী মকমদ
উগ্রসেনবু শাহুন লায়দন পোকপনি।
নংত মাংনবগীত লাইগী মপৈ পুয়মক
যত্থু বৃষ্ণি ভোজদ শাগৈ ওহন পোক্লরে
চেকশিঙ্গৌ-ও নিপা-ও।' হাঙ্গৈব য়ারীনশান
কোকপু হাঙ্গৈজনবিরম্লে। অত্থুদগী কংসন
মপা মতোন পুয়মক শাগৈ ভাইগ কোঙৈনন
লোইন বন্দী থমহুন মথুরাগী সিংহাসন
মখুংমক্ত মুত্থিল্লে।' কল্রে হাঙ্গৈন পোক্লব

হিংচা স্নাইতম শাথীব অসুরগী কাংবুগ
সঙ্গ মরুপ শাতুন পৃথিবীগী স্নানব
সাধু বৈষ্ণব খিবিকপু শাক্লখিব অসিনি।
"যতুবন্ত য়াইকব বসুদেব কৌবদো
মতালোইদি দৈবকী চান্নবীগ লোঈনন
কংসকৈশুম খরাইদ অন্না পম্বোং নংখিয়ে।
য়েংহৈদেদা ইবেমা! মপোকশুগী অসুম্ব
অরাপিনাইরক্লিব লাঞ্জব অনিন
অন্নাশংদ লৈবদি হায় করিবু হাঙ্গসিগে!
লান্দ্রে হাঙ্গব মপৈন খুরুব বন্দীশং
অনিতুবু উবদ লন্নাই স্নাবা কাউতুন
তেংথামাকপ লৌতুন খুদাং পিকম তৈনখি!
অনিতুন পোক্লকপ অঙাং কম্না কংসন
মীহাৎথিন হাত্তোকপ তঙ্কাদব স্নারীনি।
তরেৎশুব মতাংদ দৈবকীগী গর্ভদ
নারায়ণগী অংশন মিতম্নব মরুদো
খংহৌদব শক্তিন বসুতালোই অহনবী
রোহিণীগী গর্ভদ হুন্নরুব মতমদ
নন্দগীদ থৈতুন ইরাই শাইন পোকখিয়ে।
মীন অম নিংলগ লাইন অম থোকহল্লি,
হয়েং মাবু হাৎপদ পাম্বৈদৌব হরিগী
অংশ-শায়োন অতুদি খংহৌদন নাম্বোকখ্রে,
অরেম্ব অহাম্বত কংস'তুন হাৎহৌই।
স্নারী অসি লৈবগী স্নামগী কোলোয় অতুনু
সঙ্কর্ষণবু কৌখিব মতাং চাউব পন্দুপ্নি।

মথোং য়াংব পাউজেনব হৈশিংলব মান্নদ
মান শিনব নত্তন থবক থুব ওম্মোইয়ে”

শিবগী য়াথং তাবদ ভাব-তান্নব ইন্দ্র
শিবদূর্গা খুরুম্মে, ইন্দ্রাণীবু পুক্লুন
মাতলীগী দোলায়দ স্বর্গতিম্ন থোরক্লে। ৮৩৭

ইতি শ্রীকংসবধকাব্যে দেবসংবাদো নাম দ্বিতীয় সর্গঃ

# কংসবধ

## সর্গ অহুমশুব

ইন্নুংশোরা তৈরক্লে, নোংপোকচিঙ্খে ফিহুপ্ত
মৈদ ইকপ কোরিগুম ভাংলৈনব মচুন
মিতন্নক্লে মুমিংকী তাইবং শকয়েং মমিন।
মথংলেন কাঙ্গনবদ চেংলৌ মমি শামগ্রবী
চিংন্নুং লোক্লুং থিহ্ন লোচ্ছখিবী অহিংগী
অন্না পন্দুপ খন্দুন হৈপাল লৈপাল খিবিক্ল
মালেম পৃথ্বী লৈথক্ত তন্নং লাইজ শিন্থন্নি।
নিতি থংব মালংগী অয়ুক পাউজেন তাবদ
উশান্নাশা কৈন্নাদ মপোৎ মচৈ লোইশংনব
কনাগুম্বী চেক্লান য়াকাই ঈশৈ শক্কৎলে
হোনৌ হনব ওক্লব। কনাগুম্বী অমন
নতান্নোঈদি চান্নবী অহিং'দশা থনবদ
তেংথাখোল্লোই শোঞ্জন্নি। 'মুন্না থন্নো মকাদ
অহিংচুপ্প লেল্লুব খোইম্ম লাব থাংজেংব,
লৈনৌ ঈশিহি ইখৌলাং কৈন্নোই লৈতা য়াম্বন
হুন্দোকপিরে মুজাদো নিংব কোঙ্গাই ন্নাংলিবী,
তনৌ তনৌ মাইথোংদো মথংলেনগী মাইকৈদ
চিংন চিংন য়েংলগ ফিরু'মুদ কপহোন্নে।
শাবানকব পাখংদো নংহোন্নলোই মতাগুম
মুন্না থম্বাল মকাদ তকিং তকিং চংলকই।

মিত্র ঈঙাং কাহ্নন অশাউ মূর্ত্তি শককমদ
তকিং তকিং লাক্ত্নন দৈবকীগী তম্বাক্ত
খোম্নাংলিব অঙাংদো শকু কন্ন মুল্লুরে।
মখোং অনি পাঈহ্নন শুল্লতিঙা মণ্ডলদ
কোইরৈ কোইরৈ লৈরগ পৃথ্বীথক্ত লৈরম্ব
মুংপাকথক্ত হাইথরে। লাইন মায়া তৌরিব
অহ্নগুম্ব অঙাংদো কংশ মথুবাক্তগী
নাম্বোকখিব খংহৌদে, পাইথত্নন অত্যাদ
লাইরৈমদি মূর্ত্তিন 'নংবু হাৎকদবদি
ব্রজকোম্নুং য়োৎথরে,' খোল্লাউ কন লাউরগ
শুল্লক্ত মাংথরে। ইঙক ঙক্ত্নন কংশদো
ঙাহাক লৈরে হাঈরগ নিংব কাঈব খোংকম্ন
মাঈথোং লৈদ লুক্ত্নন কোম্নুং য়োন চংথরে।
"তো অস্মুন্ন তৌহ্নন নন্দকোন্দ চাউখিব
শ্রীহরিগী লাঙোম্নি। মতমচুপ্পা কংসদো
ঙাহাক পোথাজঙমদে, করম তৌন য়েক্ত'গী
মন্ত্র থেকপ ঙমগব হাঈব ন্নাখন্নবন
মায়া শরৌ কল্লব পূতনান চিংববু
থান্নকপগী ন্নান্নীদো নিঙশত্নন পার্ব্বতি।
করি কান্নখিদেয়ে, খুমুখরং মকাদ
লালহৌরকপ উন্নিভো তাইবং মীনোক ওইবনি।
ঙম্মোই খংন খংনমক, ব্রজব্রাজ ন্নাণীগী
মুংশি লাঙোন ঈপোমদ তাইবং কুম্মৈ হৌরকপ
শ্রীহরিগী খোঙ্গান্দ অহিং মুংথিল নাইদন
য়েক্ত মৈন্না হৌহ্নন কংসাসিন হৌজিকপু

হিংচা কয়া থারক-ই শাথী কয়া শীরক-ই,
রাখালশিংগ লোঈনন যজ্ঞেবুদ শান্নব
রামকৃষ্ণ অনিন নোংম নোংম য়ৈথেক্লি।
লোইগদৌরে কংসগী পাঙ্গল লৈচাং কাঙ্গদৌরে,
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব 'লাক্লব হরিকাদ য়েক্লব
হিংচা শাজ্বংলবন কয়া কুইন থাংগনি ?
নাহাওঁদ মহাক্ল ঐবু নিংজখিবগী
মহৈ পুম্ব হৈদোক্লে, কান্নব্রব কংসনি।
নোংম তাংকম লাক্লগ শ্রীহরিগী মথুত্ত
পাপী'সিগী য়াইবীদো মুৎলগনি ইন্দ্রাণী।"

রাবী লীব লোইদ্রুন পোথাকম্মেন পাংলব
অম্বিকেশ্বর য়েংতুন হঙ্গচ্চরে শোরারেণ,
"তাবিয়ু হে ভূতনাথ! মতাং অসি য়োবদ
শ্রীহরিগী থৌদাংদ থৌদাং লমজিন পাংনব
ননাই ঐন করিবু তেংবাংজব য়াবগে ?"
"নরা তাবদ মুঙাইদ," খুম্মকই শিবন,
"শ্রীহরিগী থৌদাংদ তেংবাং রাখল্লবদি
নারদবু কৌদ্রুন পাউশিরক্লো ব্রজদ
লাইগী রারম পাউমেন্দো লীহল্লু-ও হরিদ।
মাদু লোইরে হাঙ্গরগ মথুরাদ চত্তুন
ধনুর্যজ্ঞ কৌবদু তৌহন্নব কংসদ
ইঙ্গনহল্লু মহাকপু। কংস অসে শোরারেণ!
অক্রুর'ম লৈবনি, ঐন পিব লিরুংদো
তেক্লিমথৈ কৈদৌঙৈ কংসশিব য়ারোইকো।

কোক্ল হান্ন শোক্তুন খোংদাজরে মণিদো
পূণ্য চেনবী লমদমদ। থম্মোই মকা লাম্লকপ
হুরাউ ইপোম হৌরকপ ঙমখৈ লৈত্রে মুণিগী,
খুৎশাচরোং মতোন্ন বীণাযন্ত্র খৎপদ
শ্রুতি খাঙ্গীন চোঙঙকপ স্বর খোম্থোক পরেংন
চিনবাম্থোংদ শঙ্খকপ সামগনগী ঈখোন্দ
খোল্লে লৈথেৎ হাপ্তুন তাণ্ডবগী নৃত্যদ
ময়াই কাব শিবগুম খোংথাং কুপ্প থাংহুন
কোঙ্গীন কোঙ্গীন য়েংলকই বৃন্দাবনগী নিংথিব।
হৈপাল লৈপান মখৈন হৈন লৈন থনবন
লোইন মক লুক্তুন লাইনিং শক্লোন লৌরম্মী,
হৈশিং লৈশিং থিবদ খোইমু পাঙ্গন মচাং তাই
পোৎয়েন পাউবেন হৈবব মাজং কাওব ঙমখিদে।
পিক্ল শাৎপী যূতীনে শামান্নবী যাতীনে
খোইমু ইনিন কিবন শক্লোন পিক্ল উত্তুন
লৈরাং লৈশাৎ তান্নরি। মালিকাগী মীনোক্ত
কল্লক মৈচাউ হৌহুন তনৌজবী মালতী
শিঙেল্লেথোৎ হেন্নব কল্লকপেন্ন শাচ্চরি।
থোৎন শাৎপী তখেল্লে খোইরুম চাউবী কুন্দালৈ
মান মান হৈজব শক্লোন মিখ্নে লৌহুন
মিহৌ চাউব খোইমুগী লৈহি ইখৌ লাংহল্লি।
লৈখোক উইবী কবোক্লে মোয়াংথাংগী শাথেক্ত
শঙ্গাই মিনোক তমহুনা শল্লাং কোইকল্লরিবী
শানরৈবু নোকপিরি। মাধবিকা উরিরৈ
কুন্দলতা চামেলি পামেন উচাউ লেংবোন্দ

লোইরবং খোংনাং শাচুন লৈশাং লৈখে লোমজরি।
ঋতুপম্বাই ইন্দন হৈরাং লৈরাং মখেন
কোইরাং লাংন শান্নব অঙাং নাবা মতৌগুম
লম্লেন লৈতেং শাগংপ পুক্লীংহুন ফজব
কৃষ্ণগীদি পামজব বৃন্দাকোব লমদম্রে।
ঈশিংমক্ত লৈবস্থ লোইন থম্বান শাংলম্মি
থম্বানমক্ত শাংপস্থ লোইন খোইমু ইল্লম্মি
খোইমুমক্ত ইনবস্থ লোইন ঈশৈ শক্লম্মি
ঈশৈমক্ত শকপস্থ লোইন পুক্নীং হুরম্মি।
অসিগুম্ব লমদমদ চঙঙকপদ মুনিদো
লাইবকফৈদ থল্লিয়ে; রাহোং জগোই শাবন
মহৌশাগী অচম্ব ফিজেৎ লৈতোন ইনবন,
তাইবংমীগী খুৎশেম্বু সাকচবনি খুদিনব—
কোকিল শৈশক তাবদ খোইরোংদব পুকচেনগী
শেংলে হাঈব মখোন্ন তাইবংগুম্ব লৈখোনব—
মতৌ অচু উবদ লোইজরেনে মুণিগী
নুঙাইঈরা হৌবদো'। ঙান্নুকাঙ মপৈন
লৈরাং শাংপ পুথ্রীদ ঈথক তাঞ্জা য়েংহুন
থম্বাল্লৈখোক ময়াদ চিলোক জগোই শাবন,
তাইবংপানবু য়োকপদি সুংশি হৈন্নাং মহিনে
হাঈব খুদম্লিবদো উরুবদ মুণিগী
থম্মোই মকা ল্যাম্রজরে। শজি শঙাই খার্সান
অকি অথং য়াওদন লৌবুক খুদিং চত্তুন
লৈরাং লৈশিং থিরিব খোইমু ঈশৈ তাবদ
রাগ ইপোম হৌদুন জগোই খোংথাং হাপচব

থরো লৈরিক পকপন ম্বাউথাংলব হকচাংদো
থম্বাল মিংয়েং তাবদ শ্যামান্নবী মকাদ
অহিং য়াইপুং লেম্মুয়ে তাংদাংলব থংহুন
কল্লকমিহৌ মৈকনবী ওইন চাউবী মুম্বান,
অশাউ ইকেন ইরৈদ মালং থৌয়িন য়াওবৰ
মশা থক থক নিক্তুন লৈথোকচরি মাইথোংদো।
রাইদ হাদ খোইমু-ও। য়েঙ্গাং মথেন চাবসে
হাউদি হাউই হাঙ্গৈববু হকচাং লাঙ্গৈনা পকপনে,
থিবোংলাওব হাঙ্গৈহুন নোঙ্গ মীরা তাবনি।
চোপ্লেদকো পাথংদো. করি উপায় তৌসিবা।
মপোকভৈগী হৈরকপ অথেম ম্বাহৈ কয়ান
ময়াইথংব খোম্থাংদ শাবীকাদ ঙংজকই,
য়াবিখিজ্রে মুরাদো অশাঠ্ঠ পম্হেং কাহুন
পাথং মমাই যেংদন থোইন কহোকপিরক্লে।
থম্বাল্লৈগী মতায়োই লৈরাং চাম্নিপাম্ন
ওইন' ম্বাথোক উবদ ইরাং লাংব হৌরক্লে,
'মথোং য়াওব পুকলোংব ম্বাশোই চাউব নিপা-ও'
অসিরাদি হাঙ্গৈহুন কনা'মন চৈরকই,
কনা'মন 'মাইকনব' নোঙ্গবসু যাওরকই;
চীংন লেম্ন লৈজবী লৈবাং কনাগুম্বীন
'সতী মশক খংদব যেংনিংদেদা নিপাসে'
অসিরাদি হাঙ্গৈহুন চীংলেম্নবা মাইথোংদো
লৈথোক্তুন থাংলিয়ে।। লৈরাং কনাগুম্বীন
মুরা শাউনু হাঙ্গৈহুনা থম্বাল্লৈবু থেমজক্লি,
শাবী শানৌ অনিম পুক্লিং হকচাং কৎলবী

কনাগুম্বী অমন  অনিছুবু চান্নন
কাঙ্গনরবোই খন্দুন মাঙ্গদ মাইছিং কাখরে।
হাদ পাখং শকশেনব ! খোইমু পান্না নিংশঙ,
মুন্ন রাখন তৌরগ পুক্লীং তাব শাবীদ
খুম্বান পবিং তাজহৌ।  নমিৎ কারান্নহুন
পুক্লীং শৈতা যান্নব' খোইমুগুম্ন চোপচনি।

খৎনবি থম্বানখোইমু বৃন্দাবনগী উমংদা।
অসুঙৈগী মতমদ অত্যা মথক্লোমদগী
মৈবুন মতুম মতৌগুম লৈচিন মরক খাঙ্গহুন,
মূর্ত্তি অম পৃথ্বীদ মথং মথং কুম্নকই।
মতৌ অহু উবদ খন্নখিযে মীয়াম্ন—
'মুমিৎ লাইগী খোংচত্তি থোঙ্গন থোঁঙ্গন চৎপনি,
খাম্বী মৈগী মৈরিন থক্ত চুম্ন কাবনি,
শঙ্গাইসেনবু পাইবসু শাংন য়াংন চৎপনি—
থাদবসু মান্দন তাবকপসু মান্দন
তপ্ন তপ্ন কুম্নকপ থরাই মিরেন যাওগুম্ব
মঙান মতুম অসিবু করি লাইগী শারোংনো?'
খন্নবিঙৈ মীয়াম্ন খংহৌদন মূর্ত্তিদো।
বৃন্দাবনগী উম্নংদ তাখিহুন মাংখরে।
হাদ মুণি 'নাবদ'! চহি কয়া চুপ্নবু
তপ্ন, জপ্ন, তৌবন পাপকী মমি তাদব
সাত্বিক দেহ অহুন খাম্বী মৈঙান মতৌগুম
লংখিবনো মণি-ও! লাইবক ফবী বৃন্দাবন
ফংজবদ মণিবু হুবাও ইথৈ লোমজরে,

তীর্থ শিংবুম য়ৈহুন শোক্লক্লব ঈশিংন
যোগী ঋষি খিবিক্ল কণ্ডঙমদন লৈরব
চরণ থম্বাল অনিদো মখুৎমক্ল শেংজরে।
লৌথুপ লোকোয় লৈতবী ব্রজাঙ্গনা খিবিক্তো
অত্তিংধর্ম্ম মহৈবু কংজনিংব পুক্লীংন
পাদ্যঅর্ঘ্য পুহুন সেবাজরে মুণিগী ।
পূণ্যচেনবী নুপীগী সেবা মকালাম্বদ
পেঙ্গরব মুণিদো হরিনাক্ত থান্বিব
কুশাসনগী মথক্ত তগুপ তরেং ফমজরে।
ইন্দ্রনীলমনিগী মশেক মঙান তাবদ
চন্দ্রকান্ত মনিন চিক্ল ইংন ঙানবগুন
ব্রজরাজ নন্দনগী শংবানব থরোবু
মাইথিঙম্ব কান্তিন ফুইন ফুইন য়ৈবদ
ঙৌরুনব মুণিগী পাপলৈতব হকচাংদো
মখৈ কংন লংলকই। শ্রীহরিগী ইঙ্গিংন
কুলধর্ম্ম কিজবী কুলবধু শুইবীশিং
হরি মুণি অনিবু বিদায় খাইনবমহুন
মাগী মাগী গৃহদ হন্নখরে তথুন।
চৎন চৎন ইবেমা রাধিকাগী থম্মোইদ
মমাংঙৈদ হুন্দব ইনিন অম হৌরকই,
মশক ইথং খংদব ইনিন্দুগী শউম্ন
রাহোং কাঙমপেগা তমজনব খোংথাংদো
খোংথাতালবু কাঙ্গহুন তাইবংপানগী য়েংনফম
ইবেমাগী শাথেক্তো কলক মন্নি তাখিরে।
গোপিকাশিং চৎখরে কুঞ্জবন্দো চিকহৌরে;

হরিমুনি অনিগী স্নজিং সুমেরুগুস্ব
তাইবংপুব শক্লোন্ন 'তিয়াপুন্দ হুমিখ্যা
পুল্লপ থোকমিন্নবগুম কুঞ্জবন্দ ঙাল্লক্লে,
পূণ্যতগী তুংকম্‌দ পূণ্যতন তিনবদি
অনিগুন উদব দৃষ্ট অসি থোকইদো—
লুরে হাঙ্গৈব পুৱীদ থরোথম্বাল শাৎলগ
লাইজগুন্স মহেন্লে লৈগী শকস্থ মকায়ে।
সনাফিগে কুপ্পাদো শ্রীহস্তন পাঙ্গৈরগ
মুণি মাইথোং য়েংহুন য়াথংলকএ হরিন,
হে ঋষি-ও অথোইব! ঐগী লাইবক খেঙ্গোংদ
য়াইফ শমক্রু থিনবন ঙসি কোরৌ পুঙ্গোইদ
য়াইফথোঙ্গৈব নহাকপু মিৎন উব ফংবদ
ঐগী থম্মোই'তিয়াদ অপংবগী লৈচিন্ন
গুরু খনব মকমদো লোইন মমি শামখরে;
কোরৌ হুমিৎ য়ৌনবু কোকঙমদব মরুয়ি,
মুশি নংগী শক্তিন হুমিৎ লিশিং হেনবন
থম্মোই'তিয়া মনুংসে লোশিং মঙান শাচ্চরে।
তানঙমদন ফংলব মুণি নংবু ফংবদ
ঐগী পুক্নীং তময়াদ তনৌনন হুল্লকপ
ৱাখন উরি ময়োন্ন লৈয়েং'সিদ য়েৎলরে।
হাঙ্গৈরসিদো ঋষি ও! করি থৌরম লৈহুন
য়াইফথোইব নহারু ঐগী লমদ লাকপনে।?"
অসি ৱাহৈনহুন মোমোয়ব চিনবান্ন
হাইরপ হাইরপ কাংবদ কুন্দ চরোং তমজব
দন্ত পরেং অহুন তনিক তনিক লংহুন

লৈখোন অহু উবদ মুণিখুত্ত মহুতী
গ্রাম খুনখাই চানব মুর্চ্ছনাগী খোন্নিক্ত
নাদ ইখোন হুল্লকই। শকচন্নক্লে মুণিসু
হরি কোলোয় শৈরেংদ বৃন্দাবনবু থাহুন,
তানগী মাত্রা য়েংহুন জগোই লৈন শান্নক্লে।

য়োন্নক্লে মুণিদো নিভৃত নিকুঞ্জ বন্দ,
ধ্যান তৌহুন য়েংবদ ফাওখিরম্মি মুণিদ
মক্কম'হুদ হরিন শান্নরিব গোপীগা।৮
চন্দ্রাবলী কুঞ্জদ অহিং লেল্লুই হাঙ্গবগী
ওইনরম্বী রাধাবু য়ায় রান থেমহুন।
হোৎনজরি কৃষ্ণন ইবেমগী হৃদিদ
নিংব লৈরাং শাৎনব। মরৌলৈব কৃষ্ণগী
অথেন্নাংদ থুহুন রাধিকাগী মাইথোংদো
মকাকন্ন শাত্তোক্লে। কৃষ্ণ প্রেমগী ঈচাউন
থরাম্বাগী ঈহৌগুম, ঈনোৎ অমুক রাত্তুন
কংলগনি রাখন্ন ইরৈ পাঙ্গন রাত্ত্রিডৈ
চেন্নৌরগে মতাগুম চাংজৌ পান হৌরক্লে।
প্রেমগী নাট্যমঞ্চদ শক্লোন হৈবী নায়িকা
পামুথম্মোই মুন্নব চংখোল্লব অভিনয়
মথেন মথেন উত্তুন নুংশি-পুক্নীং খোইমুদো
ফাজিন্নব লাক্ররে! হে খোইমু-ও নহাক্তি
নবৌ লৈন উইদকো! প্রেমগী ঈহৌ কনহন্ন
লৈহি পেন্ন চুপ্পদি কনা মালং মপাক্তগী
লৈনৌ মনম তাহুন লৈরাং লৈশক হোংগেদ্রা?

য়াথংলবী সখীন অনিমক্কী কুম্মেদ
পুক্নীং হুকচাং লুপ্তুন তাঞ্জানন সেবারে।
অনিমক্কী লীলাদো উজরকই নারদ ;
লাইবক কব মুণি-ও! তাইবং মিৎচম মিৎলান্ন
উকদ্রব কুম্মেদো নংন ওসি উবদি
নংগী করি পূণ্যনো ? চংশিল্লুব কাহেন্ন
য়াদে খংব মুণিদো লাপ্লাপ্নন লৈহুন
সাত্বিক মিৎয়েং থ্যান্তন হরি লীলা দর্শন্নে,
বীণা থোঞ্জেন ঈথোন্দ হরিগুণবু কীর্ত্তন্নে।

মাগী ইচ্ছা য়াওদন মাবু ফংব ওমদব
অন্তর্যামী হরিদো মুণি শউম তাবদ
কুঞ্জবনগী মপান্দ হাঈফেৎ অত্তক য়েংলকই।
হিমগিরি ওমজব ডৌরুনব হুকচাংদ
চামরশক্তি মউন্ন নমথাং-থারোঞ্জরিব,
নগুন মচা তাবন শরৎনোংথাং তমজব
থম্বানলৈরিক মাল্লব শম্লাং জটা মপেন
কোক্ত পৈরপ লৈতেংব, পামেন ভূর্জ্জ মকুন
খ্বাংগী ফিথোন ওইহুন মীনমরাদি ভাংদ্রব
চিনবান্দুদ হরিগী গুণগী তোয়ৈ হৌরকপ,
পূণ্য চেনব মুণিদ সনামিৎয়েং তাব্রকই।
লেংথোরক্লে শ্রীকৃষ্ণ থৌগল্লকই সখীন
তরান তরাম তৌহুন কৌশনবিরে মুণিবু।
হরিদর্শণ ফংবদ হর্ষাউজব মুণিদো
লৈশি লৈথোন কত্তুন শাষ্ট্রাংনন খুরমে,

মাইথোং থম্বাল্লকাদো নুমিৎকুম মুণিদ
তোইন তোইন যেংদুন মকাক্কন্ন শাৎলকই।

হরিগী য়াথং তাবদ পাউখুমজরে মুণি,
"তাইবংপানগী বিষয়দ মাম্নাকৌব থমদ্রব
লাইনিং ইথৌ ওইজব যোগী ওইব ঐখোইগী
মীরক মীতিন লৈতন মীচিক মীখোন তাদব
নারক উরক মরক্ত নংগী কোলোয় শক্তুন
কোঙ্গন কোঙ্গন চৎলগ নংগী চরণ তাঞ্জব
অসিদগী হেন্দোকপ থৌশক অম লৈজদে।
ব্রহ্মা কৌব লাইহুন তোপ লিশিং'ম তৌহুন
নংবু কংদে ইবুঙো। তোনবদগী তোল্লব
অপংবদি ঐহাক্ত ঙসি লাইরেন নোংজাদ
নংগী দর্শন কংবসে, ঐগী করি পূণ্যনো?
ঐগী পূণ্যন নত্তে, নংগী ইচ্ছাহুতন
য়োল্লবগী ইমিত্ত নংন দর্শন পিবনি।
নংগী কৃপা কংবদ রারী শিংবুম থরদং
নংগী চরণখাহুদ লীজনিঙে ননাইদি,
'কৃপা লাইজ পাত্রদ মুংশিমধু' খিক্তুন
দর্শন কংব মহৈসে চুমহনবিরো ইবুঙো!
মচাশিংনা ঙাংবদো ঙহাক পুঙ্গোই তারগ
মমামপা ওইবগী মুংঙাই-পোংথা ওইবগুম
অপংবদি ননাইন অশিংশান ঙাংবদো
তাবিরগ ভগবান। কুম্মে ঙ্কিহুপ শাবিযু।"
য়াথং পিরে হরিন "হাঙ্গয়ু হাঙ্গয়ু মুণি-ও।

তানিংবন খমথেংলে, কবি মতাং লৌহন
রারী কোঙ্গাই হুক্লগ ঙসি দিনসি তেলসিগে।"

য়াথংহন নারদ থৌনাপসিং চাউখবে,
স্তুতি লোম্ন মাংথান পুক্নীং কিথুম হাংলকই,
"হরি-ও হে নারায়ণ! নহাক্তিনে ইবুঙো!
নংগী গুণবু শক্তুন স্তুতিরগ পেনবিয়ে।
ননাই এরেগী রারৌদি অতে কৈস্থ নত্তেনে,
নংগী গুন রারীন চরণখাদ খঞ্জব
হরি নংন পেন্দুন য়োল্লববু লানবির
অসিতগী ইবুঙো লাকচবনি ননাইন।
তাইবংশংলেন থোংসিদ যুক্নী পম্হোং মরিদ
শক্লোন তবা থোক্লবু শায়োন্দুন নহাক্ল
মালেম পৃথ্বী লৈথক্ত পাপকী চৈহাই লৈবম্ব
মরু কংন থত্তুন শান্তি খেঙোং লময়াইদ
ধর্ম্ম-উবোং খিনবিব হরি নংগী থৌদাংনি।
সত্য কৌব যুক্তুদ মৎস্যকুর্ম্মবরাহ
নরসিংহ শায়োন্ন হরিকাদ য়েক্লব
দৈত্য থিবিক মাংহনবি। মথং ত্রেতা কৌবদ,
বামণ ওইন পোক্তুন লাইগী কাদ ল্যাম্প্লিংব
দৈত্যরাজ বলিবু পাতালযৌন নমথবি;
ভৃগুশাগৈ যুম্লেন্দ শায়োন্দুন নহাক্ল
ক্ষেত্রি ইশৌ মৈশাবু মালেমদগী মুথৎপি।
অত্ম্ঙগং তাবদ মীগী মপোক লৌহন
দশরথ মকাদ হরি নংন পোক্লগ

মীগ লাইগ য়েক্লব রাবণ কুম্ভকর্ণবু
উৎকী মপৈ ওইহনবি, পৃথ্বী লৈয়োন অসিদ
নিংথৌ ওইন পান্দুন প্রজা যোকপ নীতিদি
অসুম তৌই হাঙ্গৈবদো তাইবংপান্দ উৎপিখি।
হন্দক দ্বাপর'সিদ হরি নংন লাকপদি
ননাই ঐন খংজব ব্রহ্মা কৌব লাইহুন
তম্বিবকপ খরদং হঙ্গচ্চগে চৱন্দ।
ত্রেতাযুক্ত লোইরব দ্বাপরন চংলকপ
যুক্তী পনখাই লাকপদ অহুড়ৈদ নহাক্ত
থম্বিরম্ব উন্নোংদো মালেমদগী তেকখরে'
ধর্ম্ম কৌব লাইহুগী মখোং অনি শোঙ্গৈরক্লে।
পাপকী শউম চাউবন থুবৈ চেৎপ ভমত্রবী
পৃথ্বী কৌবী ইমান ষণগী মশক ওইহুন
ব্রহ্মা কৌব ইপাসী মকমকাদ চংজখি।
অহুদগী ব্রহ্মান লাইয়াম সভা পুহুন
ক্ষীরাব্ধি মপান্দ অনন্ত শয্যাদ চেপ্লিব
ইবুঙো নহাকপু বেদসুক্তন ঈড়াৎখি।
হরি নংন অহুদ পেনবিহুন ব্রহ্মাবু
লাইয়াম সভা খংদন ব্রহ্মাতগী মমিৎত
শাযোনসিবু নহাক্কী উৎপিরেদি হাঙ্গৈরগ
লাইয়ামশিংন নিংজব থুংহনবিনি তাকপিখি।
"মমাংড়ৈদ ওইখিব নংগী শায়োন খিবিক্তি
অংস 'মম্মম পুহুন লীলা পুঙ্গোই শাংখিদে।
হন্দক যুক্তী ওইরিব হে হরি-ও নহাক্তে,
ঐশ্বর্য্যতক্ক ভিনব শক্তিপুম্ব শাগোনব

স্বয়ং পূর্ণব্রহ্মন তাইবংলোক্ত ঙানবনি।
থবক থৌগাই লিশিংন লীলাপন্দুপ শাংদুনা
য়োম্লে হাঙ্গৈব মখেবু লোইন মুখংপিরগ,
লৈমাপৃথ্বী লৈমগী অরুম পোত্থাং কোক্নন
শান্তি-ধর্ম্ম মঙানবু থাঙ্গৎপিব ইচ্ছানি।
অদুবুনে ইবুঙো ব্রজগোপ গোপীন
করিপুণ্য তৌদুনা তাইবংমপু নারাণবু
প্রেমগী লাংদ কাদুনা চাউরে হাঙ্গৈব হরিগী
ইচ্ছা-থৌদাং তৌহন্দ মতম পুঙ্গোই লেনহনব?
স্বর্গদদি লাইয়াম্ন লাইগী থৌদাং য়াঙমন
হরিনস্থ য়েংবদ ব্বান শেম্বজগৎসে
কাইগদৌরে থনবদ চৈরে খেন্দোং লাংনরে।
হরি নংদি ইবুঙো মহুং মপান উবনি
নঙোন্দবু করিবু হঙ্গৎখিনি নারায়ণ!
ইশৌ কনব ক্ষেত্রিন হিংচা ম্বাইতম শাজৎন
জগৎসিবু নৈরিব য়েংহে তাহৈদরেনে,
মীনুংশিস্থ হন্দোক্লে অক কত্ত খন্দরে
অশোল্লনা ব্রাহ্মণবু অরাকতম্ন লাক্নরে।
নাস্তিক বাদী ওইদুনা অর্চ্চা পূজা থিবিকপু
মুথত্তুন পুন্নমক 'ঐবু লাইনি ঈড়াংলু'
পাঙ্গল্দ্রব প্রজাদ নমফু চৈরাক পিবিরি।
য়েংহৈ তাহৈদেদ-ও, মীকপ মীরাউ মথোম্ন
তেংথা নাহে মনিন্ন জগৎ অসি কুপথরে।
'সিয়োবব মতমদ স্পষ্টি থৌদি য়েংবিদ
বৃন্দাবন্দ হরিন নাম্না কুম্মৈ শাম্নব

ওক্লে'বুঙো তোকপিরো, নংগী প্রেমগী লীলাদো
গোপীতগী নত্তেনে নংগী থম্মোই লৈকাদো
ব্রজবাসীশিংতন ফংকন থোক্তে ইবুঙো।
জগৎ অসি শিন্থুংন য়েনবিহুন নহাক্ন
তাইবং লোক্ত লাকপগী তাইবংথোদা কুম্বিরো!"
নারদগী ৱাহৈসে স্না নাকোং য়োবদ
তপ্প তপ্প হরিন সনা য়াথং তারকই,
"করিনো হে মুণি-ও! লেম্ন লৈতে ঐহাক্তি।
বৃন্দাবন্দ লৈনমক হিংচারক্ত শাথিব
শকট-তৃণাবর্ত্ত পূতনাদি শাথিবী
ঐন অঙাং ওইরিঙৈ হাচ্চখিন ঐহাকস্থা
হৌজিকমকস্থ কয়ানো ঐগ দাউর্জী অনিন
হিংচা পাথো কয়াবু বৃন্দাবনগী তময়াদ
য়াইবী প্রাণবু লৌহুন পৃথ্বী পোৎলুম য়াংহল্লি।
ধেনু বক প্রলম্ব ব্যোম অঘ প্রনম্ব
হাৎখিবদো কনানো? মথোই'সিন শিবদ
তাইবং অসি পোথারে শান্তি ইনিন তারেনা।"
থুন খুন্নে নারদ য়াথং অহু তাবদ,
"বনগী উন্নুং হাঙ্গবসে পাম্বকৈরেন নোংশাবু
থেংনরুনি হাঙ্গবগী চত্রব জগৎন
অকি অথং পোকপা্ন, খৈরোই উচি লমহুইন
থন্ন লৈরে হাঙ্গহুন কিনরুদে কনাস্থ!
ধেনু বক হাঙ্গবদো নারক খৈরোই লমহুইনি,
খৈরোই লমহুই হাত্তুন জগৎশান্তি পিবদি
শান্তি'দগী মনিন্দি অয়ুক হৌব নোংগুম্মে

বসি রাবণ হাৎপন য়েন্নু বকপু ওম্বদি,
পাম্বহরি নোংশান বনগী উচি হাত্তুন
দিনগী চরা পুনবে হাঙ্গৈব রারীনশানি।
পাথৌ শাতানবশিংন নোংশা কৈবু কারগ
পাথৌ মিঙ্খৈ কংবগুম নোংশা কৈগ পান্দম
জগৎসিবু ওৎলব লাইগী তাথি যেক্লব
ক্ষেত্রি ইশৌ কল্লবা হিংচাবৃত্তি চৎপশিং—
দুষ্টশিংদ শাথিব লোইন দমনবিহুনা
হ ব ংগী কোলোয়বু শকহন্নসে জগত্ত—।"

মুনি মপাউ তাবদ চুবা যোনখাংনহুন
য়াথংলকই হবিন, "হাঙ্গৈযু হাঙ্গৈযু মুনি-ও।
মখোইহুগী মরক্ত লমহেল্লিব কনানো ?"
খুমজবকই নান্দ আঙ্গা অসি কংবদ,
"ক্ষেত্রি ঈশৌ চাউবব মমিং মশোন তাবদ
তাইবংপান্ন কিনব মখোইহুগী মমিংদি
বান দ্বিবিদ নরক ভৌম জরাসন্ধ
দন্তবক্র শিশুপাল কংস হাঙ্গৈব অসিনি।
মখোইসিগী মরক্ত হৌজিক'সিদ ইবুঙো,
অশোল্লনা মকমদ চৈরোৎ চৈফু কল্লুন
জীবলাক্র কনবদি কংসসিন মহেল্লে।
লাইগীরক্ত অঙাওব চাকচা কীজেৎ নাইদ
ভাংগী মৈথু নেশান মোংকমদদ য়াহিপ্ল
লাইদি চোংলম চাদব নংগী মহাদেবন
বর পিকই হাঙ্গৈহুন কংস'সিন উশিংপ

কনা লৈত্রে জগত্ত। মহাক্তবু কিবন
লাইরৈপাক্কী লাইয়াম্ন শমজি খাইন চেন্নরে।
হুরি নংগী চান্নবী ইমালক্ষ্মী দেবীসু
মাগী পাপকী য়াইথোংদ সেবা থৌদাংনহল্লি।
হায় করিবু হাইসিগে য়েংহৈদেদা ইবুঙো,
কংস হাক্তক অসিদ লাইগী মিথৈ চমখরে
তাইবং থককথা শুনখরে অওকপনি হরি-ও
তাইবং পোলুম পুবগী থৌদাং চিনবী ধরণী
ইখেং কনব কংসগী চৈরোৎ শরৌ চৈহাইগী
পাপকী পোৎলেন ননবন নিজা থৌদাং পুঙমদা
খুদাং পিকম তৈহুন লাইগী থোংদ কপ্পিব।—
মাহু উবদ লাইনিংথৌ তৌনিংঙাই লৈজদা
ননাই ঐবু কৌহুন হরি নংগী নকাদ
পাউশীরকপ অসিনি। অসিননে ইবুঙো,
কংস পাপী অসিগী থরাই মৈঙান মুত্তুন
তায়োল্লব তাইবংদ শান্তি ঈরা খিকপিরো।"

য়াহৈ অসি তাবদ মাঙ্গথোংলৈদা লুক্তুন
জবাল্লকই হরিন, "কংস সিদি ঋষি-ও।
ঐগী মাম অমনি, মামসিবু ঐমক্ক
হাৎপমক্তি করম্ন তৌরসিগে ইথুৎনা?
পাপ্প লাক্ষা তৌহুন যোল্লবস্থ মহাক্ক
মাম হাঙ্গদ মিঙৌদি কোকপ য়ারোই ঐহাক্কী।
অসিগুম্ন নাম্নবু হাৎলুত্তুন করম্ন
...হাৎপা তৌগনিবু খুল্লসিগে ঐগনা?"

হাইক্নেৎ নোকই মুণিদো ৱাহৈ অসি তাবদ
অমুক হয় হঙ্গচে হরি চরণ খাহুদ,
[‘করি ৱানো ইবুঙো। ‘তাইবং শেম্ব মপুগী
তাইবং থোদা লন্থিদ তিঙ্খংশোবু থাকপবু
মরি মতাং য়েংহুন থাককরব হরিগী ?
অমহিক্তি ইবুঙো নংগী মরি হাঙ্গববু,
ধর্ম্মতবু কাঙ্গদব হরি নংবু নিংজব
সাধু বৈষ্ণবশিংতন নংগী মরি কৌবনি।
জগৎসিগী য়েক্লব জগৎ শান্তি থুগাইব
য়াইথিরব জাত্ত্বন হরিগীস্থ য়েক্লৈয়ে।
নিংশিংবিয়ু ইবুঙো, নহামুক্কী মপোক্ত
কালনেমী কৌহুনা হিচারক্ত কম্থোব
হরি নংগী য়েক্লব মহাক্তন হন্দক্ত
ক্রুম্রিল দানব ঈদগী উগ্রসেনগী ক্ষেত্রদ
লান্নহুন পোক্লকপ কংসসিনে খংবিয়ু।
মপোক মপোক খুদিংদ হরিতগ য়েক্লব
নিপাহুবু হাৎপদ মরি মতাং য়েংবিবা
করিগীনো ইবুঙো। মীরয়েনগী ৱাদস্থ
য়েক্লহাৎপ হাঙ্গবজ্ঞা মরি মতাং থিগন্থ
ৱাজনীতি ইবন ময়েক চাউন ইরিয়ে।’]
কংসসিন নহাক্ত নরুবনি খল্লগ
মথংতাব ৱাখন্দ খন্নহুন য়েংলসি—
লম্লানবন য়েক্লব ঐগী মীন য়েক্লব
অনিসিগী মজুংদ অকোনবন লুনৈযে,
লম্লানবদি লাপইদো ঐগী মীদি নকইদো।

য়েক্লবন নক্লব করি থোকই থনবিরো।
মরম'সিন ইবুঙো, হরি নংগী নকমদ
অনিথোক্ল য়েক্লব কংস কৌব নিংথৌনি।
মাম কৌই হাঙৈহুন ঐগী ইপা ইমাবু
লাঙ্গদন লাক্লব নিপাহুবু ঐহাক্ল
কনফদেনে হরি-ও! জগৎপূজ্য ওইরব
হরি নংন তাইবংদ তাইবং য়ুনথুংলুরিব
বসুদেব দৈবকী অনিহুবু কংসন
কৈগুন শংদ পুন্দুন অরাপিনাই হল্লিদো।
লাক্সিঁডৈদ নহাক্ল অনিহুগী মরান্দ
মিতল্লব অঙাংশিং মান কয়া হাংখরে,
মতৌ অসুম ওইরব ইমা ইপা কৌববু
অরালাংদ থমহুন লাক্লরিব মহাকসে
মরিনতাং ওইসনু য়েক্লপল্লেন ভমথেংনে।
মরম'সিন ইবুংঙো, অসুম ওইব কংসবু
মাংহন্দুন নহাক্ল সৃষ্টি লমী শেমহুন
লৈবাক থৌদাং তৌবিরো। অমহিক্সু অহুগ
ইমা ইপা কৌবগী থরা কোঙ্গোই থোক্তুন
লম্মনশিংব শক্লব লম্লাই থৌদাং পাংবিরো।
য়েক্ল' কৌব হাইবসে, হঙ্গংখিগে হরি-ও!
চুইন থম্ব হৌনসে, য়েক্লবন পল্লগ
য়োইবু য়োইহেম্লিংবগী মঙ্গল পদ্মে শেঙ্গন্দে
অমম্বন লৈরিক্তে মুমিৎ মঙান উদেয়ে।
খোগাউ পোরম য়াম্লন হরি-ও হে! খোবু-ও!
[illegible] থোরমদ থোগাই শৌজন শারব

অপন শেন্নাং থাংলব য়াঈথিবসে কংসসে
থদত্তুন খুদক্ত যশঃকীর্ত্তি লোঈনন
তাঈবংঈচাউ খোম্বসে ঈচেল ঈখাই লোইহল্লো।"

নান্নদগী অসুস্থ পোরম চান শিল্লকপ
ন্নাবী পবেং অসিন পুন্নীং খোইজি তমযাদ
অপেন নৈন্নাং শাত্তুন নিংথিজব ন্নাহৈন
ন্নারোইন্নকই শ্রীকৃষ্ণ মুণিদুগী মকমদ,
"নুঙাইবেদ ঋষি-ও ঋষি শাগে কোন্নো-ও।
কোন্নৌ মঙান ন্নৈবদ লোইদাং চন্দ্র থাজগী
মঙাল্লেপুন থোক্তুন তাইবংলোক্ত ঙানবগুম
নংগী বাথং মৈবান ঐগী খোইজি তমগ্নাগী
চিংন' অমম মুথংলে লৌশিং মঙান থানবিবে।
অদুগনে হে মুণি। হোই হাঈবন লাঈবন্নি
থবক্রমদ থোক্তুন তৌগে হাঈ'সে লুখবে,
পামেন শিংজা যাওদুন খাম্বী মৈবান চাকখন্তে—
য়েকন মান তুনিন্ন নিঙাইদন লৈবদ
মাগী থক্ত খুথাব ন্নাহিক্তনি অমুকস্থ।"
পাওমেঞ্জবে মুণিন হন্নি ন্নাথং তাবদ,
"নংগী কৃপা কংবদ, মাতুগীদি ইবুঙো।
শিনব লাঈনি ননাইগী। হৌজিক্নক্নে ননাইন।
মথুরাদ চত্তুন উনন্নগ কংসদো
থবক লমথাঈন্নগে। পংজন্নব কংসদ
থৌজল্লুন ননাইন্ন মংকী মন্নাই কাহ্নগে।
চাউন্নে হাঈব যজ্ঞ'ম তৌহন্দুন মহাকপু

ঙসি কৌব নোংজাদ পূণ্য খেল্লোং ছুনবন
তোল্লবগী মিৎসিন নংগী দর্শন কংজরে ; ৷
স্পর্শ মণি মগুন্ন য়োৎন শনা ওনবগুম
পাপীতন খুল্লিংব ঐগী পাপকী যাইথোংসে
নংগী চরণ খুদান পূণ্য শংলেন কাজরে ৷
মন্নবদি অহিংদ থাজমডান লাকপন
তাইবং অকি কোকপগুম মুণি দর্শন্নবদ
ঐগী থম্মোই'তিম্বাগী মন্নস্থ কোক্তুন
লৌশিং মডান থোকচরে ৷ শেংল্রে মুণি হুদিসে
ফুদোংলব সনাগুম অমুকৌশিং কোকথরে ৷
মরক মরক্ত'স্থম্ন লেংবিরকপ মুণিন
অপংবদি ননাইগী অন্নাবন কোকপিব
অনংবন ডাকপিব—মশিং নাইদ্রে হে মুনে !
ঙসিস্থনে মুণি-ও ! কঙডমদব নহাক্ত
তাংন লেংবিরকপগী য়াইফ পাওমেনবিহুন
চানবিবগী অমৃত থিকপিরম্মু ননাইদা !"
য়াথংলক্লে মুণিন কুশাশনগী মথক্ত
খোঙ্গ্রাই কিহুপ্পহুন "নবৌশিংগী মপান্ন
পৃথ্বীথক্ত পাল্লিব নিংথৌ লেঙ্গাই অমগী
লুহুপ মণি মডান্ন নখোং লৈতেং ওইরব
নিংথৌ নংগী নকমদ করি পাওমেনথিসিগে ?
ঐন হাঙ্গিগদবদি হে শিংলব নিংথৌ-ও !
য়েক্ত চন্দন মখাক্লে থবক লোইদ' মখাক্কে
'য়োইহেন তানব নিপান থমফদেকে৷ অনিসে ;
যেক্ত চন্দন হাঙ্গিবসে লাঙ্গিথুং মখাক্কুন্বনে,

ফহৌদব লাঈথুংন অমুক পুমখৎলক্কুন
থরাই কয়া মাংনব তাক্কুন কৈ কান্ননি—?
থবক অম তৌবদ লোইদন খক থমকদে,
লোইহৌদব থবক্ক তুংদ হুযেল্লক্কুন
পুন্সী য়োইকা পুংয়েন্দ অমংখুদি পোকহল্লি।
অসিন হে নিংথৌ-ও। নিংথৌ ওইন নহাক্কী
কম্বাল্লেখোং চেৎহনগে হাঈব রাখল্লবদি
হৌজিক'সিদ নহাক্কী য়েক্ক কনা লৈরিব
মরি মখোং থিহুন মক্ত ফংন থুদেকউ।
নপাঙ্গন্ন ফরিঙে নরৌশিংবু শিজন্নৌ
থবকপাংব হাঈবসে পাঙ্গন মপান তাংবনি,
পাঙ্গল মচাং তারগ লৌশিং শোইনাইরকপনি।
নতোমতগ পাবদ য়েক্কবন হেল্লগ
মীচং সঙ্গন থিহুনা শক্তি পাঙ্গন চাউনব
হোৎনগনি নশাগী। তরা'চৈশু লেংথোং কাই
হাঈনব য়্রা লৈবান, য়োংশরোমগী মপান্ন
সমক্র পনথিংখিব য়্রারী অহু তাদয়া?
মীচং অহু থিবদ নমান্নব খনগনি,
নংগী য়েক্কবহুগ মখোইগসু য়েক্কব
'হুম্ব মাচং থিবন অশিংবগী নীতিনি—
তিঙ্খং অম হুনবদ তিঙ্খং অমা চংবনি।
তো অসিন নিংথৌ-ও। চেকশিনবন নহাক্কী
লোঈন শাগোন ওইরব নিংথৌ নংগী নক্নদ
পাওমেন লৈরাংনিঙাইবু থোইন লৈতে এহাক্কী।
অহুন্দি ওংরগ য়্রারী অম তৌগে এ,

মাগী নিজা মরান্দ হরি নংবু কৌহনগে।
নিজাযম্বু কৌরব অপংবদি কংসদো,
হরি চেংলৌ উঁবদ মাগী য়েক্ল চমন্ন
থোইরেন লগজি চাক্লন হরি নংগী চরন্দ
থোগন শৈকম কাঙ্গৈকপ অযোল্লক্তিং কাংক্কপ
মতম অহু য়োবদ মাগী লিকং অচৌব
থন্নাই পুরি হাঙ্গিবদো অনি থোক্ল থেক্লগ,
হরিচরণ খাহ্নদ চামথোক্ল য়োল্লব
বিধি নিয়ম থুগাইব যমগী যাইথোং পাল্লব
লাইবক খেন্দোং য়াইথিব পাপকী লমহেন শাত্নবু
লানবিহ্নন নহাক্ল যমগী যূমদ শীবিন্নু।”

করে হাঙ্গিব য়াথনে কুবিহ্নন হরিন
বিদায়নির্মাল্য কংলব হন্নাউনব মুণি
মন্ত্র শৈরেং চংথোন্ন লৈশি লৈথোন কন্তুন
খুন্নল্লগ হরিবু অতিয়াগী লম্বীদ
মথুরা পাংন পাইখন্নে। কংসগী ঈশৌহ্
থম্মোই লায়ুম চেমাইদ লৈবাক লৈচন তাবদ,
সনামা ঈথোং মিরেন্দ ধুমকেতু নৈখুত্তম
পিত্তম খেজ্ৰোং লাংতুন লাইগী যেক্ল তাথিগী
মন্নাই চাঙ্গৈব খুদম্বু নিতমহ্নন হবিন
নন্দভবন লৈবোন্দ সনা থোংলেংশিনখবে।

মিৎনকুপ্প মত্তমদ্ন থুণ্ডবে মুণিবন্ন
মধপুরী কোক্লন্দ। অত্তম মাপী হিবিক্ল

মথেন কান তিন্দুনে হুরাউ ইখেং মনিম
লৈবাক শাংন কাওরব রাজসভাময়াইদ
ভাস্থোইরিয়ে কংসন রাজ আসন মথক্তা।
লেংশিল্লকই মুণিদো কায়দ কায়দ শাথেক্ল
ওইগী শাগন মমুংদ বীণা যন্ত্র পমহুনা।
মুণি লাকই উবদা ; মুণি মগুণ খংলব
লৌশিং চাউব নিংথৌদো, আসন্দগী কুমথরে,
মতিক চাব পোজ্জংন খুদোন পোংলম শেমহুন
অঙম অথৌ খিবিক্কী মাংগী লমজিং থাহুন
মুণি ওকপ থোরক্লে ; মগুণ চাউব মুণিন
সভা থোংদ য়ৌবদ মকোক লৈদ নোন্দুন
তগুপ তরেং খুরমজে, নিংথিজব রাহৈন
মুণিবু সম্ভাষন্দুন ওকচরে তরাম্ন।
পূণ্য চেনব মুণিগী চরণ ধুলি লৌহুন
মকোকথক্ত হাপ্লগ পুশিল্লক্লে মুণিবু
রাজসভা ময়াইদ ; চংখোল্লব কুশন
পরিং চেংন য়ৈ যব নিংথিজব আসনবু
সভায়াইদ থাহুন কমফম কংলে মুণিগী।

লেংশিল্লে আসন্দ মুণি পেনবিরে কংসবু
চরণখাদ কুন্দুনে থৌগল্লিব মুণিবু।
থোংলে হাঙ্গব খোল্লিন নোঙ্গলৈতেং কগুন
চিরোনহৈব নিংথৌদো যাদি চিঙ্গোই পাওমেল্লে,
"তাইবং লৈকোন লৈনুংদ কল্লক-য়েল্লিং হুপ্রব
হে মুণি-ও অথোইব ঋষি শাগৈ য়াইরোইব।

নংবু য়েরুশাবসে অয়ুক লৈচিন নোংকাইন
নুমিৎ মঙান কুপ্পনে, অতুগুম্ব লাইহুন
নংগী অমাং ঈচুব ঙমকদেয়ে খঙ্বুকো।
অতুন্নদি ওইরগ লাঙ্গিংকবু অমন
চিংলবদি মখোইদো পাবলুন থোক্কনি।
মরম'সিন অশিংব! লাইগী লাঙ্গিংপুশাব
কৃষ্ণসিত মাংনব হান্ন বুদ্ধি লৈতাখো।
মশাতবু ককপন পাম্বী শিব য়াদেবে
মরুত্তদ করুগ পাম্বী লেপ্প কংবনি,
কৃষ্ণ'সিন শিরগ কোচিনয়ুরাল শারিব
লাইগী তিঙ্থা ময়ামদো লেপ্প মমি শামগনি।
অতুবুনে নিংথৌ-ও, কোংন লান্না য়াদব
অচমশাবু নত্তব লুন লৈব য়েকনব
কৃষ্ণসিগী লৈখোন্নি; নংবুতবু হাৎনব
লাইন শায়োল্লবনি হাঙ্গৈব রাম্নীনশা'ম
জগৎসিদ তোঙারি। নংসু মাবু মাংনব
থৌরাংলব কয়াদ মাহু পুম্ব লৈবসু
তাইবংপান্ন উনরে, থৌরাং লৈখৈ পুম্বদ
উত্ত থিত হৈখিব নংসু মাসু উজরে।
কোংন লান্না তৌরগ নংগী অমাং থোকপ য়াই,
অতুননে অশিংব, শিংল শরৌ শিন্দুন
শিংলি ইথোং যুরব নংগী য়েক্ন লিহ্লাসে
মহু-মরৈ থৎনব থৌরাং অমা পুথোকসি।"

য়ারম অসি তাবদ নিংথৌ পুক্নীং লৈতাইদ,

'মুণি'সিন ঐহাক্কী মন্ত্রীথৌদাংলবদি
য়াইফতানব ঐহাক্কী য়াইথিখুদি থোক্লোইদা'
খঙ্গেদকো নিংথৌদো। "তাকপিরোনে মুণি-ও!"
শমথঙরে হৌরাউন, "করি লৌশিং তৌদুনা
কৃষ্ণ অসি গুন্নব থৌরাংসিগে ননাইনা?"
হায়ে অসি তাবদ মুংদ নোকই মুণিদো
লিন্দ হক্তোই থাজনব লৌশিং অহু তৌরকই,
"হে নিংথৌ-ও অকনব! নংগী করি হাংপগে?
নংগী ইষ্ট অশেংব ভূতনাথ শিবসে
অহানবদ ঈড়াংলু, ঈড়াং পূজা অহুদ
নংগী থরাই কোম্লিব লিরুং অহু পুথোকউ,
মহে হৈব ব্রহ্মান্ন বেদ মন্ত্র থিহুন
লিরুং পূজা তৌবগী, ধনুর্যাগ হাঙ্গৈরিব
যজ্ঞ অহু তৌহুন নংগী ইষ্ট পেংলহু।
যজ্ঞসভা য়াওনব ব্রজরাজ নন্দবু
রামকৃষ্ণ পুহুন লাকউ হাঙ্গীন-বার্তোন তৌ।
লৈতুম অম হুন্নগ উচেক অনি পান্নব
যজ্ঞ অসি তৌহৌরো, নংগী ভক্তি পূজান
পেল্লহুন শিবন নংবু য়াইফ-থোইহনব,
অমরোমদ শক্তিবু নোংশা কোন্দ নমহুন
থল্লাই মরিন থংপগুম, নংগী খুত্ত চল্লব
অঙাং নাল্লা কৃষ্ণদো উপায় পাঙ্গৈ য়াওজন
কপ্পি পেহৌনরিঙৈ থাজন্নুন নংগী মী
প্রাণগী মুংশিং কাহৌরো, অসিদগী কাহনব
উপায় অম লৈতরে, মতমহুদ নহাক্কী

কংস নংবু তাথিব। লাইরৈপাক্কী লাইয়ামদো
পুল্লপ ওইন হৌদুন .নংগী শাথি য়েকনব
ব্রজগী কৃষ্ণ অতুগী মীচংশা ওইদুন
দিবানিশি কাংদ.ন .কংস নংত মাংনব
শিন্নরিব শরৌদো তমদুনসু থোক্লরোই।

অসিন হে নিংথৌ-ও ! মতম চারিডৈসিদ
নংগী যেকন পল্লেংসে মথেং কন কাঙ্গনব
থৌরাং শাজেন তৌদুন যাঙ্গফলদ নশাবু
থমজনব হোৎনব তানগী মতাং হেন্দোরে।"

নারদগী অসুম্ব হৈন থাকপ লাংগুম
পাওমেন মৈরি লাংবদ ঈখেরব নিংথৌদো
মিত্ত ঈখেং কারক্লে,' লমজাউ বোন্দ লয়াংব
থাম্বী মৈরান মৈকোন্দ-মুংশিং তেংবাং লাকপন
মৈগী তেম্হাই কাবগুম থম্মোই হথৌ হৌখরে।
ঙাহাক তুমিন লৈরগ, য়াখনয়াচল্লাক্লুন
মুণি চরণথাদুদ পুক্লীং পাওমেন্নরক্লে,
"গুরু য়াথং তাজরে মুঙাইজরে ননাই এ,
কংস এবু কল্লকপ মিহৌচাউব লাইযায়.
অঙাং ওইব কৃষ্ণদ চংজদুন এহাক্ক
অসিং লায়ানরিব, মুংশিবিদ ননাইদে।
বন্দচাব শক্তিন পাম্ব নোংশা লংনব,
থাউন চাকপ মৈরিবু মৈয়ানবীন সাজিংব—.
নোক্লিঙিদা মুণি-ও শিনিকো এ লাইখুত্তা—।
এগী ইম্মাক শাদুন থুরুক'ঈন লাইশাব

কৃষ্ণকৌব অঙাংদো মচিন্থিব লাইশিংন
নংগী খুত্ত কংসসে শিবগনি হাঙ্গৈবশা—
চিন্থিলৌহৌবিদুন ঙাওহনবিরে পাম্মুইদা।
ঐগী গুণবু খংদব মাংলেদকো মহাক্তো,
অবেম্বদ ঐহাক্ত য়েক্লপবিং হুন্দুন
তাথিকাবল লাকইব যেংলরোইদো হৌজিক্তে।
অশোল্লনা হিংচাব অমনিদং হাৎপদ
নাপন অতুক কাবদি খংগনিদো যেংসিদো,
ঐন মাবু অঙাংনি য়েংলুবন লাল্লম্লে।
কনেদো তৌজিক্তে কৃষ্ণ খংদে অম খংদে
লোইন হাৎলগে মুণি। মাগী ইন্দ্র হাঙ্গৈবদো
মবিন নৈরে থোক্তুন ঐগ লাম্বা পারোনা,
ফোংন লান্না কিদুন "লৈচিন্দ "তেন কাপ্লকপ—
মঙক অচু কক্তুন খোংগাউবীবু শান্নগে
মাগী স্বর্গ কৌবদো ইনাইশিংদ য়েম্থোক্তে
কংস ঐবু লংনব খংগনিদো হন্দক্তি।"
অসি ব্রাদি হাঙ্গৈদুন ময়া ক্রক ক্রক চিক্তুন
পাবোম তিংলকই নিংথৌ, মমিৎ ঈঙাং কাদুন
কাম্লে কাল্লে য়েংলকই। মতৌ অদু উবদ
লৌশিং চাউব মুণিন মাইথোং হাইক্লেৎ নোক্তুন
নিংথৌদুগা ন্যাকোক্ত অথেম লৈহি চাইরকই,
"ঙাইখো ঙাইখো নিংথৌ-ও। ফিক্লংখিনু হৌজিতি,
অশাউবগী মখাদ থবক কিশি থোকপদ
কান্নবকুক ঙংগনি, পুক্নীংদো ওপথন
য়াথন বুদ্ধি লৈত্তাখো। অতিযাগী লাইবাম্ন

# কংসবধ

## সর্গ মারিশুব

পাংলক্লে অক্রূরদো ব্রজপুরী তমত্তুন
নিংথিজব দোলায়বু শামাই চুম্ন পুরক্লে।
চৎনা চৎনা লম্বিদ মহাক্ন 'স্নুম খল্লকই,
"ঐন চৎলিব অসি ব্রজভূমি য়োবনি,
পূণ্যতগী তুংনকম শ্রীহরিগী শান্নকম
ভক্ততন ফংনকম বৃন্দাকৌব লম্লেন্নে।
লম্লেন অত্তু য়োত্নন তাইবংপানব মপুন
মীওইপোক্ত পোক্তুন নাল্লাবাল্য লীলান
ফুম্মে কিত্তুপ শাবত্তু পুক্নীং পেন্ন উজব
ঐগী করি পূণ্যনো? নহান্মুক্কী মপোক্ত
কনাপিকম থোকপদ করিদানবু তৌবন
শ্রীহরিগী দর্শণবু ঐন ফংজদৌরিবা?
মুর্খ ওইব মীশিংন বেদাভ্যাস তৌত্নন
ব্রহ্মাজ্ঞানবু ফংবদ ওইথোক্তব থোকপগুম
সংসারগী বিষয়দ চুশিনথ্রব ঐহাক্ন
হরি দর্শণ ফংবসে ওইথোক্তব যতৌনি।
অমহিক্তি অত্তুগা হরি কৌব মহাকপু
মাগী মনাই নত্তব মীরানশিংন ফংফদে
হাইহিক্কপস্থ রাদেয়ে, চাংজৌ চোথ্ব ঊম্নাইদ

লমথুংকমদি খংদব কৌশিংলান তাউবসু
মাগী মতম লাক্লগ চাংজো শোকপ কংজথি,
হরি মাবু খংদব পাপী ওইব ঐহাক্তী
লাইপক খিক্লাই থোংহ্নদ অকখুদিন য়েক্লগ
ওসি কৌব কোৱৌদ মাগী দর্শণ কংব য়াই।
হরিও হে নারায়ণ! ভক্তি লমসু খংদব
নংগী গুণসু খংদব মূর্খ ওইব ঐহাকসে
পুক্লীং হকচাং চিনবান্দ নংগী কোলোয় মন্ত্রদি
উচেক্ল মীবোন লোনবগুম নোংমত কাউজদে।
মম্নিং তাংব মীহুন লমজিংবিব য়াওদন
গুরু মন্ত্র' লন্থীদ ভিক্ষা নিব চংপগুম
ওসিন্নংদ ঐহাকন নংবু থিব লাকপসে
কুবিহুন হরি-ও! দর্শণ পিনৌ ননাইদ।
পাপী কংস লৈদগী লাকপ মীবু করম্ন
দর্শণ পিনি খন্দুন নংগী পুণ্য থোংজাদো
য়েশিনবিব্রা ননাইদ? কংশকোন্দা লৈহুন
কত্তসঙ্গ তৌব'সু অন্তর্যামী নারায়ণ!
অহিং মুংথিল কাংদন ঐগী হৃদি কুঞ্জদ
হরি মন্দির লিংজব উবিব য়াই নহাক্তি।
অতুঙৈদ ৱাবণগী কত্তসঙ্গ মযাইন
তাথিখিব নহাকপু হিংচাশাথি ময়ামু
লানবিদব তৌদব হরি নংগী থৌজান্নি।"

মতৌ অসুম ভৌহন হরি হাঙৈব ময়েক্ল
পুক্লীং মন্ত্র ওইহুন য়ৌরক্লে অক্রূমদো

মীচং সঙ্গন পুন্নমক লোইন কুম্মৈ যেংহল্লু।
বুদ্ধিতন য়েক্লব ঙম্বনিনো হে নিংথৌ
পাঙ্গনতন যেকনব ঙমদবনি খঙ্কো।"

কথরেদ লৌশিংসে! 'ত্তিঙা থুংন কংবগুম
পেঙ্গরেদ নিংথৌদো! হাদ মুণি লৌশিংব!
পুক্নীং অনি লোংদন কংসতগী কনব
পাওমেন অসি নহাকন পিরবদি এহাকস্থ
থাগৎনিঙি নহাকপু। নপুক্কন অনলৈ
নচিন্দন অমঙাং—নংন অচৌ' ওইবগী
নংবু তাথি রাঙম্ব লৈখিদেদা মতমসে!
নংবুতবু থাজব মীগী মাংন খনবদি
নখোইগুম্ব বৈষ্ণবকী নচৎলনে হে মুণে!
লাংগীমুংদ থম্লিব ঙাগ থুমগ উবদ
অপংবদি উচিন এগীনিসৈ খন্দুন
চিংন অকি য়াওদন লাংগী মুংদ চংবগুম
নংগী লৌশিং পোরম্ন পোখা লুন থাংবদ
'এগী সিন লোইজরে' ঙমখরেনে নিংথৌদো!
পাপ্পু কৌব লাইহুবু নমথাক তৌব মুণিদি
কিজে রাথন লৈবন মমাই লোৎশিনগ্রবরা?

ধনুর্যজ্ঞ কুম্মৈগী থৌরাং ইরাং হৌবন
মধুপুরী কোম্ভংদো অতপ মনিন লাংদরে।
ফরে হাঙ্গৈব ক্নেনকমদ মাঙ্গুব বাত্রা হুন্দুন
চাউবে হাঙ্গৈব শংমখৈ মথং মথং শাগৎলে,

কনান যজ্ঞশং কনান অমুক সভাশং
শাগত্তুন খুদক্ত থবক লোইব হৌরক্লে।
শেঙ্গাও মখুম হাংদুন সনামণি মুক্তান
ঈশিং হৈদোকপগুম্ন চাইথোক্তুন নিংথৌন
যজ্ঞ থৌবাং লাংলকপ অওকপনি অওকপ !
থৌরাং পোৎলম শুরগ মীশক মীতিন য়েংদুন
মমান্নব নিংথৌশিং জরাসন্ধ শিশুপাল,
দ্বিবিদ বান নরক সভাগী দমক্ত
বার্ত্তনগী মী থারক্লে। খ্বাইগী মমৈ ওইবদ
যদুশিংগী মরক্ত চহি অহল ওইবব
বৃদ্ধি পোৎয়োম চাউরব অক্রূরবু কৌদুন
ব্রজভূমি লম্লেন্দ রথদোলায় লোইনন
রামকৃষ্ণ অনিগ পুরক্লব নন্দবু
দুতকী পাওমেন শীরক্লে। থৌরাং অসি উবদ
শুংঙাইরব মুণিদো খুৎকাপ চুম্লে থন্দুন
মিত্ত কুপ্প মতমদ লাইরৈপাক্ত তমথরে। ৬৯৬

ইতি শ্রীকংসবধকাব্যে নারদ সংবাদো নাম তৃতীয় সর্গঃ

মশেকুদ লুপ্তুন গোপবঙ্গা কুম্মৈগী
যাত্রাফিরান ওইহুন লাপ্লে হাঙৈব লমদগী
খোঙ্গা-নিশান থারকপ, গোপচরণ খোংদগী
নুপুর মচা ময়াম রুনু ঝুনু শব্দন
গৃহকর্ম্ম তৌরিবী কুলবধু ওইবীগী
নাকোং চক্র মমুংদ 'উক উক' খোল্লকপ—
উফুল ফিরান অহুনা 'উক' শব্দ ইকৌন
গৃহকর্ম্ম কাউহুন কুলধর্ম্ম থাহুন—
দোলান থক্ত কাবগ কুম্মৈ যেংগে ভাইজবি,
মচিম্মনাউ অনিগী থাজ মানব মাইথোংন
মিংকী নাচি কাংবদ লোন্ন লোন্ন য়েংলগ
কামগী ঈখৌ লাংজরে, গোপী পুক্লীং খংলব
রাখালরাজ কৃষ্ণন কামবু ভয় নিংথিব
থম্বাল্লৈনা ভমজব মাগী মিংচি তেন্নাদো
তোইবপ তোইরপ থাহুন গোপী থম্মোই লৈথোংদ
প্রেমগী ঈরা থিকপিরে, থম্মোই য়েনিং হুলহল্লে।

মতৌ অসুম ওইরব যঙ্গাকুম্মৈ মুভাইব
য়েংজহুন অক্রুর মুভাইজব লোইজরে।
নিংথিজব দোলায়দো লমথাই চান থাহুন
মখুং অনি লোন্নরে ভক্ত কিবু যেঙ্গরে,
মিৎলু নাপোম অনিদ প্রেমগী থারা মাংন
লোংজুগী ঈরাগুম ইহুন কন্ন শিন্দ্ররে,
অম্বী চিদাই মচিদ খুরু খুদক কুন্দুন
[illegible] ফিরু [illegible] থাদান হংলরে।।

মনাই ভক্ত অমন কচ্চরিব ভক্তিদো
যজ্ঞেন্নহা'রুক্মী উবিরক্নে হৌবিন, "
নিংথিজব খোংথাংন কায়দ কায়দ লাক্কুন
দাউজী কৃষ্ণ অনিমক অক্রুরগী মনাক্ত
তগুপ তরেং চংলক্নে। , সনামণিমুক্তান
পবেং পরেং থোল্লিব,মুন লেংব লিংলাগুম
খোইখোইনব শম্লাংন নাক্ত ভুংদ তাবদ
ঙকশমদগী মতিন চত্বাংলৈব ঈশিংদ
থারিকথান শাৎপগুম তনিক তনিক ঙাল্লিব,
শম্লাং কোকথোন মতোন্দ ব্লাহোং মতু চুড়ান
শেপ্পপ পৈবপ হাইবন সনজিংগী মতোন্দ
শিদ উপাল হোবগুম সত্য কৌব ধর্ম্মন
লেংদ লন্নি তাক্লকপ, মাবকত মণিগ
রৌপ্য মণি অনিন পুল্লপ ওইন 'ঙানবগুম
রামকৃষ্ণ অনিগী খোৎন নৌন কজব
পুক্লীং হুব শক্লোন্ন মাংদ শংশং লেপ্পদ
গুম্মৎপ্রব অক্রুর থম্মোই কাব ঙমদক্নে।
বব্রিবাগী'ঋতুদ মাইকৈ মরি' ঈশিংন
চাংজো ফুন নোৎপদ্ম সমদ্রুগী ঈচাওন
মৎকী ময়াই কাহুন তরং ঈখোল্লকপগুম"
হরি প্রেমগী ঈহৌন থম্মোই চাংজো থুমহুন
মচিম্মনাউ অনিগী মখোং থম্বাল অনিদো
ওন্ন খোইন কোন্দুন মখোল্ল খোক্ক কপ্পক্নে।
চংজবরু চানবিব "থৌজাল হৈব অনিদো
থুন য়্যাংদ চংহুন শঙ্খ 'চক্র ময়েক্ল'

ব্রজখুঙ্গং শৈচিদ। মান্নদেদা লমদমদো,
সনাখৌব থাত্নুন লৌনম মিনম য়াদন
থাতু লৈখৈ কোকথক্ত নঙ্গত্তুন কাবগুম
লম্লেন ব্রজভূমি-ও। ইরু লুন শৈরম্মী।
মণিমুক্তা থাম্লব অত্যা খেৎন য়াংলব
ফুরা দোলান অচৌব অমত্তসু শারমদে,
মুংন ইঙ্গ্র শিত্তুন থাতুহাজং য়ৈরব
চাউর চুম্ন সড়ক্তো অমত্তসু চৎনদে।
লেঙ্বদ মিথকপ উরুবদ মিৎলংব
মচু মথঙ্গ ময়াম্ন অসেম হিদাক থাত্নুন
কেমৌবগী লঙ্কন্দ তেমথক তান্ন কাজবী,
মনম মখল মখান ইকচাং তুবুম তৈত্নুন
ঐনি হাঙৈন চৎপদ নাপন মথেক য়োরবী
শনা লুপা হৎলব ফিজেৎ লৈতোন চংখোনবী
মুরাশিংগুম কেজবী নত্তে ব্রজভূমিদি।
হরিকাদ নোঙ্গবী প্রকৃতিগী পথাপ্ন
দিবানিসি কোন্মুন মতম চুপ্প শাজৎপী,
মীগী মতৌ তমদবী মুরা ব্রজপুরীনি।

নামদম অত্থু য়োবদ, মঙ্গে হাঙৈব লমদগী
অভানবদ থোকপগুম, শারে হাঙৈব মুংশাদ
অইংবদ লুপ্পগুম য়াইশঙিদ অক্রুর ;
নোংজুথাগী ঈয়ান চামথোক্লব উনাগুম
শেংলে নিঙি হকচাংদো পাপকী উফুল-ময়ক্ত
শায়োম্নন লৈত্নুন কুম্বী কয়া খাংলুবা।

চৎন চৎন লম্বীদ গোপশিংগী নিংথিব
লৌথুপ লোকোয় লৈতব য়ুম্বানফিজোন উবদ
মুংঙাইবব অক্রুব পুক্কীং ইপোম তন্নাম্লে।
নিংথিজবী গোপীগী থম্বৌ ঙম্ব পাম্বোম্ন
মন্থনদণ্ড পাঙ্গৈবদ তান্ন খোংলোই ওঙ্গৈছুন
নোম্ন হাঙ্গৈব শাথেক্ক তুংযান মপোপ লৈবকপ,
তপ্ন লেংব শাবান্ন জগোই লৈখোন তান্নকপ,
দণ্ডথৌবি চিংবদ পাম্বোমদগী থুজিন
ক্রিং ক্রিং শব্দ ঈখোন্ন জগোই শাত্রা তাম্বাব
শাবান শাথেক শানোমদ খোল্লে তাঞ্জা চুনন
ঈশৈ লৈথেৎ হাপ্পকপ মুঙাইরর কুম্মেদো
যেংজ উজ ফংবদ পেঞ্জব থম থেংজরে।

।

চিংথা তানব মুমিৎন তময়া খেঞ্জোং হুল্লকপ
যঙ্গাপুংমেন য়ৌবদ থুঙঙরে অক্রুরদো
গোবর্দ্ধনগী চিঙ্খোংদা! ব্রজরাখাল মযান্ন
রামকহ্নাই অনিগী য়েত্তু ওইদ লেপ্তুন
তরেৎশুব খোম্বাংদ যঙ্গাঈশৈ ঈখোল্লি।
মুরলীগী নাদন অহুক য়াম্ব যণয়ামদো
লিচিং'মশু পুহুন গোপমতুং ঈল্লক্লি।
মমা মতুং ইনবদ খোংথাং ইনব ঙমদব
যন্নউ মচা ময়ামগী হাম্বা হাঙ্গৈব খোম্বাংদ
গোপন্চৈশে খোল্লক্ত খোল্লোই লৈথেৎ হাম্নক্লে;
মনগী মঙ্খোংশিংদগী পাইখৎলকপ উফুলন
'তিয়্রামপাক তাবদ ঙাংলৈনব মুমিৎকা

মতৌ অসুম তৌহুন ঙাহাক কপম্নিন্নবগ
ন্নারী পুঙ্গোই শাড়ন ভোজরাজ কংসগী
ধনুর্যজ্ঞ তৌবগী বার্তোন লাকপ ন্নারমদো
লোইন তম্লে অক্রুব নন্দরাজ মফমদ।
ঙাহাক ন্নাখল তৌবগ নন্দকৌব নিংথৌন,
"ইথক থোংব নিংথৌগী থবক থনা থোকপদি
যাওদবদি যাদেদো।" অসিন্নাদি হাঙ্গৈন্নগ
ন্নাবোই ফিবেপ তেন্দুন অহিং অতু লেন্নবে।

নোংঙাল্লক্লে হাঙ্গৈগগ ব্রজরাজ নন্দন
শেমগৎলে খুদোনপোৎ কংসনিংথৌদ বৎনব ;
সনান মীপোৎ মাঁপোৎ লুপান শম্পোৎ শম্পোৎ
ময়োম ময়োম পুন্দুন পৈখৎলক্লে পুনব,
কব্রং মুগা ফিবেন্ন মথেন মথেন লাংতুন
তক তরংব সম্ভাব নিংথিজন লাঙ্খৎলে।
দধি মাখন যঙ্গোম্ন চফু চফু পৈতুন
অথুম অহাউ পোৎশকসু পোত্মশুন পৈখৎলে।
মযাম অতু পুনব যণ-ইবোইগী গাঙীন
লমজাও থম্ন পৈবকপ অঙকপগী মতৌনি।
অসিপুম্ব শোইবগ ব্রজনিংথৌ নন্দন,
অহল্লমন ব্রজগী উপানন্দ সুনন্দ
মন্নাম্মও ন্নাতন মথুরাদ চৎননি
হাঙৈব সনা থিংবু নবেক চুম্ন লাউখোক্লে।

নিঙ্গক্লে নন্দকোম্নং গোপ মন্নান থুম্ভবে

থৌরাংলক্কে যাত্রাগী ক্ষেনকম 'কব য়েংহুন।
মতৌ অহু উবদ নন্দরানী যশোদা
খোংথাং তনিক তনিক্ন নন্দনাক্ত চংলকই,
হাঙ্গৈরকই থম্মোই শোক্ন পুক্নীং তয়াং তশোইন,
৫ "করিনো হে নিংথৌ-ও। ইচা কাহ্নাই পিশকপু
হিংচা লাইতম্মক্তন থন্ন তিনব কংসগী
লৈপাক্ত,দ করন্ন পুবিখিগে হাঙ্গৈবগে?
মমা ঐগী অমৃত থক্তবদ নোংমত
দেহে পুব ঙমদব ইচা অঙাং পিশক্নি।
অসুম ওইব ইচাবু ওলাংথাগী মৈগুম্ব
হিংচা শাথিপম্নক্ত হুঞ্জিনবিগে নিংবিব
মপা ওইব নহাক্কী করি ধর্ম্ম কৌবগে?"
অসিরাদি হাঙ্গৈহুন যশোমতী ইমাদো
মচা নুংশি হাকথংনে,ইকাই ইকি থমহুন
নৌবে হাঙ্গৈব কৃষ্ণগী খুজেং তন্ন পাঙ্গৈহুন
পুর্বানুংদ পুশিনথ্রে। চাইরুং ফিজোল ভাবদি
মিংলু লাইজ ইপোম্ন মুক্তাপরেং য়ানবগুন
ঈরিক তরং হৌহুন নুংশিজব মচাদ
চিংন চিংন য়েংহুন পুক্নীং পাহোমজরকই,
"পারি-ও কাহ্নাই-ও ইমাগী নুংশি মতুম-ও।
পাঙ্গন শোনবা নমাদি নংগী নশক উদন
মিকুপ অম লৈবদ, শোরারেনগী বম্রন
মচেৎ লিশিং খাঙ্গৈরব চিংশা নাপোম মতৌগুম
থরাই মিরেন খাইহুন হবচাং কায়াৎ খুদিংমব
মচেৎ মচেৎ তাদৌই। অসিগুম্বী নমাবু,

মরি ওইন থৌগনব শ্রীহস্তন পাঙ্গৈহ্নন
অক্রুরবু কোনখৎলে। থোংল মেংল য়াহৈদ'
খুড়া হাঙ্গৈব মিঙ্গৌন য়াভাং য়াহৌদোক্তন
হংলক্লে অক্রুরগী কুশল মঙ্গল পুন্নমক।
অসিগুম্ব হরিগী চানবি থৌজাল কংবদ
মুঙাইরব অক্রুর হঙ্গৎলক্লে কৃষ্ণদ
লৈব য়ারগী পুন্নমক। খংলে হাঙ্গৈব য়াহৈন
য়াম্নী পোলোয় তাহ্নন পুরক্লে অক্রুরবু
রামকৃষ্ণ অনিন নন্দ শঙ্গাই য়ৌনব।

পুণ্যভবন ওইরব ব্রজরাজ শঙ্গাইদ
থুংলবদ কৃষ্ণন অতিৎসেব হৌনবী,
যঙ্গোম থোইহিন্নচিংব প্রাদ্যঅর্ঘ্য গুনবু
মখল মখল-প্লিহন অক্রুরবু পেনহল্লে।
মমাম্নব বৈষ্ণবন, মাগী য়ুমদ লাকপদ
মথৈকংন পেঙ্গ্রব নন্দ কৌব নিংথৌন
অথুম অত্যাষ্ট চানব মথেন মথেন প্রমহ্নন
সেবারে অক্রুরগী মুঙাই থৌরাং শিন্দুনা।
পেঙ্গরে অক্রুরসু পুণ্য শখলেন ময়োন্দ
পুণ্যসঙ্গ কংবদ; লক্ষ্মীজন্মশাং চৎপগী
অয়া চোকথ লাংথর লোইন মমি শামহ্নন
তনৌরব উয়োনগুম তেকুখচ্চরে হুকচাংদো।
মতুং খর লৈরগ্ন চাব থকপ ল্লোইহ্নন
কম্নকমদ কম্লব লাইগী কল্লেন তাম্লব
লাইপোক ওইব ময়াম্নদো য়াম্নী কোঙ্গোই হুক্লরে।

হাইরকই নন্দনিংথৌ মরূপচাগী মফমদ, ,,
"হে সাধু সৌম্য-ও! কত্তৱ কংস নিংথৌগী
উৎপাত চৈনা মরক্ত পাংজদ্রব নখোয়ন
করম্নবু পাল্লিব ৱারিগনিদকো-ও!
অহন ওইব উগ্রসেন মনাউ নিপা দেবক,
মরুপচাদি বসুদেব মচা কোঙ্গায় অমবু
হাৎপিগ্রব কংসন; লাঞ্জদ্রব মযাম্ন
দুষ্টাচারী কংসগী নরক য়াইথোং শঙ্গোইদ
শাস্তি ঙ্গৈরা কংদন করম হাঙ্গৈন লৈরিব—
খল্লুবদ ৱাখরে। লাপ্ন লৈব গোকুলসে
অসি ফাওব যৌনবু কংসমমিং তাবদ
অঙাং কপ্প তোক্লরে। অসি য়ৌন শাথিব
সুংশি লাঙোন খংদব হিংচায়াইতম্ব'দুগ
অযুক সুংথিল কাংদন নকুরিব নখোইদি
ওলাংথাদ মৈনাক্ত মুমিৎচুপ্প লৈবগুম
ৱান নংন লেল্লিনি! হাঙ্গৈয়ু তাসি মরূপলোই!
ধৰ্ম্ম কৰ্ম্ম য়াত্রব পাপ্ন নয়াই কারব
কংসদুগী লৈপাক্ত বিষ্ণু মনাই নখোইন
করম হাঙ্গৈন হিংলিব—?" ৱাহে অসি তাবদ
মিত্ত ঙ্গৈরা চেন্দুন অক্রুরন খুম্নকই,
"লাইবক কব নিংথৌ-ও! কৰি হাঙ্গৈন তমসিগে;
শাহাৎপগী শঙ্গোইদ হামেং য়াঙ্গী শক্তুন
মঙক থৌরি থাংদুন শাহাৎ থাঙ্কক ডাইবগুম
পাঙ্গন্দ্রব ঐথোইন কংস মাগী ময়ুমদ
অৱাপিহ্নৌনরিব করিদবু শিংথানি!"

স্নজিং নাপোম ভমজব খ্বাংজি কিনপ উবদ
পাম্বহরি নোংশান মাইলোত্তন চেন্নকম,
খুকউ মথা চোল্লব পাম্বোম অনি তিংত্নন
অভৌব-থম্বাল ভমজব ভৌকব মাইথোংদো
মোম্মোন মোম্মোন নোক্কুন যশোদাদ হাঙৈরকই,
"ইমা-ও হে যশোদে ! রাম ঐন য়াওরিঙৈ
কাহ্নাই শাগোন ওইরিঙৈ মবোন তম্ন। মরিদ
পোকপ জীব কনান ঐগী শেগা নাকোন্দ
কোঞ্জরিব ইনাওবু শোক্কদব লৈবগে ?
কাউরববা ইমাদে, শত্রুনবৃন্দ ঐখোইন
কিংনহাবি শান্নঙৈ শান্নইরাং হৌঙৈদ
কাহ্নাই কাগে লাকখিব মায়া তৌব হিংচাব
প্রলম্বাসুর হাঙৈবদো ঐন মণ্ডক কোইদংপ
নিংশিংবিয়ু ইমা-ও। অমহিকসুং অতুগ
যঙ্গা মতম ওইবদ যণবী যন্নাউ খোনহন
কাখৎলগে তৌবদ, বনগী মশক লৌত্নন
মায়া লাংবু থাংলকপা ধেনুকাসুর হাঙৈবদো
রাম ঐগী খুবাক্ত থরাই মডা কেমখিবা,
গোপসখা অগুম্ব লোক্তন উহৌরিবনি।
ঐগী ইনাও কাহ্নাইসু মীন লাকচ যাওম্ব
নারা চন্ন থোক্লেবে, তাদরনে ইমা-ও !
কংস মাংগী চোর ওই, ঐখোই গোপ মচাবু
লান্ন'লাংবু থাক্লকপ মায়া তৌব হিংচাব--
উন্নোকপাব বকাসুর লিনবুশাব অঘাসুর
থাংই খোংগী লেনম্ব ময়াদ হাংপ'ন।

ঐখোই ইচিন ইনাওবু লাকচঙম্ব জীব'ম
কংসতুগী ময়োন্দ মরুহুন্দ্রি নিংবিয়ু।
পিনবিয়ু ইনাওদো চেৎন চিন্ন কোন্দুন
মথুবাদ পুরগে, যজ্ঞ অদু লোইরগ
থুন অমুক লাক্কুন কচ্চবগে ইমাদা।"
ৱান মপুম কাবদ ৱাগী মশা তাররক্লে,
ৱামগী ৱান লোম্বদ শ্রীদাম সুদাম বসুদাম
গোপসখা ময়ামদো নন্দবাণী মকাদ
কান্হাই পিয়ু নিরক্লে। ইনিন নিল্লে মকমদো?
অঙাং ভক্ত য়ামথবে মশীং লাকপ ঙমকদে,
ইমান মান্নে খোগোৎমক হেন্ন ৱাংব য়াওদেয়ে
হেন্ন নেম্ব লৈতেয়ে, কুম্পোক'মক্ত ওইহুন
শাহৌ শাদ চপমান্ন লৈতেম্মক্ত তেম্বগুম,
কৈশোর খুথেক লময়োৱ যৌবন চৈথে চংহুন
যুবতী মথোক কাবীগী থম্মোই যুব মতম
হাঙ্গনবীদ কারকপ ৱামকান্হাই অনিগী
গোপসখা মযামগী চহি বয়স মতাংনি।
মতাং অসি য়ৌবদ নুংশি পল্লেম তম্বাক্ত
নান্না খোমজিং শাবিব শ্যামকান্হাই শকহেনব
যশোমর্তা যেংহুন থোৎন নৌর' খোম্বাংন
পল্লেম থেমজিন শৈছক্লে "ইমান্নব কোঙ্গাইন
বুমগী কুম্মৈ য়েংবদ নান্না ইহৌ লাংথিব,
মাহু মবক তিন্দুন দাউজী বলজী য়াওখব,
মতম'দুদ ঐহাক ইমাগীদি শেংগাদ,
সুংগুক সুংজানহুন কাম পেহৌনহৌব,

করি মরাল লৈহুন মতম ইনৎ নত্তন
পম্বৌ মতুং ইন্দুন হুম্বৈরমগে থনবগে ?
নংন থোকপ মঙোয় ক্ষীরলনী হৌবিগে,
হরাউ হরাউ চাহুন শান্নহুন লৈমুনে !'
চথোকনু কাহ্নাই, ইমাগী নাক্ত লৈমুকো
মিপাই চাউবী নমানি থাদোকনু নমাবু,
নংগ মিকুপ অমত্তং কাঙ্গন মৈরি লাংবগ ;
থরাই হকচাং পুম্বসে উৎন রাখৈরগনি।"}

"যশোদান অমুম্ন চেংন চিন্ন কোন্দুন
শ্যামকাহ্নাই শকহেনব তম্বাকথক্ত পমখরে।
মতাং অদু যৌবদ ব্রজলৈমোন মপুব্রেন্দ্র'
যশোমতী মনাক্ত কাপ্দ কায়দ চংলকই,
নিংথিজব রাহৈন তবাম তরাম হাঙ্গিরকই,
"হে ব্রজগী মবেমা যশোমতী দেবী-ও।
পাখি লালা মুংশিবু লম্লানবুংদ পুহুন
ঐনা কৈস্থু চৎনিংদে, অহুন্নদি ওইরগ
মহু চাউব কংসগী যজ্ঞবার্ত্তোন অসিবু
থোওইদন তৌরগ নংগী ঐগী ইকমদ
অমাংবত নত্তন অকবদি ওইরোইদো।
অহুননে রাণী-ও ! কদায় পিযু ইচাদো,
ভাহাক ধনুর্ভঙ্গদ য়াওকরগ থুনমক
নংগী তমদ পিরগে, লাইত কন্ন নিংঙম্মু
ন্যাইন পিব ওভাংনি লাইন মকন্তগনি।"
রাহৈ অসি হাঙ্গিহুন অহল ওইব নিংথৌন

খোৎন ইঁৰ ৰাহৈন চেৎন পাওমেন লৈবাঙেও।
হায় কৰিবু হাঙসিগে। ৰাখৰেদ যশোদে।
লাইন শেম্ব মচাবু কংসতিম্ন শোকনি
পুক্নীং ইকি লাংবন মাইদ ৰাহু চংথৰে ;
মমা ওইবশিংহুন মচাগীদ খনবদি
মবোন ভৰামৰিম্নক থক-থা কাওন শোকইদো !
অহুঙৈদ কৌশল্যা হুপীৰক্ত লাইৰেম্বী
মচা ৰামচন্দ্ৰন পিতৃসত্য ঙাকপনি
হাঙৰ ৰাৰীনশান তাইবং থৌদাং থোক্ৰব
ৰনগী খোংশাম্বোকপদ, দশৰথ নিংথৌদ
ৰাৰৌ পোথাং হাপখিৰ মাতৃপ্ৰেমগী মৈহুন্নি।
হাঙনিঙাইবু নৈতেদা। মৰোন ভৰামৰিগী
ঙাক্নৌ পাঙৰ মপুন তাইবং শকৰোং লাকপদ
ঙহাক য়ুমথুংনবৰু ইচা ওইৰে খন্দুন
ইচা মাবু কৰম্ন য়েক পঞ্জন পম্বোংদ
পুকদগে হাঙহুন যশোদান ৰাখিৰ।
ৰাৰপন্দোম্ন লোনখৰে চৈৰে খেন্দোং লাংখৰে,
মিলুদগী তৰংন তুৰেন ঈচেন মতৌঙম
চাইৰুং খেঞ্জোং খুনহুন লৈমাইথক্ত পাথৰে।

যশোদাগী মতৌহ্নু যেঙওমন্দ্ৰৰ গোপশিং
মাইথোং লৈদ লুক্ত—া তুমিন তুমিন লৈখৰে।
মতাং অসি য়ৌবদ ৰোহিণীগী মপাবি,
ৰামপাথৌ শকাহনৰ শক্ত-চুম্ন শাবান্দ
খবলচিংঙম চিংলেম্ব কল্পা পৰাক্র

যাত্রা খোংথাংখিবদি পাঙ্গন শোনবী যেনবীগী
থাদ কোনব যেন্নাউবু মুংশিন্নুত্তোন য়াওদব
তাউব হুইথৌ লাবন শেংন হাইন লাক্তুন
পুখিবদ য়েনবীন তেন্ন থম্মোই থিনবগুম
তগুক পিজানহৌব মাচু'মতৌ ওইহুন
যশোমতী বাণীদো মাঙ্গোন নাকথচিদাইদ
মিৎস্না মিবেন মিতম্ন পান্নিখোংথাং ইন্দুন
ফুইন চুব বর্ষাদ নোংদোন লাইজ মতৌগুম,
তবং ঈখোন হৌহুন তবক ত'ক লেপহৌবে।

মাতৃ বিদায লোইহুনা ব্রজংাজহবিন
২রূপ পিজা লোঈনন বামগী ওইদ শাগোন্ন
পন্থৌ সঙ্গ তমহুন গোপবক্ত তিনবদ,
অক্রুবন চিংলব অহল্লম্মন গুরুজন
চিখ নাহ যাওদন মথুগাগী কুম্মেদো
নেংলুন্নসি হাঙ্গহুন লোইন থোরাং শাজেল্লে।
খ্বাইগী মকোক থংবদ অক্রুরন শাথোব
উচ্চৈশ্রবা ম'ল্লব শগোন মাব চিংগব
নিংাথজব দোলাম্নদ বামকাহ্লাই অনিন
তগুপ তবেং কাবথলে। দোলায মতুং ইন্দুন
শ্রীদাম সুদাম বসুদাম সখা মবাম পুন্দুন
নাচন মনাউ অনিগী থো লোয খোগন তৌজবে।
মাহু মথং তাবদ ব্রজলম্লেন মপুবেন
সনা মনি মুক্তান তব তহেন লৈতেংব
ঘ'চিংব গাড়ীদ সনাখোনেৎ ওইহুন

ফৌজতেঙ্গোন অক্রুগী সভালুচিং ওইরক্লে।
নিংথৌগীদি তুংহুদ গাড়ী গাড়ী থাংহুন
অথেন পোৎকী মপৈদো মথেন মথেন হাপকৎলে।
অক্রুগীদি মথংদ ব্রজগোপ মযাম্ন
শঙ্খু শঙ্খু ইন্দুন ফৌজ তেঙ্গোন শাগৎলে।

ক্ষেনকম কব পুংফমদ যাত্রা খোংথাং লৌহুন
শান্দোক্লক্লে সভাদো মধুপুরী তমহুন।
শাংন চেন্ব দোলায়নি খ্বাইগী মাং থাহুন
তুংওইনরে নন্দপুব বৃন্দাউন্নুং য়ৌরক্লে,
বৃন্দাবনগী উন্নাশিং হৈপান লৈপান পুম্নক
নুপীশঙ্গব কৃষ্ণন মতম কুইনা মখোইবু
বিদায় লমথাইবিদৌরে হাঙৈব পুক্নীং উবদ
মক লোইন লুক্কুন য়েংজারিয়ে কৃষ্ণবু,
মহৌশানা পিনব লমথুং পিকপা থম্মোইদ
প্রেমগী ইথক হৌহুন কাঙৈন ইনিন লাংবদ
হরি মাঙৈক য়েংহুন তবং লাইজ শিঙ্খরে।
উন্নুং লম্বী লান্দুন বৃন্দাউন্নুং চিদাইদ
কালিন্দী কৌবা তুরেন্ন লিরিন চেল্লিব,
ভোরৈ মতুং ইন্দুন লমদাং চান শেম্লিব
মধুপুরী চৎনব পাকচাউবব সড়ক্ক—
অক্রুরগী দোলায়দো কাপ্পদ কায়দ থৌরকই।

মতাং অসি ঐৌবদ কাংগী শামাই লম্বাদ
ভাইলম্বিএ রাধিকা সখীশিংগ লোয়নন।

মাতুবুনে কবম্ন যেংনিংবগে ইমান ?
চন্দকীনে কুম্মেসে চাউই হাঙ্গন তারিযে,
পাবুং মহারাজখোই লোইন শুন লেংনিঙৈ
তাঙ্গা মতাং চাবিঙৈ ননাই ঐস্থু পল্লেম-ও !
অমুক্তদি য়েঙ্গুগে। অঙাং ওইব ঐখোইগী
ঙম্মোক কুম্মে নত্তব অতৈ পোত্তি পামজদে,
কুম্মে মখোন তারগ য়েঙুবদি ফংদব
ঙম্মোক মনম তারগ চাকবদি ফংদব—
অসিদগী অরাব অতৈ লৈতে অঙাংগী।
থাম্বিগনু নচাবু চচ্চরুগে নুংশিবি !
থুন কুম্মে লোইরগ অমুক তন্ন লাক্কুন
পল্লেম নাক্ত লৈরগে।" অসিরাইহেনতুন
ব্রজরাজনন্দন্ন বিদায় পিরো হাঙ্গইতুন
মমা যশোমতীদ কন্ন কন্ন তন্নরে।

নুংশিরব মচান যজ্ঞকুম্মে য়েংবদ
থরাই যাওন চৎনিংব মতৌ অতু উবদ
নন্দরাণী যশোদা রা থোকখ্রে থম্মোইদ।
চৎলু হাঙ্গস্ত হাঙ্গউমদ চৎনু হাঙ্গস্থু হাঙ্গউমদ
চিং অনিগী মরক্ত হাবু ওইব গতৌরে।
মচা কৌব অতুন মমান্নব ভিংবদ
থিংগেনিংব মমাদো! লৈবরদো জগত্তা ?
মচাদুগ অমুক কাঙ্গন'পখ্রে চন্নিংব
মমাগী জোং অত্রস্থু শুকউ উদে তাইবন্দা।
তেংবানবদ পোকখিবী মচাচানবী শিংনক্ত

মকোক কান লৈখ্রবী অহুগুন্বী যশোদা,
করি রাহৈ হাঙৈরগ মচাহুবু থাসিব
করি অথেম রাহৈন মচাহুবু থামসিব
রাগী লংজিন কাংদরে লৈযেংখৎপ থোক্করে,
মিৎস্না লাইজ তনংন তনিক তনিক মিৎযেংন
পাবি নুংশি মাইথোংদ চিংন য়েংদন লৈখরে।
মাতৃ থম্মোই লাযুমদ পুত্র প্রেমগী চিত্রন
অনি থোক্ক যেক্লকপ লক্ষণাহু কৃষ্ণন
মিংশেননুংদ নিরেনবু তবং তবং তাবগুম
মযেক লান উহুন পল্লেম থম্মোই পেন্নব
মিৎযেং অহু হেংহুন নান্নাখোন্নোই লৈথোরে,
"নোংমতগী লম্বানি নোংমতগী কুম্মৈনি
হুম্নি শুব নুমিও তন্ন অমুক লাক্কুন
ইমা নংগী ওম্বাক্ত যঙ্গোম ননী চারগে।
নুমিৎ নিনি অসিদি, এৈন লুন তৌজব
যন্নাউ মচা মথামদো নপারিগী হাকথংদ
সেবা লাঙ্গনবিহুন লৈধিবস্মু মুডাইন,
অন্না কোঙ্গাই কাউগনি ক্যাঙ্গনমৈশা কোক্কনি।"
রাহৈ অসি হাঙ্গহুন মমা যশোমতীদ
থেম্ন লৈরাং কৎপদ বিদায় আত্তি ঋংজরে,
হকচাং শিংনল ঈথোংদ হরাউ ঈসা চেন্দুন
শান্নাব ময়ামগ চেন্ন চোংন লাক্কুন
নামকাক্কাই অনিরুদ্ধ পঙ্গো নাক্ত উন্নক্লে।
রাইদ ইমা যশোদে! কুংশিন্নবা মচান
শেগা নাপোম থাইহুন হুন্নমক্ত যেংশমদা

তাজরুইদো মপাউদি শ্যাম্বু কৌব চান্নব
গোপী মাপ্প পামুদো অক্রুরগী দোলায়দ
গোপশিংগ লোঙ্গিনন মধুপুরী পাংখরে।
কৃষ্ণ মাগ ভাই'ক্তং কাঙ্গিন'কিক্তং খনবদ
খুক্কী কোঙ্গাই মম্বগুম খল্লবানি গোপীশিং,
গোপীম্বক্ত রাধিকা শ্যামগী চান্ন'অথোইবী
কৃষ্ণতন মহাক্কী থরাই হকচাং ওইরবী
মপাউ অহু তাবদ স্নজিং কোক্ত ননবগুম
রাখবনী ইবেমা মাইগৈ শলাই খংথিদ্রে
জ্ঞানগী পরৈ পুনখে রাখন পোগোন লোনখরে,
চেতন পুব মিহুস্ খোংলৈ খোংচৎ লেপ্তুন
মালেম লৈমাই থক্তুদ হাইহত্তুন তুখবে।
মতৌ অহু উবদ ইবেমগী সখীশিং
কৃষ্ণ হাঙ্গিব ময়েক লাইরা মম্ব ওইহন
ইবেমগী নাকোংদ হুন্ন হুন্ন কামজরে।
মন্নহুগী মগুন্ন চেতন সংজিন উরবী
ইবেমগী মক দ কৃষ্ণ খাম্ব চৎলুসি
হৌনহুন ময়াগদো ভাইবর্ষানি লম্বীদ
পুক্নীংনদি খামজগে থরাইনদি ওকচগে
অরোইবন ওইরোইন বিধিনস্থ তায়োন্ন
য়েংহুদ্রেদা ইবেমা। চেংলৌ শকরোং মিংবেদি
শিথরকপ থাজগুম ময়েং থুনা তাখবে।
বসন্তন লোইবদ ওলাং মৈশা লাংবদ
বৃন্দবনগী মশক দোংন নোংম কংবগুম
ইবেমদি রাধিকা শন্দোন নমি শামখরে।

লেপ্প কৌব নাইদব থৌরকইব দোলাযদো
লম্বী মতাং যৌদ্রুন নুপীশিংন লৈরিব
লমদাড়ুদ থুঙঙরে। দোলায় মখোন তাবদ
মিপাইথিবী গোপীশিং পাম্ব কৈবু উবদ
পাখংখিবী শজিগুম থরাই মিহুন পাইদুনা
তঙক পিজানহুন লাকদব দোলায়ন
লম্বী লময়াইমক্তদ চডঙক্কুন লেপ্পরে।
মতৌ অদু উবদ দোলায থৌব অক্রুর
খুর্জিজ লিশাং লাক্কুন শগোন মরি ফানজল্লে,
মতা চাব রাইহৈন গোপীশিংদ হাঙৈরকই,
“ইবেমখোই করিনো করি মতৌ কৌবগে?
নুপী ওইব নখোইন দোলায় মাংদ থক্তুন
ঐগী লম্বী থিংবদি করি অর্থ লৈবগে?”
মিত্তঙৈরা চেল্লবী পুক্নীং লৌবী গোপীশিং
রাইহৈ অদু তাবদ থুন জবাব তৌজরে,
“হে অহন ওইরব মিংন অক্রুর কৌই হাঙৈ!
নহাক্ত ভাস ঐখোইগী প্রাণ মঙ্গা, হুহুন
লমদম কৈদ পুগগে? প্রাণ য়াওদব হকচাংন
কংস লেপ্প যাবগে? শ্যামগুনমণিসে
ব্রজগোপী ঐখোইগী থুম্ম থম্ব ফিজিগী
থরাইপুব ইরম্নে। মণিসিবু নহাক্ত
করম মুনগে তৌরিব? নহাক অসে করম্ব
হিংচাবন ওন্দুন গোপীকাবু রাহনগে
হাঙৈব রাংলৈবন মফমসিদ লাকপনো?
নোংদন খিব নহাক্তি লাজগী বাহু ওইদুন

শ্যামব্রজ থাজবু খম্বন চাউন হুত্নন
গোপী থম্মোই'তি্যাগী প্রেমগী থাবল মাংহল্লে।
কোলোয মিংন অক্রুর শাজংথোন অসুর,
যমগী লমদ পোক্‌ন যমগী পাউশী পুত্নন
ওসি নংন ঐখোইগী থরাই লৌব লাকপবা ?
গেরুক্কীজোন লৈতোন্নে শন্নাংদসু জটানে
শাবোং শাদ যেংবদি মীদ লানব হৈত্রব
বৈষ্ণবশিংগী মতৌনি, তৌথোবকপ শাজত্তি
ওসি নংন ঐখোইবু চং থরাই লৌবিবে।
যেঙু নংন অমুক্ত ঐখোইগীদি ইবেমা
ব্রজগী রাধা হাঙ্গবিসে—ইবুংঙো মহাক্ক
কাঙ্গনপৎ্থে চন্দোরে হাঙ্গব মতাং উবদ
ওলাংথাগী মুংশাদ শাৎওমদন কংখিব
শিঙেল্লেগী মতৌগুম থরাই মিরেন শামত্নন,
মিৎস্না তরং ঈখোন্দ পুন্সী লাইজ তোবৈগী
তোবৈ ঈরেন কংত্নন লৈবির্বাসে অমুক্ত
থম্মোই পানব নহাক থম্মোই নুংদ যেঙ্‌না।"
রাহৈ অসি কাঙ্গত্নন মহৈ মহৈ গোপীশিং
খুজেং পাল্লোইন'রে 'ওম্মগদি পুন্নো লাও'
অসি রাইহনত্নন দোলায মাংদ থংলক্রে।

মতৌ অদু উবদ দোলায শামাহ লৈত্নন
লম্বীমদ দোলাযদো পুবগেদি নিংলম্ব
অক্রুরনা পুত্তগী খুড়্জি থৌবি তংখবে।
মাটি রাইনু মেপাকহ দিনগী চক্র পুবিব

কোৱৌ শাথোঁৰ মুমিত্তো ৱাধাবু উবদ
খোংথাং ওহাক লেপ্তুন মুংশামপি হোনখিয়ে।
ৱাখনকৰ অক্রুৰ শাউদ হৈদ অহন্দো
ৱাখন মচন খন্দুন নিংথিজৰ ৱাহৈন .
গোপীশিংদ হাঙৈৱকই—' ইবেমখোই তৌহৈদে,
অহন ঐবু চৈহৈদে, ঐদো কৈত্ত নত্তেদো
নখোইনচুম থংকৈএ। কৃষ্ণ হাঙৈৰ মহাকসে
তেংবা-বগী মপুনি, মাগী থৌইঙ্ৎিস্তন
ওসি কৌৰ মুমিত্ত মধুলমদ পাংলিব
বথদোলায় অসিবু থৌজবনি ঐহায়।"

ৱাহৈ অসি তাবদ নিংৰ কাঙৈবী গোপীকা
কাংগী থক্ত লৈৱিব শ্রীকৃষ্ণগী মাইথোংদো
চিংন চিংন যেংহুন হিক্ক হিক্ক কপ্পক্লে,
মতেক মতেক ৱাহৈন খোস্থাং ৱাংন তেংথাৱে,
"হা ইবুংঙো প্রাণনাথ! গোপী থৱাই ওইব-ও!
ওসি কোৱৌ নোংজাদ মুপী ওইবী ঐখোইগী
কৱি অয়োন অবাম লোংদম লায়ুম মক্তুন
মুংশি থোইব নহাক্কী কাঙৈন ইনিন কংলিবা?
নংগী প্রেমগী লাইজদ ভাগী মশক ওইহুন
লৈজৱম্বী ঐখোইনি, লাইজঙৈন-কংবদ
কৱি ভাগী পাঙ্গম জীব পুৰ উম্বগে?
নংদি বুঙো ঐখোইগী থৱাই মিৱেন শুপ্পনি,
থৱাই নংবু ৱাগুৱব গোপীকাগী হকচাংদি
কৱি মমল লৈগনি। মুং শথোইব ইবুঙো।

রাধিকাগী কলঙ্ক কোকপিথিদো নহাক্লা।
লৈহৌবিদো খুদনদি কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদ
গোপী ওইবী ঐখোইগ রা৩ কুম্মৈ শান্নব,
খুদমশিংদি অহুন গোপীহ্নাদি কৃষ্ণদ
থোৎন নৌব পাম্বীন প্রেমগী ময়োন চোংখিবা।
খুদমশিংদো ইবুংঙো অমত্তবু কাপ্তিওমদে
নিংশিংলমদ লাকপস্থ অমত্তস্থ চিথদে।
হায করিবু মতৌনো। যেহৌফন হৌরকপ
গোপীকাগী লাইবক্ল কনা লাইগী শাপ্তগী
তুংদ অস্থক থিবম্ব ওহোকইদ ইবুঙো।"

কপ্পবক্লে গোপীশিং রাগী ময়েক শেংলক্লে।
রাইদ ব্রজ গোপীকে! কবম্নবু যেংসিগে?
থরাই হকচাং পুন্নমক মাগী কাদ যোনপ্রবী
মাগী চেংলৌ মূর্ত্তিন হৃদি কম্মেন শুপ্পবী,
হ'ন্ন মাগ চান্নন কাঈনরনি খনবদ
(খংবদবু হাঈনিডি। প্রেমগী [illegible]ঈভ ঈচাউন
ঈকংথাগী পুথীগু· [illegible]গান নী নাবা,
তনং মাংলং যেংবন পূজ্যভাক্ত ভবনী
থম্মোইহন্নংগী [illegible]বান কই য়োন ফুন্নবা—
[illegible]থিবা গোপী[illegible] অ[illegible]নীগা পান্দক্লে,
ভা[illegible]হাক অমুক [illegible], [illegible]হাক অমুক [illegible]কই,
[illegible]হাক অমুক [illegible] [illegible]চুরবু চৈরকই
[illegible]াওবা অমন [illegible] [illegible] [illegible]
[illegible] [illegible] [illegible]াওই অ[illegible]ন

দোলায় চাকা পাঙ্গৈহুন দোলায় থামগে লাক্লরুই।
মখোইহুগী মরক্ত শম্লাং কোইচাইনরবী,
মিৎসা লাইজ তরংদ উফুল লৈরিক পকপন
লুন ডোব হকচাংদো ময়েক কুচু ওল্লবী,
কাঙ্গন মৈনিন লাংবন থাংব মপাম্বোক্লন
কয় শিৎপ সুংশিত্ত তেরা মকোল পাইবগুম
পান শাব হকচাংদো সখীশিংগী লেংবান্দ
নিঙ্গ হাইন পুরবী ইবেমদি রাধিকা
মতুংতাব অহুদ কবি মতৌ তৌরকই ?
সখীশিংন পাঙ্গৈরম্ব পাঙ্গৈরম্বহু কম্থোক্লে,
হকচাং কায়াৎ খুদিংদ মশক তোপ্প শিরকপ
মণি মুক্তা পরেংদো মতৎ মতৎ থদৎলে
উৎকৌ রাইগী মতৌগুম লম্বীথক্ত চাইথোক্লে,
শংবান্নব সাডৌগী ফিজি কিনা মতোম্ন
মিত্ত মাইদ হকচাংদ তৈব উফুল কম্থোক্লে,
চাহরুং খেঙ্গোং থুম্নম্ব ঈরাহুম্ব তৈথোক্লে,
চৈরে ফিজি মতোম্ন মকোক অহু থুমজিল্লে,
শামু অমোম খোংথাংদ কায়দ কায়দ লাক্তুন
কাংগী মাংদ লেপ্লরে ! মিৎসা থম্বাল অহুন
কুপ্প খৎপ নাইদন হুরি তম্ন য়েংলক্লে।
ইঃ করিনো মতৌদো, করিনো হে রাধিকে।
মঙ্গম্নব গাঙ্গৈথোংদো পূর্ণিমাগী থাজগুম
মকাকম্ন শাম্ভোক্লে, ইবেমগী কান্তিন
তারমদাইগী মুমিৎকুম অমক অতিন লাংদন
ফুইন ফুইন ওাম্থোক্লে। মতৌ অহু উবদ

নংনা ঐখোইবু থাদোকপ ভুইথোক্তে থনবদ
ইন্নুং পুঙ্গোই চংদন কোয়ৌ মিয়েন চাঙ্গবদি
তাইবং থকথা ওনবনি। নংগী নকা তমহুন
লমকাংদন চেল্লকপ গোপী প্রেমগী ঈহোন
ঈহৌ মপুং কাদন কাঙ্গন লৈঙোই মরক্ত
লৈরাক লৈচম্নহুন ঈচেল মশক গাংবদি
কল্লক চাউব বিধিগী ডায়েম্নব নোংদম্নি!
মুংশি নংগী পুক্নীংদ রাখল করি নৌহুন
প্রেমগী ঈচেন অসিবু লম্ভাংখাংদ তত্তুন
মাংহনগেবু নিংবগে? পামু নংগী ননাক্ত
মুংশি লাঙোন শক্তুন প্রেমগী ঈখৌ লাংবন
হরাউজবা ঐখোইনি; মুংশি মপুং কাদন
হরাউ পন্দোম লোমদন খাঙ্গন খাংদপ মৈরক্ত
লংশিনবদি ঐখোইবু নংগী করি ফোয়োয়নো?
অহন ভুইব পোকহৌব মুংশি লাংডান খণ্ডব
অক্রুরন তম্নব মধুপুরী লমদমদ
মুরা কনা লৈবগী মরা মপাউ তাহুন,
দিনগী পুঙ্গোই লাকপদ গ্নমিং কোয়ৌ পুবন
শিডেন থম্বান কৌবিবু য়েংবিদব মতৌগুম
মুংশিথোইব নহাক্ত নাংবু তবু নিংজর্বা
লাইবকথিবী ঐখোইবু হুঙ্কেকপিগে হাঙবগে?
নোঙ্ক নোঙ্ক নহাক্ত মধুপুরী য়ৌখিনি
কপ্প কপ্প ঐখোইন কাঙ্গন মৈদ ভোহৌনি।
মঙ্গৌরেলো ব্রজদি, জোতৈদাং থাজয়াওদব
অমমথাশি অংহুংন তাইবং মীকি কাংবগুম

হরি নংন লৈত্রব ব্রজপুরী অসিদি ,
খুত্তাক লাঙ্খি নংলব শূন্যপুরী তাররনি !
শাংখররোই লৈরাংগু পানখররোই হৈরাংগু,
বৃন্দাউন্নুং কৌবান মপু থৌজাল রাংপন
নোংম লোংম নিংথিব শক্লোন পখ্খে মাংলনি ;
হৈনৌ থক্ত খোংলকপ কোকিল'কুহু তাররোই
কদম থক্ত শারকপ রাহোং জগোই উররোই,
নেম নেম হৌব লৈরাংগী পাম্বী চিংখোং ময়াদ
লোইরোই লোহরোহ চেঙ্গব শাজ জগোই তোরনি ।
গোবর্দ্ধনগী তমযাদ থরাই পেন্ন চাজবী
ষণবাঁ ষম্মাউ ময়ামস্থ শেনবিনব লৈতন
নোঙ্গন চাউন হৌজব শাবেপ মমি মাংলনি ।
নুডাইবগী মিকুপ্তু খংহৌদন হৌখিদো
অরাবগী পুঙ্গোইদি যুক্তা কোঙ্গাই শাংলনি !
নংন চানবিরৈভেদ গোপী ওঁইবা ঐখোইন
হুডাহজব মতমদো পেঙ্লোদেদ ইবুঙো ।
বস্ত্রহরণ শাম্নৈভে বাশীখোংব তম্নৈভে
মুংডাইরব কুম্মোশং কবম্নবু কাউসিগে ।
শরখাগী থানম্ন তাইবং ফাওন ঙাম্লব
মালিকাগী লৈনম্ন মালং থুংন শাংলব
চংখোম্লব অহিংদ বংশীবট্ট লেপ্তুন
মুরলীগী নাদন ননাহখোহবু কৌবিব
নংগী প্রেমগী থৌজান্দো ফরম কাউজৌ হান্নৈদসে ?
জটিলাগী শরৌনা হবেমগী মিংথিবা
ব্রজথুংন ছনবদ নংগী থৌজান কুয়োন্ন

লৌশিংলৈম লাইরেম্বী সরস্বতী লৈমন
লৈয়েং সন্ত্রী থোৗগনব, মাগী চেংলৌ মণ্ডান্দ
ওইন অশাউ পুন্নমক মহি ময়াই চম্লিব
গোপী প্রিয় মাধব য়াথং মধু খিক্তুন
রাধিকাবু থেমজল্লে, গোপীশিংবু পেনহল্লে।
'খুন অমুক লাক্তুন গোপীরক্ত তিনগনি'
ময়েক মশোন অত্নে শ্রীকৃষ্ণগী মগুম্নে
থাজগনবী গুপীশিং চরৈ কিজি পাঙ্গহ্নন
মিৎকী ঈরা তৈথোক্লে মহৈ মহৈ হন্দোক্লে,
মাইথোং থাজ কিমাইদি লৈঙাং হাইকেৎ শংহ্নন
পুক্নীং তয়াং তশোইন মথংলেনবু বিদায়রে।
ললিতাগী লেংবান্দ ঙাজহ্নন। রাধান
মধুলমদম তম্লিব কৃষ্ণ মতৌ য়েংজরে।
হরি ইঙ্গিৎ কংবদ থৌরাং শাজেন লোইহ্নন
শগোন চুপ্নি থাহ্নন দোলায় থৌরে অক্রুর।
শাজে শউম কংবদ মুংশিংমুকপু য়াংলব
য়াজোই শগোন মরিদো খুমাং অনি মাংদ লাম
খুহ্নং অনি ভুংদ কাও মমৈ ফিরান শাহ্নন
দোলায় পুহ্নন চেল্লক্লে মুংশিংকী মাংথান।
দোলায় থক্ত মুংলিব মঙ্গ্রামচু ফিরান্ন
দোলায় মনাক তাল্লিব মালং মুংশিং লংনন
ব্রজভুমি মাঙ্গৈকৈদ হন্ন হন্ন য়েংলম্মি।
নংহ্নন ভুংয়োইন লাপ্লহ্নন মাংয়োইন
কন্ন থৌব শাথোন বৃষপুব দোলায়দো
খুনং কানন য়েংহৌবী ব্রজাঙ্গন মিৎয়েংদ

মিংযেং মপাল্লান্দুন অবাপ্নগী মালংন
উদ ফিজং খন্দুন মধুপুরী য়োখবে। ৭০৪

ইতি শ্রীকংসবধকাব্যে মথুরা যাত্রা নাম চতুর্থঃ সর্গঃ।



গোপী কপ্প তোকখরে, কাংগী থক্ত কমহূন
গোপী মতৌ য়েংলম্ব গোপী চম্ন:থাইবদো
ইবেমগী মিৎয়েংদ মায়োক্লব ওমদন
মিৎন্না মিরেন মিতয় লৈদ তম্ন লুকখরে।
য়েংন য়েংন রাধিকা থম্মোই নুংদি কাঙ্গৈরবী
মতেক মতেক রাইহেন চিনগী নাতে কাংলক্লে,
"লেংবিখয়ো ইবুঙো। ননাই বিদায় নিজরি-
নংগী চরণ থম্বান্দ কখোকপ্রব হকচাংনি
নংগী চরণ থম্বান্দ কচ্চপ্রব থরাইনি
যমুনাগী ঈশিংদ হুম্বজগে হকচাংসে
থরাই মিরেন অসিন পোম্বী চেক্লা ওইহুন
চরণ তম্ন পাইরকপ লৌবিয়ুকো ইবুঙো—"
রাইহে মতোন লোমখিক্রে থাজমঙান মমখরে
মুমিৎ কান্তি মুৎখরে! হুর্শিং চৈকু ফংবা
থাঙজবর পামেন্ন হাইহত্রুন তূবগুম
দম্বীথক্ত ইবেমা রাম্বহূন তাখরে।
ইবেমগী চান্নবী শথাশিংদ অথোইবী
কুন্দলতা ললিতা তুঙ্গবিদ্যা বিশাখা
কাংহাই চামর পাঙ্গহূন হবেমবু লাইকল্লে।

মতৌ অম্ন উবদ কাংথক্তগী গোবিন্দ
তাকিং তাকং কুম্মক্লে, থুন য়াংন চংহূন
ইবেমগী হকচাংদো নিংথজন পমখল্লো,
খুঞ্জা মতোন থিরৈন হুনখ্রি ব্যজন শাত্রন
ইবেমগী মাইথোংদা ….িৎ ইশোম লাংহল্লে।

হৃদি মাগী অসুস্থ থৱাই য়াওব মতৌদো
উজবদ শথীশিং ব্রাহাক পুক্লীং মুডাইজে।
মথংলেংগী মুংশিব গন্ধরস শুরব
অঙ্গস্পর্শ ৯ংবদ, চেতন মপান থোক্লবী
ভাম্ন লাংলেন রাধিকা জ্ঞানগী মমি ত্রাৱক্ল,
অমং শিংকুপ শিরুব মিৎস্নানয়ন থম্বান্দো
তপ্ত তপ্ত পাংহূন থরোলৈবু ওমজব
মবুঙোগী মাইথোংদ চিংন চিংন য়েংজরে।
চেতন লাক্লে হান্নবৰু ইবেমদি শ্রীমতি
মমাঙৈগী মাইথোংদো মমাঙৈগী কান্তিদো
অমুক্তস্থ শাৎলক্লে অমুক্তস্থ ঙাল্লক্লে!
হায় ইবেমা রাধিকে? থৱাই মিবেন শুনবু
তাইবং ইথাই লমসিদ পুন্সী য়াতা লাক্লব্রা?
অহুৈদ, সীতান বাল্মিকীগী কুঞ্জদ
মনাউ লক্ষ্মণ চিন্দগী মথংলেন্ন থাঙ্নব,
য়াদি মপাউ তাবদ অমং য়াহিপ হুনখিব;
মবুংঙোগী চান্নন গর্ভমুংদ হৌবদো
য়োকখিগেদি হাঙ্নবগী পায়ম পোইরৈ লাংবন
থৱাই মিরেন শুদন হৌথৎখিব মতৌগুম,
ইবেম-ও নহাকস্থ থংলেন মাঙ্গ কোলোয়ন
পুন্সীয়াকাই ওইরগ মাঙ্গ মান লাক্লন
'রাধে নংগী লম্নন্দি কলিযুক্ত শিংলগে'.
রাশক অসি তান্নব থৱাই মিহুন শোইনাইন
পুন্সথোংদ অমুক লাক্লিববা রাধিকে?
মতু ডাহাক ঃৈরগ ভাং হাঙ্নব থেম্বদ

অসি য়াহৈ হাঙ্গৈতুন শচীরাণী পুতুন
শোয়ারেন্ন থোয়ক্লে। মণিমুক্তা ভাক্তন
চিক্ক কোন্ন লংতুন চিক্লোন তৌন শাপ্রব,
মুমিথাবু ভমজব মন্তাল্লৈপুন অতন
বিশ্বকর্ম্মা মিংলেনবু বিশ্বকাওন তাহনব,
য়াংলে হাঙ্গৈব সিংহদ্বার লাইরেপাক্কী থোঙ্গান্দো
মথক্কুদ অনিমক কায়দ কায়দ লেহ্মৎলে,
কৈকম কাগুপ তাতুন মথুরাগী সভক্ত
খোংগী যাত্রা পুরিব গোপকুম্মে যেংলকই।

নিংথিজবী কালিন্দী তীর্থ লক্ষা অমগী
যাইতোং কম্মেন পুহন লাইবককবী শিংলক্ত
কমজাউ তাংবল নেৎলিবী! ব্রজলীলা মতনদ
ব্রজগোপী ময়ামগ নুংশি কুম্মে তৌতুন
মাগী তোর্ঙান কুণ্ডদ ব্রজমপু কৃষ্ণন
কালগী কৌরোয় হুকখিব! তপ্ন চেনব ঈরৈদি
গর্ভপুংমেন শুরবী তাংজ অমোম ভমজবী,
লুপাকবোক চাইবগুম ভৌলোক ভৌব শেক্তান
কোমেৎ কিল্লাং কৌনগুম মিৎকৌ কুম্মে ভইহ্মবী,
ভোলান লোকথাই অনিদি মহৌশাদি কৈংগী
ঋতু এক্‌ক শান্নকম কুঞ্জ পনেং শেম্মিবী—
ঋতু লৈনোং মমান্ন মাগী ওইন তনগুম
যেংলি মইথ কক্তবী। দিৎলেং পোথা নাইনবী
নুনাগী মতম পুণা চেনব তোনন্দ
সভাফৌ তুন পোথাতুন হরিন

যমুনাগী নিংজব থুংহনবিরে ঙসিদি।
লাইবককবী যমুনে! মবুঙোগী চরন্দো
শম্নাং ফিজি লৈপুন্ন কালগী পুঙোই অমত্তং
শেংজবদি ফংবদ, থম্মোই ঈফেন কাহুন
মুন তাব ঈরৈদ লিরি ইপোম হৌরকপ
ঈথক মচা ময়ামগী মালং তানগ চানব
জগোই কুম্মে উত্তুন থৌগঞ্জরে হরিবু।

প্রাতঃকৃত্য লোইহুন গোপসখা ফৌজদো
মধুকোন্নুং তমহুন যাত্রা খোংশাম্থোরক্লে।
জগৎপুব হরিগী করি পুক্নীং ইঙ্গিৎনো?
মীসু লাইসু মান্নন তাইবংপান্দ অমুক্ত
উখিদ্রিব মতৌবু ঙসি কোরৌ নোংজাদ
দেবরাজ রার্ণীগী মিৎয়েং পোমাই লম্বীদ
উহল্লকপ দৃশ্যদো শচীকোবী ইবেমা
ঙকপ পন্দোম্ন লোমখরে। পুক্নীং খুজ্জি ফাবদি
ঙমজদ্রবা লাইরেনা মথংলেনগী মকাদ
চিনফেন জবাঞ্জরক্লে "য়েংবিয়ুনে লাইনিংথৌ!
ঙসি এৌন উরিব অঙকপগী মতৌসে
মমাঙৈদ অমুক্ত উজখিদ্রি ইবুঙো।
লাইগী মখে ঙসিদি মথুরাগী সড়ক
তেঙ্গোপ ফৌজ শাহুন চৎলিবসে করিনো?
গরুড়গী মনমদ খুৎলাই মরি পাঈহুন
চতুর্ভূজ মূরতি নারায়ন্ন খোংলেঙভি।
শাগন নাকচি অনিদ সরস্বতী লখমী

# কংসবধ

## সর্গ মঙাশুব

নোক্লি অহিং নিংথিবী থরান মুক্তা শিজবী
লাইরৈপাক্কী লাইশংদ লোইশং থৌদাং পুজরি।
লাইয়াম শুন কারক্লে লাইরেম্বীসু ব্রান্তুরে,
মাগী মাগী আসন্দ অচৌ পিশক থাঙ্গইদুনা
লোইন কমকম তান্নরে। সভাগী'ম্রাই অদুদ
মণিগী তাংবল মথক্ত ঙান্থোইহরি শোরারেগ
লৈমরেন্দি শচীন ওইগী থৌগন তৌদুনা।
থৌগন্দি তৌজরি মাইথোং থম্বান্দি শাংলমদে,
আঃ করিনো অদুদে? দেবেশ্বরী শচীগী
নিংব করি ব্রাত্তুন গথংলেনগী সেবাদ
পুক্নীং তঙ্গানরিবা? মতৌ অদু উবদ
হুরাউ ইকেন কাদ্রব লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রন
থোংন থোকপ খোঙ্হোক্ত নুংশি লৈহি চাইদুন
য়াদি চিঙ্গোই পাওমেল্লে "প্রিয়ে হে প্রাণেশ্বরী।
করিগীনো ঙসিবু ঢাল্লথোইবী নহাক্কী
মাইথোং লৈরাং শাত্তব করি মরম লৈবগে?
উনবী পুক্নীং লৈখোংদ ব্রাখল কৌশিং কান্ব
কাল চাদন তাবন লাইরেম্বাগী লাইরেম্বী
লাইরৈপাক্কী। মবেমা ইন্দ্র থম্মোই ঙঙ্বাগী

থম্মোই মকা লামত্ত্রিব ? যেঙু মাঙ্গৈকে মরিমক
লাইমক্তন থনখবে, নংগী থোগন লম্বীদ
খোংথাং খন্ন থাংজিল্লু হৈনিংত্রিব নহাক্কী
পোইরৈ ইহুন উবদ থম্মোই চবৈ কংহ্নন
ব্রাখন কবাক খল্লুন চপ লেপ্তুন লৈবসে ?
হাঙ্গৈয়ু চুম্ন ঐঙোন্দ করি নিংব্ব থুংদব ?
লাইবৈপাক্কী তাংবন্দ ইন্দ্র ঐন ফন্নিঙৈ
ইন্দ্র চান্নথোইবীগী করি ব্রাৎপ লৈগনি ?"

পাউথুম্নকই পৌলমী নুবা মাগী যৌবন্দি
লোইদ' তম্ব বিধিন, "হে নিংথৌ-ও লাইনিংথৌ।
চংশখাদ নহাক্কী হঙ্গত্তুন করিবু
ঐগী থম্মোই লোক্লুংগী অমম্বসি কোক্কনি ?
ডাজবেলো মপাউদি ব্রজ লৈকোইন্নুংদগী
ব্রজথাজ কৃষ্ণদো অভাং গোপখরগ
কুম্মৈ য়েংব ফিবমদ মধুলৈপুং পাংসকই।
ব্রজ নোংমৈ শিংজংগুম মহু চাউব কংসন
নুংদ তৌব থৌ-াংদো উদ্রমাল্লে কৃষ্ণদো,
লাইন পোকই হাঙ্গৈগ অতুক পংন লাকপবা ?
মাংব তারে পুন্নমক শিব তারে লোইনমক,
খল্লুবদ দেবেন্দ্র ! পুক্নীং ফৈবোম লৈতাদ্রে।"
তাকবদ শোবারেণ ইশি শিন নোপ্লক্লে,
"লাকওহ্ দি ইবেমা' চান্নবীদ হাঙ্গৈবকই,
"পুবীমপাম্লোক্তন অভাংগোপশিংদুগ
খোংলেংলব হবিগী কুম্মৈ অতুক য়েংলুসি।"

চিনবান নোকফেৎ কাংহ্নন তঙকপিজা মিৎযেংদি
মিৎম্না কিথুম কুপ্তুন লোল্ ভ্রিব উচেকুম
মরোন লৌকম খংদন ম্বারীপুঙ্গোইনবক্লে।
চৈক্কপোথাংনরব চহি নম্বো চাউরব
অহল্লমন ব্রাহ্মন লম্বীকাগুপ লেপ্তুন
মিৎম্না তরং ঈখোম্ন প্রেমগী অর্ঘ্য কত্তুন
তাইবংমপু হরিগী পাপকী শবৌ ফুরুব
মঙ্গল যাত্রা খোংলেংদ জয়গী লৈশি লৈথোক্লে।
মুঙাইবগী দৃষ্ট্যানি হনাউবগী লক্ষ্মন,
মধুলমগী ঙসিদি মধুঈরা চুম্নব
মাংদ অমুক থোক্লিব কুম্মৈ পুংমেন ধুমেন্নি।
ন্নান্না নিনব মখোন্দি মাইকৈ লাককম খংদেদো
খেক্ক নোকপ মিনোকস্নু থৌদোক মক নাইদেদো
ইরাং লাংব মশক্ক চিংদ মান্দ লোক্লুংদ
ঙাহাক পোখা লৈতন মধুলৈম নোমজবে,
হরি মাগী চরন্দ সেবা লৈযোন চুম্নব
থৌবাং পোৎশক লৈজব লোইন ঊংকে নিংজবে।
শক্কৎহল্লে নশৈন স্নবখোল্লে লমন্নৌব
ঙৌদ তান্দ লমথেংব তান্না কোম্বিল কৌহুন,
খোম্বাং পাম্ব চেক্লান চোঙাখোইনিং খোংবুগী
থোল্লৈ খোংলোই ঙইহুন ঈশৈ ঈনিন হৌনক্লে।
মিন তাব খোম্বাংদ খুথৎ পিন পুন্নন
মালং তোন্নৈ বীণান নিন্নি নিনি খোংলক্লে,
মালংবীনা চাবদ হরাউ গুভাই নৎমাব
তাপাদেন খিবক পেম্ব গুবম্মাই তৌগ্রন

ঈশৈ কব চেক্লাদ থৌগৎমনা পিন্নক্লে।
শক্তি শভাই খার্সানা তিঙথৌ কক্লেন মথক্ত
খোংথাং কুপ্ন চোংহুন খোংলৈ শুব জগোইন
জগোই লৈথেন উৎলক্লে। পামেন কদম কৈরাদ
খোংনেৎ খোংকম চেক্শিন্ন মমৈ চামব্র কন্দুন
শাগী জগোই য়েংবদ কেকা নোক্লখোম্বারে।
ইত্ত শুরে কুম্মৈদো রাংপ অম লৈতরে,
ঈশৈগী পুংয়ৈব রাশাকৈবম্ব নোংগৌবী
জগোইগীন তাম্বাব রারক পাম্ব উরেনবী,
মাগী মাগী লৈজব শক্তি লোইন উৎনরে
লাইরেকপা য়ানত্রে হেদ অঙকপ মতৌনি
কুম্মৈ য়েংব ভাবোক্তো মিৎয়েং কবাক খনখরে।

মধু কৌবী লৈমন লাংলম্নিব থৌরাংশিং
শেম্নম্নিব পোৎলমশিং য়েংবি উবি লৌহুন
হরি পুন্নাং পেনবিরে। 'ইমা' হাঙৈব মিঙৌন
লৈম মাবু কৌহুন নোঙ্গভক্তি উৎপিব্রে।
লাইবকফবী লৈম-ও! নোংমতগী পুঙ্গোইদ
তাইবং মাঁপোক হুনবদ নংগী নমদ তাবগী
তাইবংমপু হৃষিকাও' নংবু সম্মান খুদোল্লি।
তাইবংপান্দ পোকপন পোক্লফমগী লমদমদ
মুংশি ভক্তি লৈবসে মহৌশাগী পোত্থুর্গন।
মনা লৈপাক মুংশিদে হাঙৈব মাঁবু লৈরব
থিরুহুন মহাকপু মুম্ন য়েংশিন খোৎশিনম্বৌ,
তাইবংপান্দ নহাক্তি তাইবং মাঁশক লৌরকপ

লাইরেম্বীস্থ য়াওরিনে। শূলী সম্ভু শিবন
বন্দম্বদি তোংহ্নন উমাসতী লোঙ্গনন
হৃরি ম্বেত্ত লেঙিয়ে। বিধিব্রহ্মা দেবস্থ
হংসবাহন মথক্ত কমণ্ডলু পাঙ্গিহ্নন
ওইথংবদা থৌগল্লি! সৃষ্টি স্থিতি সংহারগী
লাইগী মশিং শুখরে। শেষ কৌব লাইহ্নস্থ
মতোক লিশিং কন্দুন নারায়ণগী শাগোল্লি।
সিদ্ধিপুব গণেশ স্কন্দ কার্ত্তিকেয়গ
তেঙ্গোল শামাই পুরিয়ে। অগ্নি বায়ু বরুণ
ধর্ম্মরাজ যম্লিংথৌ তেঙ্গোল শামৈ ভাক্লিয়ে!
খ্বাইগী থক্ত ভকপদি হে নিংথৌ ও লাইনিংথৌ!
ঐরাবতকী মনমদ সনরূপ তাইবোত্ত
চোং ছেকপিন ছত্রন কোকথক্কী থৌগল ওইহ্নন
খুত্ত নোংমৈ শিংজংন খুৎলাই চৈথোই ওইহ্নন
লাইগী কৌজ মরক্ত ইবুঙোস্থ লেঙিয়ে!
অহ্নগনে বাসব। নংগী ওইগী শেগাদ
নংবু থৌগনং ভৌরিবী হুরা শকহেনবীসিন
কনা লাইবক ফবীনো?" ম্বাহৈ অসি হাঙ্গিহ্নন
শক্লোন অনি থোক্লিব শোম্বারেণগী মশক্লো
হুঙ্গৎহন্দা ম্বেংলগ মহাকমকী মমিদ
ওইন থম্বন উত্তুন লৈমরেন্দি শচী-ও
ম্বাহৈ খোম্থাং লেপখরে, মাগী চেংলৌ মমিবু
মশক থংদে দেবীদো। "কনা ওইনি নুংশিবী,"
পাউথাংলক্ই দেবেন্দ্র, "ইন্দ্র ঐগী শেগাদ
ওইগী কম্মেন কংববু শচীন্দ্রানী নত্তন

কনা মুন্না অমগী লাইবক খেন্দোংগদগে ?"
ন্নাহৈ অসি তাবদ মোমোঙৈজদো শচীদো,
মুংদ কন্নি লৈহুন উরুন্নিব দৃশ্যনো
লোইন তগ্নে ইন্দ্রন। নান্না অঙাং শাহুন
হন্নি মান খোংলেঙি, খুত্তা খুংলাই পাঙৈদেয়ে
য়েংলে মীন কি'মান্দে, মুংদ লৈব মন্নোন্দি
লাইবুতদ খংহল্লে। ন্নারী পন্নেং পুন্নসে
তাববদ ইন্দ্রাণী পেঙ্গপুক্লীং লৈতান্নে।

হে ধবণি ন্নান্নন্নু। লেংবিবক্লে গোবিন্দ
খোংদাবিন্নে ননমদ, নংগী অন্না পোল্লেন্দো
য়াংগদব পুঙ্গোইগী পন্নৈ কোঙ্গোই লেপ্তন্নে।
মাগী মখোং থম্বালগী ক্ষঙগমন্দ্রব গন্ধন
মাগী থক্ত শোকপদ হুন্নাউ ইপোম কাববী
মধু কৌবী লৈম-ও অনৌবদি ফিজোন্দো
তগুপ তন্নেং হোংহুন নিংথিজব হৈন্নাংগ
মুংশিবব লৈবাংগ অর্ঘ্য পোংলম লাংহুন
লমদাং চান লক্ষ্ণু ঘোংকী চক্ষু খিন্দুন
শ্রীহন্নিবু ওন্নক্লে; ধূপকী দীপকী গন্ধন
অত্যা মকোই ছন্দুন খৌন্নাংলব লাইশিংদ
মঙ্গল পাউজেল পুবক্লে। মচাম্বুপী কুমারী
খোইগা ফিজেংনন্নবী কাংবু কাংবু খোক্তুন
খোঞ্জেন ন্না'ন থাহুন উলুধ্বনী তৌন্নক্লে।
মালং ফিদোম্নন্নিব ক্ষভাংনান্না মপেন
চবুন চবুন লেপ্তুন গুবা'লৈবু তমজব

ৱাগইহৌ কাহল্লি। মপুং ফান লুরবী
ইন্নুংলাইজ তোরৈদ থরোলৈন শাৎপন,
মিলন মপুংফারবী নুরা মাগী মাঙথোংন
মকাফম নোকপগী লক্কোল্লকপ মিৱেল্লি।
চাংজৌ চোম্ব ঈয়াইদ থম্বাল্লৈন নোক্লগ
খোইরাং চাউব খোইমুন মখে লাংব উবদ
শানৌ শমু পাখংগী মৎকী ময়াই কারকপ
মীকিদব মতম্লি। পামেন হৈনৌ উখোংদ
নোংদোন মাইকৈ য়েংহুন পুম্নুম্নব যুতীন
পিক্ক নৌন শাৎপন শম্লাং কোইগক্লশিবী
খোইগা শেৎপী নুরাগী পাযম ফৌবোয় লকাদ
নুংশি শৈহৌ লাকপগী ৱাগপল্লুপ হোকম্লি।
সনামচু ঙমজন ফৌগা চবোং চৱোংন
পাক্ল তাব লৌবুক্ত পঞ্জে পঞ্জে মুনবদ.
শামু খোংকাপ কল্লকপ লোংচুপ মাইকৈ তাল্লকপ
কোরৌ নুমিৎ মঙান্দ চিংন চিংন য়েংহুন,
লোইরোইনব শাথেক্ক লুবাক্লব মাইথোংগ
লিরি খোইদ্রি লেংহুন মালং তাম্বা চানন
তপ্প ঙগোষ্ঠ শাবন—মীয়াই চনবা যুবতী
মুখশি শাইখৈ নাট্যদ ... ভনেত্র কৈশিংবী.
ভুংয়াং শাথেব খাংোমদ চিংন লেম্ন লেংহুন
পাভিনয় তৌবগা চেহু খুদিন উৎ ানি!
তাংলৌ পঙ্গোষ্ঠী ভেহেব নন্ধ্যা মাংদিন তাংফমদ
লোংচুপ নোংদোন ফিমাচদ লৈলেন হিকং পারেংন
পো াপু শাংদ্র পাংথ লেংথ ... বিদি

তাইবং মুংশি কুম্মৈসে চাকতোন ফিদোন লোমদন
তাইবং মীওই পুম্বগী পেন্দ লাইনা চুহুন
থুন লোইথি তাকপগী ময়েক লাব চিত্রনি।

গোপশিংগী ঈশৈদো মাঙৈকে পুম্ব নিল্লক্লে,
শৃঙ্গাবেণু সুরদ ঈশৈ খোম্থাং শেম্লকপ
কিঙ্কিনিগী মখোল্ল ঈশৈ তাম্থা হাপলকপ
নুপুরগী খোঞ্জেন্ন ঈশৈ ইপোম কারকপ—
হেঃ অঙকপ মতৌনি। মহৌশাগী শৈশক
শৈছক শৈবা মাম্নন কাংনরক্লে মুডাইদ।
হে ঈশৈ-ও নহাকপু, কদায়দগী হৌহুন
করি থৌদাং লৈহুন লম্ফাং য়াম্ব তাইবংদ
নংন শায়োল্লরিবা। নগুণ থারে খঙিদো
নমিং তাক্লে খঙিদো, অহুম্দি ওইরগ
কপ্নি পায়ম মুডোল্ল নশক সিনি হাঙৈবদি
তাইবং মিয়েং লম্বাদ লোৎলিবনো নহাক?
ৱারে নংগী নকাদ জীবশিংন চংজনৈ
মুডাইর'স্তু নডোন্দ পাউডাকফম্বু ওইনৈদো।
নংগী নরোং নতৌন থোৎন মেংন লৈবন
শকরোং মূর্ত্তি পাল্লগ মুংশি লাডোন লৈতব
খুৎন শোকপ ঝিবন নশক লোৎপ্রা নিঙিনে।
নশক লোৎকে লোচৌ-ও নরোং তাক্লোই তোকচৌ-ও
তাইবং সৃষ্টি খুল্লিব লংলা অহু নহাক্রি।
মহৌশাগী ৱায়েনবু কাউগে নিংন চেনথব
তাইবং মাথিৎ অহুবু নংগী খৌরি পিটিংন

য়েঙ্‌বদ মিংশোকপ শাগী জাত্ত অমনি।
মমা হেক অপোকপীবু থীন তৌব মীহুবু
করম হাঙ্গৈন নহাক্ল মীনি হাঙ্গৈন খনগগে ?
মীরৈপাক্ল হুডাইব চিনগী ব্লাব্লী হাঙ্গ হুনি,
ইরৈপাক্ল হুডাইব পুক্লীং হকচাং ফাওইদো।
মীরৈপাক্ত লৈবদি খাম্বীনুংদ চংগুম্মি
ইরৈপাক্ত লৈরগ থব্লাই হকচাং চাউব্লকই,
লাপ্লে হাঙ্গৈব লমদগী ইরৈপাক্ত লাক্লগ
শিরোই নারোই ব্লাখন্ন মতোমতবু লাক্চৈযে।
মাতৃভূমি কৌববী চাযোকফবী ইমা-ও !
মাগী স্বর্গ কৌবীন ইমা নংবু হেন্দেনে !
পাবিজাৎকী লৈনমদো কল্লতরু মহেদো
চাজনিংদে নম্নিংদে পামজদেনে নচান,
ইমা নংন পিজব হৈখা অম চাবন
নপাব্লিগী থব্লাযসে হিংগদবোই থঞ্জেয়ে,
ইমা নংন চিনবিব মনমদ্রব লৈবাংদো
মাতুতন নচাগা থম্মোই মকা লামজৈয়ে।
মীরৈপাক্কী ফজব ফুরা দোলান অচৌব
ভস্ম পাউদি মখোইগী ওকপ ওনথেং য়ৌরব,
লৈজনিংদে পামজদে পুক্লীং হকচাং পাইখৎলি ;
ইমা নংগী নতমদ ইগী থাংগোক অমদ
তাইবং যাবেন হুকপন পুন্সী মখোক লোইজেযে।
তীর্থ হাঙ্গৈব ন্ধবি লৈ ; পংলে হাঙ্গৈব মীহুন
পুন্সীচুপ্ন তাঞ্জব সনা লুপা মখৈবু
লোইন চাদিং ভোহুন তীর্থ থিব চৎপ শাই !

অহুবুনে পন্ডিদা, তীর্থদগী হেল্লবী
শেংবদগী শেংলবী মমালৈ'গী তম্বাক্ত ;
হরি মন্দির অশেংব লৈরিবদো উত্রবোই ।
হরি মন্দির যাওদন কনাতীর্থ কৌগনি ?
হযেং শিবে হাঙ্গৈযগ মাতৃভূমি তম্বাক্ত
হরি মন্দির মনাক্ত পুন্সী পোলোয় তাল্লগ
ঐগী অম্মা অহুন হবিচবণ ফংগনি ।

মাতৃভূমি লম্নেনবু সম্মান্দুন হরিন
পুন্নীং হকচাং লৈতাব ঙমখৈ থেংন য়োহুন
পাম্বোম ব্রাংন থাঙ্গৎলে জগোই লৈন শাম্নক্লে,
খোল্লে ব্রাংন থাহুন ঈশৈ শকপ হৌরক্লে।
হবিপিজা গোপশিং ঈশৈ অহু তাবদ
মযেক পদ ব্রাত্তন খোঞ্জেল ব্রাংন খুম্নক্লে।
স্বকলয লময়োব সারিগম চপচাব
তান্নপুব খোম্বাংদ রাগচুম্ন শক্লিব
নিংথিজব ঈশৈদো শরৎঋতু থাবক্লে।
হে ঋতু-ও অথোইব, তাইবং মাথোক শককমদ
নুংশি মমি তাববু ঋতু নংন মিতম্বা।
মহৌশাগা চেমাইদ নংগা মিরেল্লকপদ
মপুংফাব শাবান্দ প্রেমগী লৈহি চুম্নকপ
শাবীশানৌ ময়ামগী নুংশি ঈথৌ লাংহনব
ঋতু নংগী নথৌনি। কলাগুব থানিন্ন
অতিযাদ ঙানবন পামুকাদ যৌনিংবী
প্রেমিকাগী পুন্নীংদ আঙসায় ব্রাথনগী

শেৎলগ চার ঐখোইন কজরকপ মতৌদো
য়েংলগ হো অহনও। পুক্নীং পেনব ওইসিদো।"
"চরোদা হৈ অঙাংসে" শাউন খুম্মি নিপাদো
"মনপমকস্থ কোক্লিব মতিন্নকস্থ কংদ্রিব
মাগুম গাগুম্বনস্থ করেম্নরি ঐঙোন্দ,
কিন্ন থক্ত লৌবদ কেমগদব খংদশাই।"
পাউখুম্মিরে গোবিন্দ "শেৎপ য়াব ঙাক্তনি
থোনব য়াব মীথোইনি। নংগী ক্বিরেন থিবিক্লো,
শেৎপিরদি ঐখোইন পুরোন তরামরিন
লংজখিব পাপশিংদো কোকচগনি নশাগী।"

শাউই হাঙ্গৈদ নিপাদো ব্রাহৈ অসি তাবদ,
শঙ্কৎলকই মিৎ অনি—কোরি মচু চেল্লকই,
লফু লেত্রা পাম্বীদ মালং চৈফু য়ৈবদ
ফেৎ ফেৎ নোম্ন নোংদোন্দ শাউন কাম্ন য়েংবগুম
ঙাংলব মিত্তুন তুমসন্থ হাঙ্গৈব মতাগুম
কৃষ্ণরোমদ য়েংবদো করি হাঙ্গৈন তমগনি?
পাম্ব কৈরেন লাবন লংনরকপ লমহুইন
কহি থোক্ল থি-খাবু কাম্লকপহ্ মানগদ্রা?
মাগী মতৌ উবদ রাখাল কৌজ মপৈদো
থিক থিক থিক থিক নোক্লকই, অঙাওবন লমজাওদ
ফৈরেং চুরেং চৎপদ খোনাইদগ অঙাংন
চেক্লুম জাংড়ুম লংডুন নংনরকপ মতৌগুন
পংনথিরে মহাকপু। লোইরে লোইদে শাউৈন্দী,
পাংব নপাম্নান্দুন থোবী কন্থি থোংক্লে।
পাহিং পুদোহ্রৈ চংবদ পশং খাম মপুন

'তিযা শন্ন নোকপদ থাজতাথি মকুন
খোল্লাউ থিন চৈবগুম কৃষ্ণচন্দ্র যেংহ্নন
ধোবী মীচৈ জবাল্লে। চৈবতন পেন্দরে,
মংদ তাব শিংতেকস্ত খুৎন লাম্ন লৌরক্লে,
নাক্ত লৈব উতেকও ভুংদ লৈব মুংহুম-ও
অসি অম লৌখৎলে অহু অম খুনগৎলে,
কৃষ্ণতম্ন হুল্লক্লে রাখালতম্ন লংলক্লে।
শাউই শাউই নিপালে, শিউ শিউ হাঙ্গৈহ্নন
অমদ অমুক হুল্লি অমদ অমুক লডি,
হুনবতদ হুমাংন মশাপুম্ব চোৎলক্লে
লংবতদ মপাঙ্গল মরাই চাঙ্গৈব হৌরক্লে।
মাগী মতৌ উবদ, হরি পুরৌং লকাদ—
নিপাসিন হিংবগী মালেম করি কান্নরি ?
হাঙ্গৈব ফৌরোয় লাক্তুন মিম্না নয়ন থম্বান্ন
কান্নে'মুক্ত য়েংবদ নিপাহুগী মশাদ
মুমিৎ তরানিথোইগী তেজংশক্তি মৈশারে।
ওলাংথান লাকপদ লমজাউখোনগী মৈন্নান
চিংমাইতক্ চাকপদ ধোবোন মপান ভুম্বগুম
রজক ধোবা অচৌব হুকচাং যাওন ভুমখরে।

শিনে ধোবী অম্নম্ন। হরিকাদ লংজব
পাপী মথৈ পোলোযদ দশা অসি কংগল্লি,
হন্দঙদ লানবদি থরাইমক্তি মাংলোইএ,
নহামুক্কী ফরঙ্গ শাযোনখিব অমদ
হরি পুরৌং লকাদ তাথি শৌবু থাকখিব

মহৌশাগী তম্বাক্ত অমুক ইম্না পুঞ্জিল্লি।
ঈশৈ নংবু খংদব কনাদি লৈ জগত্তা?
ঈশৈ শক্তে নিপাসে হাঈনবদি রারেংদি
মরম কৌব লৈতব চিঙ্খিবগী চোইরোন্নি!
থরাই পান্ব জীবগী অরা নুঙাই পুংজাদ
পোত্থানকম খুদাদি নংবু ওইয়ু হাঈদুন
তাইবংপানব মপুন শেম্নকমাল্লে নহাক্নে!
নগুণ চাউব ঈশৈ-ও। থম্মোই লকা য়াওদব
তুমিল্লেব নুংমকস্থু লেংহল্লি-এ নহাক্ন!
খংলে নংদি ঈশৈ-ও। তাইবং মীরেন ঐখোইগ
মহৌশাদি লৈমগ থাম্নদন লৈনব
তাইবং থৌদা মপুন মতম চান লাউরকপ
অমৃতন থল্লব নোংদোন লাইজ ঈখোন্নি।

চংলি মতৌ অস্নন্ন মধুলমগী সড়ক্ত
হব্রাউ তয়াম লাংলব গোপপিজা ময়ামদো।
মখোইহুগী মরক্ত রাখালরাজ ফিজেত্ত
রাম কাহ্নাই অনিন লাঞ্জিং পুরেন শাহুন
ময়াই কাব লমশাগী শাথেক শানোম তমহুন
চিংন লেম্ন লেংলকই। ওাহাক মতাং লৈরগ
লমদাং চাব লমনদ মপোৎ চাউন পুরব
নিপা অম লাক্লম্মী। মহাক্তদি কোন্নুংগী
লৈম নিংথৌন খোন্নব কাগী মখৈ ছুরিব
তোলোপ চাউন চান্নব ধোবী পুরেন রজঙ্কি।
মাগী পোৎগ্রোম অত্নদ মমল য়াম্ব ফিগাজাৎ

কুম্মৈ ফিযোং থোক্লগ  নিংথৌতন থোন্নব
লৈমতন ইন্নব মণিমুক্তা ভাক্তন
কামগী লৈতেং ওইরব,  কব্রংমুগা ফিরেন্ন
পিকপু থন্ন য়াওব্লিএ।   মহাকপু হেক উবদ
য়াৱা খোঞ্জেল পিক্লব খোইথুন্নব রাহৈদ
রাখাল মপু কৃষ্ণন  অথেম পাউমেন থারকই,
"হা তাদ-ও মকপলোই।   নংবু কৈদ চৎকগে?
ননমগন্দ পুরিব পোৎযোমতুন  করিনো?
ভাহাক্তদি পনখোদা  ৱারী পুঙ্গোই হুক্তুন
'মতম কোঙ্গাই অমত্তং লেনখিসিদ নুডাইন?"
মাহু তাবদ নিপাদো  থোঙ্গিচৎপ মপুক্
হন্ন মক্ত রেংদন  জবান পাউখুম পিরকই,
মাগী মপুক অত্তুদ  মীন্নুংশিগী ঈরাবু
লৈরিক'মকাও লৈরমদে  ফত্তে হাঙ্গৈদ নিপাদো।
"কনাগী নিপা মচানো?"  হাঙ্গৈরকই মহাক,
"কৈদগী লাকপ নান্নানো?   চথোকউ  তানিংদে,
ঐগী মাংদ থৎকনু, ধনুর্যজ্ঞ কুম্মৈগী
থোগন থোদা  পুরিব  থবক  চিনব ঐহাক্কি।
উদরহৈ নাগিত্তো  অসুক য়াম্ব ফিরেন্সে
লৈম নিংথৌ থোন্নব  পুরিবনে  ঐহাক্কা।"
পাউখুম্নকই হরিন  মোমোন মোমোন নোক্তুন
"নিংথৌ কিবু পুরিব  নিংথৌঙম্ব অঙম্বা।
'দোমগী ফিয়ামত্তুদগী  অফমথৈ খন্দুন
পিথোকসিদো ঐখোইদ।   চৎলি ঐখোই দয়ামহু
ধনুর্যজ্ঞ কুম্মৈদ,  ফজ ফজ ফিরেন্দো

কোরৌ মিতম লাকপগুম ভাণ্ড্রন্নব চিনবান্দ
খোইকম মিনোক হুন্দুন, অয়ুক য়াকাই থৌবুব
চেক্লাখোল্লে ওমজব খোইথুম্নব খোনহাঙ্গন
নুংশি লৈথোন হাপ্তুন কৌবিবক্লে হরিন,
"পাথৌ-ও তম্বুম-ও চণ্ডকউ লাওনে ইনাক্ত,
সভা তিল্লি'ময়ামসে ঐগী মবাপ ডাক্তনি
নংস্থ য়াওব য়াগনি অমত্তনি ঐখোইদি,
নংন ওসি পুরকপ লৈরাং অসি উবন
ঐগী পুক্নীং পেল্লেনে। হাঙ্গয়ু তাসি মবাম্লোই,
কোলোয় করি কৌবগে করি লমদ লৈবগে?"
করি থবক তৌহুন তাইবং শিম্বা শুবগে?"

চানবিগী ব্রাহ্নেন থৌনা চক্‌হোইরক্তুন
ইপাম্বাগী নোংজান 'ভিয়ামচু শংবদ
য়াৱা মখোল্হোক্লকপ নোংগোবীন তৌবগুম
হ্‌াদি চিঙ্গোই মপাউবু তমজবক্লে নিপাদো।
"হে প্রভু জনার্দন! ননাই তোল্লব ঐহাক্তি
মিংন সুদাম কৌজেনে লৈগী মালা নোংহুন
লৈগী খুদোন শেম্বন ননাইগীদি শিনকম্নি।
তাজকরে মপাউদি জগৎমপু নারায়ন
ব্রজপুরী থাহুন মধুপুরী য়ৌরক্লে।
পণ্ডমগী দর্শনবু ফংজগত্রা খন্দুন
...মুক্তদি চেনদ খুরমজ্জৌনিংহুন,
...তোনব ভাং ওইবগা লৈজলাঙ্গন চৈনাল
...তনিংঙ ননাইগী মিংব পুক্নীং থুংদন

লৈজ ভমজ খরদং লৈগী পরেং পুন্নগ
খুদোন ওইন চন্নন্দ কঙ্চরিব অসিনি।
ননাই ঐদি ইবুঙো খংজদেদো কন্নিস্থু,
তোন্দ তোনব মালাকার শূদ্রজাত্ত পোক্লব
তাইবং মাপুমখরগী খোংনেৎফমদ ওইরব
ননাই ঐন কৎপদি ইতিক কনি ওইগনি ?
তাজকইদো রাবীদি, তাইবংজীব পুম্বগী
খোইজি নুংগী অথুপ্প উবিরিব নহাক্তি,
ননাই ওইব খিবিক্ক কৎলিমথৈ পোৎলমদি
অক্ক কত্ত খাঙ্গদন লৌবি হাঙ্গনে হরি-ও।
ইবুঙো নংগী চরন্স, জাৎ অজাৎ খাঙ্গদন
নিংজব য়াই হাঙ্গনৈনে—।" রাগী মখা তারুমদ্রে
সুদাম কৌব নিপাদো খুদক অত্থু মক্তুদ
মালেম লৈমাই লৈথক্ত রাত্তহুন তাখন্নে।

মাগী মতৌ উবদ নুংশি লাইজ ইপোম্ন
শুংদ ইহৌ কাহুন মাগী মনাক অত্থুদ
কাব্রদ কন্দদ চংহুন মাবু কোনখৎপিন্নগ
শ্রীহস্তন পাঙ্গহুনা লৌখৎপিন্নে হব্রিনা।
তীর্থ লঙ্কা মাপনগী তুংনকমদি ওইরব
পূন্য মক্ত পুল্লব হস্ত থম্বাল্লকান
শোকপিরব অত্থুদ চেতন পবৈ হুক্তুন
নিৎকী তারা অনিদ লাইজ ঈরা হৌহুন
চিংন চিংন হরিদ য়েংজন্নকই নিপাদো।
পাওমেন্নবিরে ভগবান চানবিওমথৈ য়োহুন,

মাহুগীদি মহৈন হন্দকসিদ মঙাক্ল
হরি অশাউ মৈশাদ থরাই হকচাং তুমখিত্রা ?
অসি মতুং তাবদ মপু য়াওদব ফিন
মাংদ লংন তাবদ অঙাং ওইব গোপগী
শেৎনিং চানিং পুক্নীংন হরি লকা মিংশেন্দ
মমি চাউন তাবক্লে। মনাইশিংগী নিংবদো
থুংহনবিগে িংহন ফিগী পোৎয়োম থোক্ন
লৌজৌ লৌজৌ হাঙ্গহন কোইযেন যেন্থোকপিবক্লে।
মমা মপা ওইবন কুম্মৈ ফিযোং থোক্লগ
মচাশিংগী দমক্ত মকি মপোন থোনবদ
অঙাংমচাশিংহন হবাউজব মতৌগুম
ফিবোন মযাম কংবদ বাখাল মচা মযামদো
হন্নাউ তযামজবক্লে। যেন্নৈ মুন্নৈ ফিযামদো,
পাম্মী পাঁমদে'খন্দোক্লৈ খৎনবস্থ যাওবক্লে
ইরাং লাংব মতৌন খোঞ্জেল' ন্নান্না থোরক্লে।
মতৌ অহু উবদ স্নাপুক্নীং 'তিন্নাদ
পেনবিবগী থন্নান্ন তক তক হুনবদো
সনামাঙ্গৈথোং থম্বান্দ লিক্লাই মণি ঙানবগুম
ময়েক লান উবক্লে। মতৌ অমুম তৌহুন
কংসরাজ পোষাক ফিজেৎ লৈতোন লোইহুন
ব্রজগোপ মযামদো খোঙ্গা যাত্রা খোংশাক্লে।

অহুগী তুং থোকপদ মতা চাব লম'মদ
পোথারিডৈ ময়ান্ন পোথা অন্না পোন্নব
ন্নান্না ন্নান্নী শারিডৈ খেক্ল লাউন নোক্ন

মুঙাইবিঙে মতমদ নিপা চংলকই,
শাবান্নদি মুতকপ ফিজেৎনস্থ মোৎতকপ,
যেঙ্ বদ মীযামগী হঙ্গোই পুক্ষীং পোক্ন
থৌরোই রাখন রাৎনবা অতোনবগী মীতানি,
মরেপ্তস্থ নেমতকই শারোংদস্থ পাতকই।
উহৈ পানব উপানগী লুক্ তাব মশাগুম
বিনয় নোঞ্জ পুকচেন্ন মাইথোং লৈদ যেংলম্মী,
মিৎলু নাপোম অনিদি তরং ঈরা হৌবন
চিংলোকচপকী ইফুৎকুম লেপ্প নাইদে ঈরিন,
চাইকং অনি অহুদি ঈবি চেনব চিংমাইগুম
কংব নাইদন চোৎলম্মী। লৈয়েন্দাই অমদ
লৈগী নাচোন পবেংন পিক্তি থন্ন হাপ্পগ,
কিন নোন্ন লাক্ন খোংথাং তপ্প থাংহুন
সভা নাকচি চিদাইদ প্পাপ্প কোইন লেপ্পগ
লৈগী সন্তার'হবু লৈমাই থক্ত থন্নগ
শাত্রাংনন তুহুন হন্নি তম্ন খুকুম্নে।
মাগী নোঞ্জ লৈখোন্দো হবি নুংন উবিরে,
হুদি শেংনা কৎপদো নারায়ন্ন লৌবিরে।
নিপা'মন অস্থন্ন লুন শেংব পুক্ষীংন
মাগী চন্নণ ভস্মকপ মতৌ অহু উবদ
মনাই ওইব ভক্তন খুহুম চনব হবিদো,
তুমিন লৈব উমদন্নে পেনবি লাঈজ্ঞ ইফুৎন
হবাউ ইপোম কাহুন মনাই নিপা অহুগী
মনাক ভান্ন তমহুন কাযদ কাযদ লেংশিল্লে।
নোঙাম্নদাই কান্দুদ নোংপোক টৌঙ্খে ফিহুপ্ত

ফদি ফরা শৈগাইন য়ুম্বান পোচ্চং মেল্লিব
য়ুম্বান খাংপোক অত্নদ তাইবং মপু হরিবু
করম পূজা তৌগবা, চিংন নিঙঙমদবন
পাযম শিন্থা লংলাগী শিঞ্জং পরৈ পুন্দুন
তঙক পিজা মিৎয়েংন পেহৌবব নিপাদো
লেপফমদগী খজিক্কং খোংকাপ মাতৈ কাংদরে।
"চৎসি লাওনে মরুপলোই মাংদ লম্বী চিংলোরাও,"
নিংথিজব খোল্লৈন চিঙ্গোই থৌনাবিবগ
মনাই নিপা অদুগ খুজেং পালোইনদুন
সভা ফৌজ মীযামগী মাংজিন নেতা ওইদুন
পুরীং মকা লামদুন লেংথোরক্লে হরিন।

সহর ওইব লমদগী খর চিদাই ওইরপ্ন
খুঙ্গং মচা অমদ সুদামগী যুম লৈরম্মী।
চংশিল্লক্লে ময়ামদো লৈরক 'সিনি হাইদুন,
'তুদ কোম্থোং যৌরগ অঙকপ'মা ওইরম্মে।
হান্ন যন্থী যনাইন পন্ন তাব লম্বদো
নুংন ইম্প্রি শিঙুন শিত্তি নান্ন লৈরম্মে।
শুমচারব হ্বাতন তেল্লি মাল্লি পুরব
লংথিল্লব যুমদুন মণি-মুক্তা থাম্লব
মপা লৈকা চংখোনব চেক্তা দেলান ওল্লম্মে।
রাংন শাবা চেকপম্ন মাইকৈ মণি ফোইদুন
হৈগাং লৈরাং পান্দীন ইংখোন থম্ন হৌরম্মে।
মানাই মাশান মগুন ইরাং লাংন নিল্লব
নতিন চাউন মুণ্ডানগী লৈখোন অম উবদ,

"হিঃ করিনে! অসিদে লক্ষ্মী শেরান্নবেনা"
হাঙৈব খোস্থাংলম্নগ চপ লেপখবে সুদামদো'!
মতৌ তু উবদ হরিন মোমোন নোক্লিয়ে!

হাঙৈরিঙৈগী মতমদ মীনাই মুবী মবিন
য়েত্ত ওইদ চপ্তুন সুদাম মাগী তালোইদো
মমল য়াম্ব কিরেন্ন কিজেৎ লৈতোল্লত্তুন
নিংথিজব পোৎলয় মী-ওক অর্ঘ্য শেমত্তুন
কাযদ কাযদ থোবকপ, চঙক কৈজ্ঞানরিব
মপুবোইব সুদামগী মিৎযেং লক্ষ্মী তারক্লে।
ঙকথি হাঙৈদা নিপাদো! "কবিনোনে ঙসিগী
ঐগী মাংদ থোক্লিব অঙকপগী খুদমসে
কনা মাষা তৌবন লংনবিব ঐহাকপো!"
অসি রাদি হাঙৈত্তুন মাইথোং লৈদ লুকখবে।
"লেংশিনবিযু হবি-ও! তোল্লবগী মবান্দ"
অসি রাহৈ হাঙৈত্তুন লাইবক ফবী মুপীদো
থুন যাংন লাক্তুন হরি চরণ খুরম্নে।
চেং যুবিনচিংত্তুং পুজরকপ পোৎযামদো
মথেন মথেন কৎলগ রাহৈ মথা তারক্কই,
"নংন ঙসি তৌবিব কৃপা অসি ইবুঙো!
নহান্নক্ত তৌথিব কনি পুণ্য মহৈনো?
হরি নংন ঙসিবু মধুখোংলেংলকপদ
তোন্দ তোনব ঐথোইগী লাঙৈব খাংপোকশংত্তুদ
পোথা-পারস লৌগনি হাঙৈব পাউথাং পুত্তুন
হরি নংগী চান্নবী ইমা লক্ষ্মী দেবীন
লেংবিরক্লে হাঙৈবগ ভাণ্ডারীবু ওইহিবে।

"হে মরূপ নহাক্কী নয়ান নকাদ ঙসিদি
দিনগী চয়া অমতং চাখিগেনে ঐখোইবু।
কোবৌ চক্র খোংলৈন মধ্যান পোথারকপন
লাম্ব পম্লেং যৌত্নন ব্লানরেনে মযামসে,
কদায় য়ৌন চংলগ নয়ুম নকৈ লিংলিব?
হাঙ্গয়ু হাঙ্গয়ু তয়ুম-ও? চয়া মতং খাংবদ
নংগী করি আপত্তি লৈবগেনে পাখৌ-ও!"
অতিয়াদ থোক্লিব থাজমনি মতুম্ব
মখোং পান্ন লাক্লুন খুবাম থক্ত তাবগুম
হরিজবান তাবদ ন্নুংঙাইজব খমথেংলে,
খুমজনকই নপাদো তনিক তনিক খোম্থাংন,
"ননাইবু চানবিব ঙমথৈ শৈতবে খংজরে,
অহুম্নদি ওইরগ অতোনব শুং ওইরব
লাঙ্গরবন লময়ৌব লৈতবন খমথেংব
ননাইগীদ হরিন দিনগী পারস লৌববু
মতিক চাত্রনে হরি ও। শুং ঐগী ইয়ুমদ
চানবদি হাঙ্গরুন্নু চংবতদ য়ুমক্কমদ
স্নান তৌত্নন শেংদোক্কে। অসি য়ৌন মাংখ্রব
ননাই ঐগী ইকাদ জগৎ মপু নহাক্ক
করিসনা কৌরোয়ন লুকহাবিগে নিংবিবা।"
মোমোম্নোকপ মাঙ্গথোংন পাউথুম্নকই হরিন
"করিব্রানো মরূপ-ও হাঙ্গরিবদো নহাক্ক,
অতোনবন করিনো অচৌবন কদায়নো?
চাউই হাঙ্গন পাম্লিবা জাত্ত চংখোল্লহুল
মীয়াম সমাজ ক্কমক্কমদ মকোক কান লৈরিব,

ময়খোইহুন ঐহাকপু করি মুংদ থম্রব—
মখোইহুগ ঐহাক্ক কদৌনুংদ তিন্নদে।
অহুগনে মকুপলোই তোন্দ তোন্ন তাথ্রব
তাইবং মীয়াম মীরক্ত কৌশিং হাবুম ওইহুন
মীনি হাঙ্গৈব মিথ্যেবু ৷ কংব মতিক চাত্রব,
মখোইহুন ঐহাকপু লুন মুংশি নিংজব—
মখোঙ্গতগ ঐহাক্কি তিন্নবনে খংজৌ ও!
ইনাকখুনব ঐহাক্কি ইরনলৈব ঐহাক্কি
হাঙ্গৈব মংকী নাপন্ন মখোই কাবশিংহুন .
পিজরকপ পোৎশিংদো কদৌনুংদ শোকচদে।
লৈতবন খমথেংব কৎনিংবদি লমযোব
বিগষ নোঞ্জলৈখোন্ন পুক্কীংশেংন কচ্চব
অতুগুম্ব পোৎলমদো—পোৎশক রায়োংক্রবসু
লাঙ্গৈবন পিবদো পুক্কীং পেন্ন লৌজেনে।
তোল্লি হাঙ্গৈন নহাকন পুক্কীং মখোই কাদন
ঐবুতবু নিংবন নংত ঐগী মন্ধপ্নি,
লৈতে হাঙ্গৈন নহাকন পিজনিংব পুকচেন্দি
অখাক্ক অথম লৈতব—মাহুতন ঐহাক্ক
পেঞ্জবেনে তযুগ-ও! চৎসি নংগী নরান্দ
লৈব খর অহুন দিনগী চরা মেন্দুন
ঐখোই ময়াম অসিন পুক্কীং পেন্ন চাজগে।”

শ্রীহরিগী অহুম্ব চানবি ওমখৈ য়োৱব .
রাইহৈপরেং তাবদ হুপ্তাইবদি পনয়োরে।
অহুন্নদি ওইরগ অরুংবম তাদব

মাহ্ লোইবে হাঙ্গৈরগ মখুৎমশা হামহুন
ফিশেং অম হোংলগ হরিগীদি খুযাদ
কুঞ্জহুন নিপাদো তপ্প তপ্প হাঙ্গৈবকই
"ননাই তোল্লব ঐহাকসে তোন্ন'স্থম লৈজগে,
'ফুবা দোলান ঐশ্বর্য্য লন্নথুম্ন থল্লব
থোইদিং মথাই অমত্তং পামজদেনে ইবুঙো।
মখোই অসি লৈবগ মৎন ময়াই কাহুন
হ'রি নিংব পুকচেন্দ অমাং তিঞ্জং লার্কনি,
শেগাঙ্গৈবব খাংবোক্ত মল্লফিজেৎ শেত্তুন
হাদি শেংন নংবুত নিংজবদো পিবিযু।
মপোক মপোক খুদিংদ নংগী চ'ন থম্বালবু
কোঞ্জহুন হদিদ তাইবং ঈচাউ [illegible]
অসিতনে ইবুঙো ফংহনবিযু [illegible]।
হরি নংগী কোলোযন তোল্লবগী মন্ত্রনি,
নংগী নখোং থম্বান্ন থুপ্প' ঐগী লম্হোইং
অসিদগী অহেংব করি লনবু লৈবগে ?"

চুম্লিনে হে সুদাম-ও। তাইবংপানব মপুবু
হদি শেংন নিংগাব কনা তাইবং অমগী
ত ন্নাৎ অপা লৈনগে অশি অনা নংবগে ?
[illegible] পান্থব লাপন্ন শাগোন যিঞ্জেৎ ওইহুন
[illegible] হুল্লব [illegible] ঐশ্বর্য্য
[illegible] মিংশেন মঙানওন তাইবং দিপ্পকহনবদো
[illegible] অপাব।
[illegible] লৈতব [illegible] নিমত্তানওন

অমক কালি চুমব লনগী লল্লেম্খোইবদি
তাইবংপানব মপুগী চরণ থম্বাল অহুনে।
মনাইগী পুক্নীং খংলব হরি-ও জনার্দ্দন
থুংহনবিরে নিংজব মনাই সুদাম কৌবগী।
খুদক্তদ ওকইদ। ইন্নং লংন কৈরম্ব
ফুরা দোলান পুন্নমক খংহৌদন মাংখরে,
হান্নগী যুম শেগাইব য়ুম্লান পোক্তি ওইরম্ব
লাঙ্গৈরবগী খুদমদো মথৈ শেংন উরক্লে।

মতৌ অসুম তৌহুন সুদাম বিদাই লৌঙ্গনরে
সভা ফৌজ লোঙ্গনন লেংথোরক্লে হরিন।
দিনগী চক্র খোংলৈসু সন্ধ্যা পুংয়ান তমহুন
নোংচুপ তিয়া ফিমাইদ লৈঙাং মচু চাঙ্গরগ
অস্তচিঙ্গোল্লোক্লুংদ কোরৌ পোখা রাঙ্গৈরক্লে।
শ্রীহরিগী লীলাগী লীলা পন্দুপ গুনব
মতাং অসি য়ৌবদ রারী অম লীরমগে।
মধু কৌব লম'হুগী সহর চিদাহ অমদ
মতোমতব্ পাণ্ডবী নুপী অম লৈরম্মী।
চহি বয়স মতাংদি যুবতীগী লক্ষন্নি
যেংবদদি ফিবমদো হনুবীগী মতৌনি
মখাং অহু কোনবন মাইন লৈপাক শোক্তনি
মনম অহু পোনবন উৎকী শায়োং মানখরে;
নহান্নুক্কী মপাক্ত করি পাপ্প, তৌবন
নুপী ওইবী অমন অসুক থীন পোক্লকপ।
মাবু মধুলম'হুদ কুবুজাদি নম্বোনবী

ইবেমদি মহাক্ন হেক্ত খোংদাবিবগ
ননাইগীদি যুম্নান্দো ফুন্না দোলান ওনখরে !
হান্ন অস্থম তৌরমদে, ইবেমগী কৃপান
পুকৈ লঙ্গে মক্তন মখোং পান্ন লাক্নন
অৱাং অপা মেনখরে ; তোল্লবীদি ঐবুস্থ
ইতা মিঙ্গৌ পিহুন ইবেমন চানবিরে।"
অসিন্নাদি তাবদ ওক্লম্নব নিপাদো
হরি কৃপা অর্থবু মযেক চুম্ন খংহুন
ওক্ত ফিদি য়েৎলগ মিৎলুলাইজ ইপোন্ন
চাইকং নাচোম থুমহুন ইবুঙোদি মহাক্কী
মখোং থন্বান কোন্দুন খোঞ্জেন ৱাংন কপ্লক্নে।
মনাইতবু চানবিব হ'ব মাগী কৃপাদি
মতৌ অস্থম তৌইদো। হাদি শেংন মাতবু
নিংজন্নব মীহুগী করি ৱাৎপ লৈবগে ?

মপু মনাই অস্থম্ন ওাহাক হুওাইনরগ
নিংথিজন শেম্নব শংলেন মন্দির'মদ
বামকৃষ্ণ অনিন লেংশিন্দুন পোথারে।
হৈরাং লৈবাং নিংথিব কজ-কজ পোৎশক্ন
পুক্নীং শেংন কত্তুন হরি পূজা তৌরকপ
সুদাম কৌব নিপাদো ফজে হাঙ্গৈনে মীযান্ন !
মশা অস্ত শেংদোকই ফিশেং তনহোং হোংদোকই
লমাহিং ফিন নমদহুন মকোক য়োন কুপশিল্লি
কিনা মতোন লেম্বনা খদাংচেৎপ্ন লাকশিল্লি,
ইস য়েংবদ নিপাদো বামন্নবু কৈদোনি ?

শঙ্খোদক পুষ্পোদক মতাং যেংহুন কৎশিন্দি
লৈ তুলসী মনান অবাইজে হরিবু
খুৎকী মুদ্রা শারগ স্তুতিবকই হরিবু,
কজে হাঙনে নিপাদো মপোকৎৈগী হৈ হুমগাই।
ঘণগী ঘিদ লুপ্পব বত্তি চামনিপানবু
মৈগান কন চুহুন আরতি কৎপ হৌজরে,
মাগী তালোই স্থমতী নুপী ময়াম লোঙনন
শঙ্খ মোইবুং খোংহুন আর্ত্তি মঙ্গল কৎচরে,
মরুপ পিজ্ঞা মযাম্ন পুংও ঝালও য়েহুন
হরিধ্বনি কীর্ত্তন মাঙকৈ রারা নিল্লক্লে।
স্থদাম কৌব নিপাদো লাইবক কৈদ হাঙনৈযে,
মাগী মতৌ উবদ পেল্লহুন লাইয়াম্ন
নোংদোন মাইকৈবোমদগী লৈগী নোংবু খিক্লন
হরি মনাই বৈষ্ণবকী সম্মান মনা পিরক্লে।

অন্নপূর্ণা লক্ষ্মীন ভাণ্ডারী থৌপুহুন
অন্ন লুকথোং হৌবদো নিংথিজন হাহুন
মুংমত্তুগী হবিগী পায়স লৌব লোইখরে।
সভা ময়াম অহুস্থ পুক্লীং পেন্ন চাহুন
পেনব ওমথৈ যৌহুন রারা নিনব খোজেন্ন
ধন্য ধন্য স্থদাম-ও থাগৎ কলোয় শক্লরে।
হরি সেবা লোইহুন স্থদাম কৌব নিপাদো
কৈরোই লৈকাই কৌরগ প্রসাদ অহু যেস্থোক্লে,
খ্বাইগী তুংদ মহাক্ল মাগী নুপী অহুগ
হুরাউ লুভোন বাহুন মহাপ্রসাদ খুগ্গরে।

"লাইবকফবী 'বেমখোই, মীবু নোক্লফদেকো !
তাইবং পানব হাঙ্গবসে খুবাক খুনমতগীনি,
ঐন লাইবক থিহুন ইশক থীন পোক্লকই
নংন লাইবক ফহুন নশকক্কন হৌরকই ।
থরাইদিনে লৈমখোই ফজ অথী নাইদেকো,
লুদ উম্ন কুপ্পগ ফজ অথী খাঙ্গবনি
মৈন রাখৈথ্রগ'দি থরাইতনি লেপ্কোব !
থরাইহুন শেংলগ ফজবদি মাহুনি
থরাইহুন মাংলগ অথিবন মাহুনি,
চম্প্রা কৌব হৈরাংদো মশক কৈশু ফজদে
মাগী নুংগী মগুন্ন মাবু হৈনি লৌখৎনৈ ;
হৈবোং কৌব হৈবাংদো মশক য়াম্ন ফজেএ
উরগদি মনুংদো তাইবংপান্ন চানদে ।
'পেম্ম য়েঙ্লোফবীখোই তুংগী প্রোম্লোয়-খঙ্দ্রন
মীবু থীন নোকনব চুরুংজনি তৌহৈদে ।"
অস্নি রাদি হাঙ্গহ্নগ থুন লাক্লে কুবুজা
তুংদ রারা নোকনব নাকোং থিংন ভাবকই ।

মন্ন [illegible] যৌরগ করি থল্লি কুবুজা ?
[illegible] খাংলকপ মীগী তাথি নোকনরা
[illegible] নৌনজি খোক্লবোক্তদো মাভোন্দ !
[illegible] [illegible] [illegible]শিংগী মথোন্দো
নাকোং[illegible] [illegible], ব্রজ শিংজা চৈনাওম
[illegible] মৈথবে । ভুংদ চাকপ মৈচাকন
[illegible] নাইখোং অঙ্গু ঝাইংলে ।

রাঙ্গিদ হেদ বিধি ও ?   কুপী ওইন পোক্লগ
শারোং শাহৌ শোইনাইন তম্নক্তুন নহাকন
লাকনবিব অসিদি তমথিবোইদা নহাকসে।
থুন য়াংন চংতুন কৃষ্ণমূর্ত্তি নাক য়োরে,
য়েন্দাইদগী লৈয়ামদো মথেন মথেন কৎলক্লে,
নিংথিজব পরেংন হরিকণ্ঠ লৈতেংলে।
৮ ধুপ-ও দীপ-ও চংখোম্ন মঙ্গল আর্ত্তি কৎলগ
মূর্ত্তি'তুগী চবন্দো মথুৎমক শোকচরে,
'তুগী মতুং অতুদ শাম্ভ্রাংনন খুরম্মে।
করি হাঙ্গিরকই কুবুজা "প্রাননাথ ইবুঙো।
কুজা লাইবক চাউইন নংবু পূজা তৌজব
ঙসি'সিন লোইজনে।" অসি রাদি হাঙ্গিতুন
মোমোন্নোকপ মাইথোংদো চিংন চিংন য়েংজরে,
মিৎলু নাপোম অনিদ তরং লাইজ শিন্থরে।
লাইদকথিবী কুবুজা অতু'মতুং তাবদ
থুন য়াংন খোংথাংন ময়ুমদগী থোরক্লে,
লম্বী কথা লাম্তোক্লে লৈরক কয়া হুন্দোক্লে।
সহর মপাম্লাক্লগা লম্বী চীথেক অমদ
উমং মথা অমদ গুহা অম লৈরম্মী।
গুহা অতু দতুন চংশিল্লকই কুবুজা,
চেরু কৌঙ্গিব খোংবান্দ তপ্প তপ্প কাখৎলে
মিত্ত উবা চেন্দুন ঈশিং মাঙ্গিকৈ য়েংলগ
"পেল্লো বিধি নোংন্দ্ব কুজা এবু লাকনবা"
অসিরাদি হাঙ্গিতুন চোংথরগে থৌগাঙে।
থুমক অতুংকদ ( চেকই করি মতৌনো ? )

হাঙ্গৈব মিংথি মিনোক্ন মীপুম থিংন নোক্নবি।
ন্নান পানবী কুবুজা মীন ঙাংব তাক্সদে
লক্ন মিংথি অপুম্ব থম্মোইন্নুংদ খাংলম্মী।
পুন্সী শিন্থা অতোপ্প মাগী থোইদোক লৈরমদে,
মাগী মরান অদুগী চিক্ন লৈব কা'মদি
য়াম্ন লুন থমহৈএ, নিতি ওইন তৈথোকচৈ
নিতি ওইন নান্থোকচৈ। ময়াই'দুদ নিংথিন
আসন অম শেম্লগ, নিংথিজব কৃষ্ণগী
গোপী থম্মোই হুরব শাথেক অহুম থেকইব
ত্রিভঙ্গদি মূরতি—বংশীবটকী মথোংদ
রাসকুম্মৈ তৌরমদাই, নোকক্নেৎ কাংব চিনবান্দ
মূরলীবু খোংলগ ব্রজগোপী খিবিকপু
গৃহকর্ম্ম থমত্নন লাক-ও হাঙ্গৈন কৌরকপ,
সংবান্নব শামরায সনা ফিগে কুঞ্জাদি
খুদোন শোক্ন থোল্লিব পুক্নীং হুরে হাঙ্গৈরিব
বংশী ধারী কৃষ্ণগী বংশী পাঙ্গৈব মূরতি,
নিংথিজন থম্নগ ঈড়াচ্চৈয়ে নুবাদো।
কনানস্থ শাবিব কনানস্থ ভম্বিবা,
ভক্তি লম্বী মাপনগী কন্নি ভাবপু পুত্নন
নুপী মান হরিবু ঈড়াৎলিব অসুম্ন!

সন্ধ্যা পুঙ্গোই য়োবদ লাইবক চাউবী মুন্নাদো
ঙৌবে হাঙ্গব ফিঙৌন কোক তোনশুন কুপ্তুন
মমাই'দুদ চন্দন্ন ঙৌন লুন থিন্দুন,
সন্ধ্যা পুঙ্গা'দক্ক লৈগী থেন্দাই অমদ

মথন মখা · অয়াম্ব লৈবু থন্ন হান্নগ
তথু তথু খোংথাংনে মরান তম্ন হল্লকই।
মাবু ঙাইরম্বদৌন লৈকায়তুগী মনুংদ
মশক ফজৈ হাঙ্গিতুনা মিংচৎলবী কাংবু'ম
লৈরম্মিএ ফমতুন, মাবু হেকপু উবদ
মখোইতুগী মরক্ত নুপী অম খোরক্লে,
অপনবদি লৈতন কুবজাদ হাঙ্গৈরকই,
"খোইনৌ ইতা শকহেনবি। ইতাগী শক অসিদি
ফজৈদকো য়েংবদ। মথুরাগী মনুংদ
পাগদব ইতাবু কনা লৈগে থন্নসি।
কোন্ন হৌব শাথেক্তি কামগী লিরুং ঙমজনি,
পোন্ন হুনব নম্লেন্দি সনজিংন কৈদৌনি?
কুচুতুন ইতাগী কাংচেৎ মান্ন লংবদি
শকয়েং মিংশেন চৎনরোই, ইতাগীদি হকচাংদ
হেক্ত নরুকবগ নতাখোইগী মিরেন্দো
মন্ন' অহিং ফাও'দবু ইরং লংনে তারিনে।"
হেক্ত অসি হাঙ্গৈরগ নুপী গয়াম অতুবো
খুবাক রারা খুতুন ফাক ফাক লাউন নোক্লক্লে।
নোকপদন তোক্তুন নুপীশিংদো ঙকইদ
অম হেক চংলকই ফিনা পাঙ্গৈতুন চিংবিরুই
অম অমুক চংলক্তুন কিনবু হেক থিনবিকই
অনি অম চংতুন লেংবু হেকপু থেঙ্গাইবি।
অতুদগী কুবুজা থরাই শোক্ল খনথ্রবোই,
চাইরুং নাপোম অনিদি পিন থুন্ন চোত্তুন
খোঙ্গেন রাংনে থাহুন লরুবদো খুম্মক্লে,

লৈগী শয্যা থাজরে। রতি ফৌরোয় ইপোমদ
শাথেক কবী কাওগুম লোইরোই লোইরোই ইবোইন
থংলেন মাইথোং থাজদ খৌরাংলবী নোংম্বিনগুম
নুংশি খোইহি চুপ্তেন পামু সেবা থৌবাংলে।
নুংশিপুরাণ চামবু চিন্দ লোই- পুবব
শাবীপুক্লীং ভম্বদ লানবা লৈত্ব হৈশিংব
মদনমকপু হেল্লব মদন মোহন হরিদো
কামগী লক্ষন থিবিক্কী পোল্লোন কুপ্প চিরোল্ল
মুংশি জগোই লৈথেক্ত তানগ মেনগ চুনন
নুংশিকাপ্প উত্তুন প্রেমিকাবু পেনহল্লে।
নুপীরক্ত কুবুজে। লাইবকযেদ নহাক্সে,
করি মপোক অমদ হরি পূজা ভৌতুন
কওওমত্রব হরিগী নুংশিননা কর্লবা!
অসিতগী ৎইরেকো নহান্মখৈ নহাক্ত
থিন হৌব শাবান্দ শোইনাই হাফু হাপ্তুন
চেংলৌ ফিখুম মন্নুংদ মতম কুইন লোৎলুবা!
ইপাহ চাউবা লৈরাংন তাইবং খুৎশোক বিত্তুন
ঋতু পুংজা চংত্রিতৈ কুয়োম্মদ লোৎপগুম
রতি লৈথেৎ কোন্নবা থুরা নংগী নমত্তু,
মাগানচান উরগ মাংথোকথিন বিত্তুন,
পামু শউম ফংাদ্রিতৈ মতম বোলাইচুপ্পসে
অপি বিহুম মন্নুংদ থম্মুবরা লোওনা। ৮৬৬

*ইতি শ্রীকংসবধকাব্যে যাত্রা প্রসঙ্গো নাম পঞ্চমঃ সর্গঃ।*

---

# কংসবধ

সর্গ তরুকশুব

ইন্নুংঙুন লেনবদ কোরৌ মিতমক্রিঙৈ
কাক্কী পাউজেন অহানব য়ারা মখোন তাত্রিঙৈ,
অয়ুক য়েন্দা য়েল্লোইব ঙল্লে হাঙৈব পুংফমদ
শয্যা চেপ্পফমদগী লেম্ফৎলকই নিংথৌনা।
পুক্নীং তয়াং তশোইন থৌগন মিৎশেন য়াওদন
কায়দ কায়দ খোংথাংন শঙ্গাই মাঙোন তম্লকই,
মাঙোন দাড়ী চিদাইদ খদাং খুৎন মেত্তুন
মিৎম্না নয়ন লম্বীদি লাপতক তাম্ন য়েংহুন
মাইথোং হাইরপ লাংশিন্ন রাখন থুর্জি লাক্লকই।
মথংগীনগী অসুম্ব থোকখি শউম তাবদ
খুয়া থৌগন তৌহুন খোইরেন তুমখুন হুল্লম্বী
কংস তালোই অতোম্বী-প্রাপ্তি হাঙৈবী রাণীদো
তথু তথু হৌগৎলে, মপুরোইব নিংথৌগী
লোম্নিন তুংরোই লাক্কুন নিংথৌ মাগী মকমদ
চিঙোই মপাউ মেঞ্জরে, "হাদ প্রাণনাথ-ও।
ঙসি কন্নি মুঙোন্ন নিতি শিঞ্জাং নত্তন
য়াঙ্হৌ মতম থুগাইন মীচম মীগ্রান মতৌগুম
*শয্যা চেপ্পকমদগী লেম্ফৎখিব কন্নিনো ?*
মরম অদো নহাক্ক ননাই-হুঞ্জা ঐঙোন্দ
তাকপিয়ুবা ইবুঙো।" তুমিন লৈএ নিংথৌদো,

তুংদ নিপা অমন মাগী খুজেং পাঙ্গিহুন
তথু তথু খাম্মকপ কনা তমগী নিপানো ?
হন্ন যেঙি কুবুজা, ( ফজৈদকো মশক্কো ! )
ইপান্থাগী অয়ুক্ত ফুইন হৌব নোংগুম্ব,
স্নাদি দন্ত পবেংন নোংলক পাঙ্গিব উরোক্কুম
লুন ঙৌন ফজব, মিৎস্না নযন অনিদি
অয়ুক কোয়ৌ মিরেন্দ য়েংজহুন শাচ্চব
শিঙেন থম্বাল্লৈরাংগুম মকালায় নোক্লকপ
কৃষ্ণচন্দ্র মাইথোংদো ঙান্থোইহ্নুনা লৈরম্লে।
হরিন'স্থুম শোকপদ খংহৌদেদা মুপীদো
হান্নগী শাবান শোইনাইব থুনমক কোকথরে !
খুৎশেম হৈব বিধিন চেকশিন্নদি শেমজব
কিজিলনগী মতৌগুম—মান লুন তৌরব
মথক থোংব নিপাদ খুদোন কংকে থম্বগুম,
ঙমখৈ লৈত্ত্ব চংখোনব কামগী খুদিন পখেন
কায়াৎ শিংবুম লৈতেংবী নিংথিরবী মুপী'মা
কুবুজান ঙল্লকপ ঙকথরেদা করিনো ?
হরি মাগী করম্ব পুন্নীং ফৌরোয় তাবন
মতাং অসি যৌবদ কুম্মৈ অসি তৌরিব !
মমাঙৈদ কবম্ব রাশক কোঙ্গোই হুকনব
পন্নখিব লৈবন কুবুজান অসুম্ন
হরি থৌজান ঈরাবু চাংজৌ পাঙ্গ ফংখিব !

মুরা লাইবক ফবীদো তগুপ তবেং নয়ম্ন
হরি মাইথোং থম্বান্দ চিংন চিংন য়েংহুন
খৌরাংলব খোইমুগুম লৈহি পেম্ন চুপচবে !

কামগী ঈখৌ লাংবন থম্মোই চাজুম হাংহন
খোল্লৈকবী চেক্লান অয়ুক য়াকাই ঙংবগুম
মতেক মতেক খোন্থাংদ চিনগী নাতৈ কাংলকই,
"থংলেন-ও পাম্মু-ও! যুবতী ওইবী ননাইন
রতীপাযম কৈবাদ নোংগোবীন তোবগুম
নংগী প্রেমগী লাইজবু খৌনাউ কংন ঙাইরকপ
চহি কুমজা যামথ্রেদা। ঙসি কৌব কোবোদ
মুবা লাইবক চাউবীগী মোল্লু ফিথুম হাংহন
নংগী চেংলৌ থম্বান্ন হৃদিবগী ঈয়াইদ
মবা কন্ন শাৎপিরে। চরৈ ফিগাউ শাহুন
নিজরগে ভিক্ষাবু, প্রেমবস্ত চেংজেন্দো—
ফিগাউ থন্ন হাপ্লিরো। প্রনয ঈখৌ লাংজব
মুজা ঐগী থম্মোইদ শান্তি ঈরা চাইবিবো"
অসিরাদি হাঈহুন মুরা মাগী পাম্বোন্ন
তাংজফৈঙ্গিনহুন থংলেন কৃষ্ণচন্দ্রগী
কতিং চেংল খ্বাংহুদ নিংথিজং কোল্লগ
মঃানতান্ন হৃবিবু পুশিঞ্জরে নুঙাইনা।

চাঈথখবে কোরৌম্মু! মুরা অহিং কৌবীগী
প্রেনগী বাসর লৈকোন্দ থাজ মাঈথোং ফল্লক্লে।
প্রেমগী নাট্য শংলেন্দ অভিনেতৃ হৈশিংবী
শকহেল্লবী মুপীদো নিংথিজব কুঞ্জদ
বাসব ভবন শেম্লক্লে। সনা ফিগে মক্তন
মোম্ভেক মোন্নুন ভুথ্রব, কন্নং রেশম ফিরেন্ন
শয্যা-মোম্পাক ওইথ্রব পান্ন' পান্ন' ফিতন
কৈজুপ হাকথং শেমহুন পুন্নাং হুন ফজব

মুনি পাউথুম লাক্লিভে মুবা মাস্ত হথুন
মুনি চরণ খাদুদ মংলেন অম লৈ রক্কে,
"হাদ ঋষি দেব-ও। রাবী অসি তাবদি
ননাই ওইবী মুক্তাগী খোৌবি চরম কঙেদা।
তোল্লবীস্থ ঙসিদি মং অমগ মংলম্মী—
নিংথৌগীদি মংলানগ ননাই ঐগী মংসিগ
কাংন লাকপ লম্বি'নি লম্লোং'মদ তিনবগুম
ফলগী অর্থ মান্নথে। তাবিষুনে ঋষি-ও।
অষুক ওইন তৌইনে অঙৌব কি শেম্ভুন
সঙ্কব সদা শিবগী সেবা থৌবাং লোইছন
তবিৎ তবিৎ ঐহাক্ন কোন্নুং তন্ন লাকপদ,
কোন্নুং কোইবী লাইবেম্বী বাচ্চলম্মানি হাঙ্গদা
নুপী অম লাক্কুন ননাই ঐগী শিংথেন্দ
ঙাংন তৈব শিন্দুবদো মথুৎমক্ক মুথৎলে—
'হাদ'পবি অঙাওবি! নুথা ওইবী নহাক্ন
মাইথোং শিন্দুক্ন তৈবদি তৌইহৈবরা কবিনো,"
যাক্নে হাঙ্গিব খোম্থাদ হাঙ্গিবম্মিনে এঙোন্দা।
খুদক্কুদ মংলান্দো পরৈ কোঙ্গোই থোক্কুন
মালং স্নানবু লাকপদ থুন যাংন নিংথৌন
শঙ্গাই মাঙ্গোন ভমত্থন লেংথোকখিনে মুনি-ও।
ননাই ঐস্থ হৃদগী থুনা যাংন থোক্কুন
নিংথৌসনা থৌগনকু তৌক্লম্মিবা 'সিনি।"

নাঙ পাপী অনিগী মংলান অসি তাবদ
নিংগুংশিগী 'বাল মুনি থুদ কৌদক্লে
'আং কংস-ও তাক্কী লোক্তবাবাইরাপা পাপী'

ভাহাক উনবী লায়মদ রাখন মমি তারগ
নিংথৌবাণী অনিবু থেমজিল্লক্লে মুণিন,
"মং হাইবসে মংগুম্মি মংগী অর্থ লৈতে-এ
তাইবং মীরোইব'খোইন রাখন য়াম্ন তৌহ্নন
কোক'সি যাম্ন শারগ কৈরেং কৈরেং অয়ুম
তুম্বদ মং মংগল্লি। রাজরাণী অনিমক!
চিংনকনু কবিশু, হাম্ন তৌব রাখনগী
মমি ওইন লাকচব কাম্নদব মংজানি,
তুংদ মাগী থোইদোক্পা কলস্থ থকপু থোবক্লোই।
ঐন হাঙ্গৈগদবদি ঙসি নিংথৌ নহাক্কী
ধনুর্যজ্ঞ হাঙ্গৈবিব লুম্নে হাঙ্গৈব যজ্ঞসে
তেক্ক কাগদ অসিত তৌহৌনব হোৎনসি।"

মুণি যাথং তাবদ রাজরাণী অনিমক
পুক্নীং পোথা ফংজরে। রাখন পবিং তাহ্নন
মুণি চরণ খাহুদ হঙ্গৎলকই নিংথৌন,
"অহুবুনে মুণি-ও শাওনিংঙ্গ্রেদা পুক্নীংসে,
ঐগী ইস্মাক হাঙ্গৈবশা—নাৱা গোপ মচাদো
মানা হেক্ক লাকপগ ঐস্বু খেন্ন মৈচুরৈ,
চুম্ন লম্বা চচ্চব ঐগী ফিবু শুজব
লাঙ্গ্রব থোবাবু মানা হাক্তোকপিবেনে ;
তাবিয়ুনে মুণি-ও নুংশিরিব্রা খনবিয়ু।
অহুগস্থ অমগ ঐগী বাড়ী সম্বন্ধ
যতুবুক্কি ভোজগী অহল্লম্মন পুন্নমক
নারা মানা লাক্লগ হরাউ মখে লাংহ্নন

চাম্নথম্বী ম্নাণীন থরাই ম্নাওন হংব কাও'
খুম্নিংখিত্রে কংসনা. খোইরুম তাব চিনবান্দো
মৈশা ফংব লৈবাংগুম হাইফেৎ কংন লাংশিল্লে.
শমযা লাইপক অহুদি মরিক মরিক হুমাংন
মতম'তুগী লিক্লাগুম চোৎলি চোৎলি কারক্লে।
প্রাপ্তি কৌবী নুবা ও থম্মোই চৈ্রে কংশিল্লে
মথংলেনগী মতৌদো য়েংব ঙমদ্রে সতী ও,
করি তৌকম থংদন সাড়ী ফিজি পাঈহুন
হুমাং অহু তৈথোকচৈ, ফিজি মতোন অমন
হুমাই ব্যঞ্জন শাহুন থৌগঞ্জগে লাক্লরে।

কানগী মতম অহুদ নোংদোন মাঈকৈরোমদগী
সামগানগী ঈখোন্দ নাদ তোরৈ হৌহুন
বীনাযন্ত্র মখোন্ন তোরৈ ইপোন লাংহুন
দেব-ঋষি নারদ কোন্নুং তম্ম কুম্মকই।
শরৎ লৈচিন ঙমজব ঙৌরোক ঙৌব কুচুন
মাগী দেহ হকচাংদ পাপ্ন লৈতে তাক্লিব,
তম্ব মীরান অমদ মীচং মীখাই নাইদ্রব
পুণ্যচেনব ঋষিগী চেংলৌ শকফন উবদ
শঙ্গাই মাঙ্গোন থক্তগী তথু তথু থোংথাংন
চেম্থোরকই নিংথৌদো। মুণি চরণ শোঙ্ক্লুন
শজ্রাংদন তুহুন ত্তগুপ তপ্লেং খুবল্লে,
'স্বস্তি' হাঈব শব্দন মঙ্গল য়াথংবিহুন
খুদা ফম্মেন তারব মুণিগীদি চরন্দ
পুক্নীংদনা অৱাম্ব ফোংদাক্লক্লে নিংথৌদো,

"যোগীশিংগী অথোইব হেন্দ মুণি লাইরোইবা !
ঙসিগীদি নোংজাদ কোরৌ মশক উদ্রিডৈ
দিনগী য়েন্থৌ পুংকমদ নংগী দর্শন ফংবসে
নুঙাইরেদ ঋষি-ও ! নংগী য়াথং ইন্দুন
ধনুর্যাগ কুম্মৈগী থৌরাং পোৎলম শুরেদো,
নন্দ গোপ মপারি কৃষ্ণ মাস্থ কৌকরে।
'ত্থদ ঙসি অহিংদ এৈন মংলান অম উই,
মংলানদ অদো চবন্দ হান্ন অত্থক লীখিগে
অফ ফত্ত মহৈদো নোংদম্বিয়্ মুণিনা।
পাক্লে হাঈব লম্মদ এৈগ লানবা পাবনি
হাঈব মতৌ শাত্থন গোপনিংথৌ মচাদো
এৈগী মাংদ লেপ্লম্মী। মাগী কন্থি থদৎকে
হাঈব কৌরোয় অত্থন লুখুম মোনথা থারম্ব
এৈগী থাংশাং লৌত্থন মাবু তন্ন য়াল্লম্মী।
খংদে মাবু করিনো, থাংগী শউম ফংবগ
হেক্ত মশক উরমদে, থাংন থাংখুম চংপ্রগ
হান্ন নৈব মফমদ অমুক হেক্ত থোরকই।
হন্ন হন্ন য়াল্লম্মী হন্ন হন্ন মাংলম্মী
এৈন পোত্থা লাংবগ হন্ন হন্ন থোরকই।
মতৌ অস্থম তৌত্থন থোম্লেন নিদ্রা তম্বাক্ত
ভাহাক্তনু পোত্থার ঘারমদেনে মুণি ও !
অত্থমডৈগী মতমদ অতিয়াগী লাইশিংদো
কোঈন কোঈন লেপ্তুন্ন কুম্মৈ অত্থ য়েংলগ
খুবাক্ক য়াবা খুত্থন নোক্লম্মী এৈঙোন্দা !"
নিংথৌমংসি ভাবদ মাইখোং মক্লে প্রাপ্তিদো,

'ঙুপী মান ৱাযেনব মনম তৎন থৈনিসে'
খল্লি সনা পুক্সীংদ। মাঙ্গু উবদ প্রাপ্তি
মমিৎ খান য়েংহুন মচেমহুদ চৈরকই,
"হাদ 'পংবি অঙাওবি। মপু ইঙ্গিৎ খংদবি।
যেক্ল নারা অহুগ সঙ্কি লংদাইরুরগ
ইপুয়োইব নিংথৌগী সম্মান মরাই চাঙ্গবনি।
অসিবুনে নহাক্ল অকবনি খনবশা
পাউতাক্লুব মুণিদ য়াবিগান নিংবরা?
তুমিন লৈয়ু অপংবী নংন খংব নত্তেয়ে।"
"ইনাও নংস্থ ভাওব্রেনা" পাউথাংলকই অস্তিন,
"অঙাং নারা অপিকপ ওইহুনস্থং হরিন
মাগ লানবা পাববু ভমফদেনে কনাস্থ।
অহুভৈদ বলিবু মথিক নেস্ব বামন্ন
পাতান তান্ন নমথব রারী অদো কাওব্রা?
পিকই হাঙ্গহুনস্থনে অহুগুম্ব বামন্দো
থোশাদব য়াবরা? অঙাং ওইগে ওইনিংব
অহন ওইগে ওইনিংব, মাগী ইচ্ছাচক্রদ
তাইবংপান্ন লৈনিব হনি হাংব লাই'সিগী
পাঙ্গল চাং থিবদি, সমক্রুগী চাংজৌবু
পথাপ থাগে নিংবগুম অয়েম্বনি খঙকো।
অসিগুম্ব হরিগ য়েংথিশাব মাতুগী
থরাই মোংকম চেৎকন্দে পুংশা ময়ুং শাঙ্গন্দেব"
মতৌ অসুম তৌহুন মচিম্মনাউ অনিদো
(পোকস্থ পোকমিন্নবনি।) তপ্প তান য়েংনরে।
মর উবা খায় খার্মজিন্নুনা নখোইবু

জবাল্লেহি চাইরকই, "হে দেবী অনিমক।
ওসি কৌব হুমিৎসে নপুবোইব নিংথৌগী
লুদ লুব হুমিৎনি। ওসি যজ্ঞ অসিবু
তেক্ত কাঙ্গদ লোইরব নপুবোইব অসিগ
পাবিনব জগত্ত লৈরবোইনে খণ্ডুনে।
অসি মবম লৈবন হুপী ওইবী নখোইদি)
খৎন মৈশা লাংফদে। •ংগী নংগী ইষ্টবু
পুক্লাং চেৎন নিংদ্রন নপুবোইব নিংথৌগী
যাইফ মঙ্গল নিজোনে—মচুতন নখোইগী
চৎকদব ধর্ম্মনি, ধর্ম্মসিত কাউগনু।
চেকশিল্লব মাচুগী খুদোংথিব লৈকদে
নপুবোইব নিংথৌন মাচুতগী থৌরাডি।
লাই হাঙ্গবিব জাৎসিদি মাবু কিব মীতদ
য়াম্ন তম্নগনবনি, লাইবু কিদ্রবদদি
লাইগী মথাই চম্বনি। হরি হাঙ্গব লাইদ্রন
পাঙ্গন চাউগে চাউসনু শক্তি কংগে কনশম্নু
নপুবোইব নিংথৌন মাবু লাইনি নিংলুদে।
মহাক্তগী পাঙ্গন্দো পাংশোইহনগে হাঙ্গিদ্রন
মহাক্তগী শক্তিদো শুদেক্রব হাঙ্গিদ্রন
চাউবে হাঙ্গব যজ্ঞসে নবুডোন লিঙ্খৎলি,
যজ্ঞও অসি লোইরগ 'নিংথৌ'সিগী মমাংদ
কেমংদব হরিনি মুন্ন খণ্ডু গুপীশা।"
'বৃষংবু লাই নত্তব করি রানো মুণি-ও'
হুংদ খনখি আস্তন রাহৈ নাতৈ অংদি
কাংজবদি ওন্দন মাইথোং লৈদ লুকখরে,

মথুম্মরাং হৌরিব তম্বদবু ঙকইদা!
উদ্ধব হোই অক্রুর হোই মাগী মিংদো শোন্দুনা
জয়গী কোলোয় শক্লিব—শাউনিংবন শ্বষি-ও
থম্মোই অসে অমুক্তোই ইপাম্বাদ নুংশিংন
চৈক্লু কন্ন শিংপদ চাংজো হুন্ন ঙাওবকপ
সমদ্রগী ঈমাইগুম মথক মখা ওনখরে!
চেংন ঐগী চারগ মীগী য়াইকনিংলিব
মখোই'সিগুম্ব'সিবু যোকক্ষরিব্রা য়েংবিযু।"

"লাইন পোকই হাঙ্গীদাইদো" পাউখুমলকই মুণিন
রাবী'হুন ঙাওহুন গোপ নারা মচাদো
মখে লাংব শাবনি। খোম্লাং মনম কোক্লিব
নারা অঙাং মহাক নংবু পাংব ঙমকব্রা?
নংগী বাড়ী সম্বন্ধ যদুবৃষ্ণি ভোজশিং
কনা'মত্ত নহাকপু নুংশিদব মরমদো
ঐন হান্ন তাকখরে। নিংথৌ ওইন পোকপগী
প্রজা যোকপ পুকচেন্ন মরান খিবিক মখোইগী
ঙাকপিকরে নহাক—অহুদগী অসিকাও
শোঙ্গথরক্লিবসিনি। করে অহু মঙাইরে
হৌখরব অহুগী অনুতাপ্ন, ভৌকদ্রে
শিখরব পাম্বীবু ঈশিংন'মুক হৌঙমদে।"

কানগী মতম অসিদ কংস তাল্লোই অহনবী
মহারাণী অস্তিদো থুন য়াংন চংলক্লে,
মুনি চরণ অনিদ মথুং শোক্ল খুরম্লে
পিক্ল থোকপ খোম্মোক্ত নোঙ্গ খোঙ্গে থাড়ুন

তপ্ন তপ্ন হাঙ্গৈরকই, "হে মুনি-ও অথোইব !
ঙসি লাইরেন নোংজ্রাদ মুণি নশক উবদ
পাপকী লৈখৈ চনখরে নিংজববী ননাইনি।
তাইবং মপু হবিদো ব্রজলমু থাহুন
মধু খোংদাবিববে। ইপুবোইব নিংথৌদি
মংকী ময়াই কাবন হুরি মাগ য়েক্লরি।
মমুং মপান উবিব লোইব হৌব খংলিব,
হে ঋষি-ও নহাক্ক ননাই ইপুয়োইবগী
মঙ্গল থৌরাংবিহুন হবি মাগী চবন্দ
পুসিন্দুন ননাইবু সন্ধি লংদাইবিবম্মু।
নিংথৌবুসু নহাক্ক অকজ্ঞানবু তাকুন
সংকী ওইব লম্বীদ থম্বিবম্মু মুণি-ও।"
সতী ওইবী অস্তি-ও! নরাহৈদো ফজেদা
তাইবংপানগী নুপীন নংগুম ডাক্ত ওইরব
কবি পৃথ্বী লৈমগী অৱা পোৎলেন হেনগনি ?
হুবু অৱাবনি। অরংবখৈ সনা নত্তে,
অভান মখৈ থাবল নত্তে - নুপী হেক হাঙ্গৈরগ
সতী ওইব নত্তেনে। জবাসন্ধ নিংথৌদো
হরি তাথি থোইবনি—নংদি মাগী মমৌম্নি,
কংস হান্রা কৈদৌন ? নংন মাগী তাদোইনি।
হুবু নংগী থম্মোইদি তীর্থ লক্ষা হেল্লম্মে,
স্বর্গলাইজামৃতদো তিম্নংদসু মখিকথৈ—
রাথনসিন ডাহাক্ক মুণি থম্মোই মুনখিথে।

শাউন যেডি নিংথৌন অস্তি কৌবী দেবাদ,

হেঃ থাজুন কান্নদে যজ্ঞ থৌরাং লোইখরে।
ক্ষেনকম কব পুংকমদ শোরগী কাংলোন যেংজুন
নারদদি ঋষিন যজ্ঞশৈশহৌ লমথাবে,
মাগী মতুং ইন্দুন বেদ শাস্ত্র মহৈদ
মপা লৈতে থল্লব ব্রাহ্মণ লক্ষ মরিন
কোর্ধৌক খুত্তা পাঙ্গৈজুন মুণি হঙ্গিৎ ভাইখরে।
কংস কৌব নিংথৌন মখুংমরু চংদ্ন
চংখোল্লব ফিরেন্ন বামণ মশিং শুনব
বরিফিবু যেঞ্জরে—বরিবদো লোইবগ
পূজাপরিং শুজুন মহৈ হৈব মুণিন
অগ্নি কৌব লাইজুদ ঘিগ চেংগ পিজুন
যজ্ঞশৈরান রা দৈরক্লে। অতুদগী বামনশিং
মখোইজুন পুল্লপ যজ্ঞমন্ত্র থিবদ
হৌরকপগী মনিন্দো করি অমুক হাঙ্গৈগনি!
পৃথিসিন লোইরমদাই প্রলয কৌব কুম্মেদ
সমদ্রুগী ঈশিংন পৃথিবীবু থুম্নৎকে
হাঙৈব থৌরাংলক্তুনা হৌরকপগী ঈরাউখোন
মাত যৌন হৌরোইনে। হেঃ হাঙৈজুন কান্নদে।
কনান হোমজৈ পাঙৈ ওনাদ শিংবু য়াংশিল্লি
কনান ঘি হৈজিলি ওনা চেং গাংশিল্লি
থাজুনবু ভম্মরোই। ইংগাং লাংদে পুল্লমক
ঘি চেং হৈ হৈ পিগ থজ্লে মশিংমত্ত রাংতরে।
নিংথৌনন মথুংন পাইজ্জ জল পাইজুন
মনাইশিংন পৌরাশি মানদরে লাইরেংপা।
দীবাম ভিনব হাঙৈদগে কুম্মৈং কুম্মৈ মঙা!

বামন মষাম অহুবো ভগ্ন তমগে তাবিয়্‌,
মখোইহুগী মরক্ত থরাই য়াওব কাংবুন
হুমাং তান হোৎনরি ; খর তনব কাংবুন
হকচাং ওমদে হাঙ্গৈবশা লৈথোকপসু য়াওরিদা।
মচিমদ খরন হিদাক নৈখু থক্তুন
মীগী অশোই অঙাম্বু য়েংব শাব তৌরি-এ,
অহন ওইবশিংহুন নহামথৈ হোৎনরো
হাঙ্গৈব থৌদা লাংহুন যজ্ঞকোমগী মনাক্ত
মখাং য়াইব হৌরক্লে। চিবোন হৈব কাংবুন
নিংথৌ লেংশিল্লকপদ 'থরাই য়াওই মাসিদে'
থাগৎল্লাহৈ পামহুন নোম্মি কিবু তাখৎন,
নিংথৌহুন ঙাহাক্ত শিৎযেং নাতৈ লাপ্পদ
হেক্ত থবক লেপ্তুন থৌশাদন লৈথোকই।
মতৌ অসুম তৌহুন মহাযজ্ঞ অচৌব
হৌগৎলকপ অহুবু থাহুনবু ঙম্মরোই।
পেরেশিঙ্গা মোইবুং নাম্না থৈফু খোংলকপন
নাকোং মেনব খাওল্লে। ঈশৈ শকপগী কাংবু
পুংথৈবগী কাংবু—মশা নাল্লব পালাশিং
মশিংথিব ঙমদন যঙ্গশংদ তিল্লক্লে।
কোর্ভান পাঙ্গৈবা লক্ষা'নি পুংথৈবন লক্ষা'ম
ভোণ্ডান ভোণ্ডান শঙ্খব পালা তবামরিনি—
পরেং চান লেপ্তুন থুমেন হৌব লোঙ্গৈহুন
সঙ্কীর্তন্দি অচৌব হৌগৎখয়ে ময়ামদো।

যজ্ঞকুণ্ড মনাক্ত হাংতক তৌব বেলিন

প্রাপ্তি মান অতুগ মুণিরাদো থাজরে,
জযবু কৌব অতুবু ওইবে হাঙ্গন নিংজবে,
মচিন্মনাও অনিদো রাখন কাওব তিন্নদ্রে।

অতুদগী নিংথৌন মাইথোং হাইফেং কাংতুন
য়াদি চিঙ্গোই মপাউবু মেঙ্গকক্রে মুণিদ,
"হুজিক্তিনে মুণি ও চবনখাদ অশেংব
রাগী পাবং হঙ্গৎকে। ঐগী ভসি যজ্ঞগা
আচার্য্যথৌ পুবদ মতিক চান থাজব
বামন ওইব অমত্ত উজব্রিদ্রে মিৎসিনা
বেদ মন্ত্র পুবাণবু মনুংথিৎন হৈবিব
যজ্ঞ পোরোন লৈবস্থ ময়েক কুপ্ন খংবিব
হে মুণি-ও নহাক চানবিতুন ননাইবু
আচার্য্যথৌ পুতুন হোমগী পরিং থাবিযু।"
অসিরাহে হাঙ্গৈতুন সনাটাঙ্গ কৎলগ
মুণি চবন খাতুদ মখুৎশোক্ত খুরদ্রে।
নিংথৌ মাগী ভক্তিনে মুণি মান ভাওবনে
যুৎ ওস্থোক্ত চাবেদ খুত্তা চার ফগা চাই—
লাইগী অফ রাখন্দো কাউথরেনে মুণিদো ;
'হন্দক যজ্ঞ অ'সদি হৈব মথৈ তৌগগে,
অস্থক ভক্তি লৈবব নিংথৌ মাগী ফনব
হোমাইরগে ঐহাক—শাইগীস্থ চাইন থোকপ
কুম্মৈ নেংগে হবিগী', লেপখৎ নে মুণিদো।

হে মুণি ও পুকফবা! হোইরা খৈদ নহাকসে!
ফুদোংদাব সনাওম অমাংছিত্র লৈত্রব

ব্রহ্মতেজঃ মৈরিন মৈচাক শোইনাইরক্রিব
শক্তি কনব নহাক্ত বেদ মন্ত্র থিছন
হোমাইরূকপ যজ্ঞদি কব্রি মণ্ডণ রাৎকনি ?
হোইদ হাঙ্গৈদ নহাক্ত যাখিবদো তাবদ
অতিয়াগী লাইয়ামদি চৎরে খেন্দোং লাংনরে !
কবম্নবু নহাক্কী হোমগী পরিং থাবদ
অশোই কুরু চন্নব হোৎনসিগে হাঙ্গৈছন
লাইযাম সভা তান্নব উরিবোইদো নহাক্তে !
নথৌ নত্তন নহাক্লা কযা রাকাই শুরব
শাউনবেদো লাইযামদি। লাইগী রক্ত হৈশিংব
রাখল্লৈব অমন হৌদোক্তুন লেপ্লবে,
'হোরেন মান যজ্ঞগী মন্ত্র পরেং থিবদ
সরস্বতী লাইরেম্বী তোংহন্দুনা লৈয়েংদ
মন্ত্র মযেক লানহনব' অস্থম হাঙ্গৈন তানরে। ৮

হৌরক্লেদো যজ্ঞদো য়ুথক অম পাক্লব
নিংথিজ্জন শারব চেকশিন্নদি শেম্নব
চাউব্রে হাঙ্গৈব শংলেন্দ যজ্ঞকুণ্ড অচৌব
পাদ্ধ চুন তৌখরে। মখল মথা, অয়াম্ব
বোয়োই পাম্বৈনচিংব যজ্ঞ শিংজা হাপচল্লে,
মৈন হোৱেন ব্রাহ্মণ নম অঙ্ক ফনব
আগর মচি য়াঙ্কল্লে। লফু চু হৈকক পান
ঘোৎ চন্দুন চিংছন চিথেক মব্রি য়ুংশিল্লে।
তুলসী মনা পরেংনে হৈনোমনা পম্বেংনে
পরেং পরেং লেংছন ইকোই কোইন য়াঙ্কল্লে,

অসিবাদি হাঙ্গৈহন কবিহন থাগচে—
ইমাইপেম্ম করিনো কোক্ক লিনবু লৈরেনে
পাখন্তুন নুপীদো লৈমাই থক্ত তুখরে—
লউবমী ময়াম্ন ঈশিং চাইরে লাক্লরে
কয়া ম্নায়োং চাত্রব চৈবু চারোইদরদো।

ম্নারেম অসি তোক্লসি ম্নারী পরেং তারসি।
কুবুজাগী মরান্দ লৈগী বাসর শংলেন্দ
নুংশি লাইজ ঈপাক্ত ঈনৌ তরং হৌহন
প্রেমিকাগ লোইনন শান্নবন্ন হবিদো,
নোংপোক চিংথে কিতুপ্ত হুন্দোরকপ কোরৌগী
ভাঙ্গান্নব কিরান্ন উদযচিংদোন লান্দুন
লেংলেং লেংলেং কারকপ দিনগী পুংকম চংবগী
থুদিল্লকপ উবদ তাঞ্জ ওইরে খন্দুন
প্রেয়সীগী মাইথোংদো হন্ন হন্ন চুম্নগ
নুংশি বিদায় ম্নাখৈনে। ম্নাহদ হাদ মুম্না-ও
লৈপাং লৈহি লোইদন পাইথবরা খোইমুনা?
শাচনিংই লৈরাংদো পামু মাইথোং যেংহুন
কচ্চনিংই লৈহিদো নুংশি খোবোম থন্নব,
খোইমু নংদি ক্তেদা নংগী থম্মোই মুংলনে?
গোপচগনি নিপাও পাম্মল্লিদা অনৌব
তারিবন উইবদি খংত্রমালে নহা[illegible] !
লৈপাং পাংকাত্রৈন লৈনন চন্নু তম্লম্মে
শাত্রনদু [illegible] বিন পামঞ্জনবু খোজপনি।
[illegible] শৌরে তুবা লাইবক চাউবীদো

ঈরা চেনব মিত্তুন্‌ মাঙ্গ মাইথোং য়েংহুন,
খুৎশা চক্লোং ফিবুম্ন চুবা মোনবু শাজরে
য়াক্লা খোঙ্গেল থোক্তন বিধি লাইদ পাহোম্লে।

লমদাং চান ঙাইরম্ব মকপ পিজা ময়ামগ
উনহুন গোবিন্দ কোন্নুং মাইকৈ তম্লক্লে;
জয় জুগার লাউবন 'তিয়া কাওন নিল্লক্লে
খোংকাপ শফু মনিন্ন পৃথ্বী থক থক নিক্লক্লে।
খর চৎলে হাঙ্গৈরগ মীয়াম তিনব মথোন্ন
নোংদোন লাইজ মনিনগুম হরি কৌজ নাকোংদ
ক্লাক্লা লাউন চংলক্লে। য়ানথ্রবোইদ মীয়ামসে
চাউথ্রবোইদ কুম্মৈসে অসুম হাঙ্গৈনরিঙৈদ
কোন্নুং থোঙ্গাল অচৌব মিৎকী লংদাই কাংলক্লে।
থোঙ্গাল মতোন অহুদ ঙাওয়াম্নব ফিরান্দ
শিবমূর্ত্তি যেক্লগ ক্লাংব চাউন থেৎপদো—
মনিন ওইনা উরম্মী। থোক্লেম চৎপ লৈচিম্ন
ফিরান মখোক অহুদ খেৎন খেৎন শান্নব
যেংগে নিংব মীদদি ঙক্ত লাঙ্গৈনা পকপ তাই।
চাউন শাব থোঙ্গান্নি লাওন থম্ব লম্বীনি।
শামু লিশিং মরিবু খাব্রাং খাবক লাক্লগ
শমু নিপা চামন নাকন নাকন চৎপদ
কোম্ন চনব থোঙ্গান্নি; থোংলেন অহু ঙাক্লম্ব
থোঙাক সম্ত্রি ময়ামদো মশিং থাব ওম্মোইএ।
মরম্মোকপ লৌউব পোথা খুৎলোই হৈবন
পরেং চুম্ন শেম্মকপ কৈন্দোম কাঙুপ লৈবদ

আসন পাক্ল থাৱগ মছি,ময়াই চাউরব
নিংথৌ থৱাই কোল্লিব চাউরে হাঙ্গৈব লিক্যদো
নিপা লিশিং মবিন পুথোক্তুন ঈড়াংলে।
ধুপ্লে দীপ্লে পবেংন লোইৱোই শোইৱোই চাক্লক্লি,
ঘিন থাব ধুপ্লিদো ঘিন থানব দীপ্লিদো
মনম অত্থু কনব বস যাওব পোংলমস্থু
য়াঙ্গিল্লিদো মাহুদ, পেনকম থোকই অৱোইবা।
যজ্ঞচাব লাইশিংদো সত্য য়েংব ৱাবেদা!
যজ্ঞ'থুগী মনম্ন অত্যাপক্ল কারকপ
লাইশিংথুগী নাতোন্দ ৱান্না ফুইন চংলকপ—
চানিংবদি খমথেংলে কিবনদি হৱিবু
চংলুবদি ভমদবে। আহা তকশি শোন্দুন
হুঙ্গংনদি খোঙ্গংপ মপুক অত্থু পাঙ্গৈথুন
খাংনৱেদা মখোইদো। সত্য ঐদি হাঙ্গৈজগে
লাইবু শুইজনিংদৱে; লাই হাঙ্গৈৱিব জাংসিন
মখুংনদি নোমদেদো, মীন কংপ পোত্তন
চাবিকানি মখোইগী। ঈড়াং পূজা অমদ
কংলকইব পোচ্চেদো মপুক পেন্ন চাসিল্লে,
পেল্লে ঐদি হাঙ্গৈথুন বৱমথৈ তপ্তান
অখাক অৱাক লৈতন 'নংন নিংব থুংজৱো'
গাভোন্দুদ পিথোক্লে। 'থুগী মতুং অথুদি
মাবু পূজা তৌৱকপ মীৱান্দুগী মনাইদো
বৱ'থুগী দোৱিন ওইব তাৱে লাইথুনা।
অথুদগী শাউৱেদো লাইয়াম সত্তা তিল্লক্লে
মাংননস মীথুগী থন্নৱকপ শাৱেদো।

হে.দ চোপ্নি নখোইসে, ফত্তবদি নখোইনি
তাইবংপানগী মাংনবা নখোইতন শিনবনি।
লেম্ন চাব পাম্ব-ও লাইগী মতৌ তমজন্নু
নোমজ্রবদি পাঙ্গল্ল মীরা য়াম্না তাবনে।

রাচোই ঙাহাক শুকবে শাউনন্নুশি পাঠক-ও ।
কবি হাঙ্গৈব ঐখোঙ্গসে মচিন্থিব ঙাক্লিকো,
খিত্ত অম থোকপদ শেমগত্তুন কবিন
হাঙ্গজল্লকপ অহু দি মীন ঙকপ পোংনিদা !
কবি উথিনি খনবদ লৈরাংন শাংনিংদ্রে
কবি তাথিনি খনবদ চেক্লাং খোংনিংদ্রে।
কবি মাগী কলমদো মরৌ লৈব থুংলাইনি
মাতৃদগী মী যায় ভুলাইদুন ঙাওনখ্রে।
মুপীমচা অননা তগৎ তগৎ লাকপদ
কবি খুত্ত তাকবে লাইবক থিবু হাংগেকো।
মাগী চুম্ন লৈজব মশক্তবু কবিন
অতিযাগী থাজদ পাশিন্দুন থাগৎলে,
হবাউজরি মুপীদো থাজমাল্লি হাঙ্গৈবদ।
অহু মতুং তাবদ মান চুম্ন চৎপদো
কাওখোংথা মাল্লিদা অসি হাঙ্গৈন থাবিবে,
ঙাহাক্তদ মুপীদো শাউরকপন থগথেংলে—
তাইবং ঐগী ইথোংবু উচেকখোংনি হাঙ্গৈবিরে
পুক্লৌ পারোনন্তম কপথরেনে মুপীদো।
তমু তমু শম্নাংন কোক্ত কৌইচাইনবদো
তাংজলিলা 'মুবন লেংন খোইন চৎপনি

খেক্ক কান্ন শামুদো কৃষ্ণ মাংদ লেপ্লবে,
যেঙি লাইশা অহুন লুরাক্লব মিৎয়েংনা।
"নিপা অসি কনানো" শান রাখন তৌরকই,
মীবু হেন্ন শিংলব রাখনওস্ব শানিদো
"মাগী মগুণ অসিদে? অচন্ব মী নত্তেশে,
এ্রন মাবু লাকচব পাক্তি য়ানি খন্দেদা,"
চিংনবপ্ন লৈবিঙৈ, হুকুম তৌব মাহুৎন
কারো মাসে হাঙ্গহুন লাংশোই ইঙ্গিৎ তৌবদ
শ্রীকৃষ্ণগী নিংথিব চেংলে হাঙ্গব খ্বাংহুদ
মনাতোন্ন লোনশিল্লে, অহুম থোক্ত যেৎলগ
শফু চাউন হৌহুন কন্ন বন্ন চিংলকই।
মান তৌব কিবমদি শ্রীহরিবু অস্থন্ন
রাংন'তিযা মাইকৈদ থাঙ্গংলেবু হাঙ্গরগ
যুজিন্দুন খুমাংদ তোইহল্লগে অসিনি।
লেংব ওস্ব হাঙ্গকন্নু, বিশ্বম্ভর শক্তিন
খোংকম শাজেন্নগ্রব তাইবংশেস্ব মপুবু
মাগুন্নব শানবু চিংব ওস্ব হৌনব্রা?
সনজিংবু কনান যুকপ গুস্মি হাইবগে?
মাগী পাঙ্গল অপুন্ব পুথোক্তনা হৌবদ
শন্না'মক্কাও হরিন লেংবিবদি হাঙ্গরুন্নু
মতিক মপা নব্বে থৌদাং চৌব পাঙ্গবন
লমশা মাগী শক্তিদো মরাঙ্গ চাইব হৌবল্লে,
মশাঙ্গুম্ব হুমাংন ইকুবগুম চোৎলক্লে।
হন্ন হন্ন লাংশোইন থিঙ্গাইহুন থৌক্তিল্লি,
হন্ন হন্ন শাহুগী পাঙ্গল মপুম থিংলক্লে।

কিরক্লেনে শাহুবো মপুক্লিংদ চেন্নিংলে
মান হঞ্জানবহ্ মাহুৎশিংন উরক্লে,
চেনগদৌরে শামুশে অসিরা থন্নহুন
শামু নাক্ত লেপ্লম্ব সর্দারশিংদ ইঙ্গিৎলে।
অসি কাওব হরিদি তুমিন্নহুন লৈবম্মি,
শামু অসি কান্নদে লোইথোক্লগে নিংহুন
য়েৎলম্লিব খাংজিদ মনাতোন্দু লোথোক্লে,
খুৎশা থম্বান চরোংন কল্লে হাঙ্গৈথৈ পাঙ্গশিল্লে,
সাধুশিংগী মকমদ শঙ্গোম ননী পান্দম্ব
তুষ্টশিংগী কাদন বজ্রলিশিং পাঙ্গনব
হস্ত থম্বাল্লকান কন্ন চেৎন পাঙ্গবদো
নাথবোইদা শাহুবো! মিত্ত ঈরা চেন্দুন
হোবু লাউন খোংলেনে। শামু পাঙ্গন চাঙ্গথরে
হাঙ্গব মতা উবদ শামু নাক্ত শেল্লিব
ফৌজ তেঙ্গোন লল্মীশিং শ্রীহরিবু কোঙ্গশল্লে,
মান মান পাঙ্গরম্ব খুৎলাই মথৈ হরিদ
পান্দম্নকপ হৌরক্লে। মনাও'বুঙো কৃষ্ণগী
থৌনা কুম্মৈ যেংলম্ব রামপাথৌ নোংশাদো,
লান্মীশিংন তৌরিব থৌবাং অতৃ উবদ
মমিৎ ভাংন শাউরক্লে। 'হেরো মথোই অসিদে
লৈরম্সম্ব খংগনি' অসিরাদি হাঙ্গহুন
কুপ্পা তুংদ যেপখৎলে, কাল্লৈ কাল্লৈ খোংথাংন
কৌজরক্ত চোংশিল্লে। চুম্ন কুম্মৈ যেংবগী
লোংলকখিব ওইবন পাঙ্গরক্কেদো খুৎলাইদি।
'তুব করি রাৎকনি? তাইবং মপ্র ভাক্তনি।

যোরোক পরেং হৌবঙম ফৌজ তেঙোল শাহুন
খুত্ত খুৎলাই পাঙ্গরগ লম্বী কাগুপ অনিদ
কাজ ময়োন ঙাইহুন চুংশিন্দুন লেপ্লম্মী।
হুকুম তৌব সর্দারন শগোন অত্ররালাদ
চিংন লেম্ন তোংহুন খাংদ থাংখুম য়াল্লগ
লংলে হাঙ্গব থাংশাংদো খুৎকম চেৎন পাঙ্গহুন
পাক্ল লৈব সড়ক্ত খুরূপ মচা থৌবগ
সিফাই মযাম অহুগী অচেৎ অকোম লাংদাইবি।
সিফাই মযাম লেংবদো সনথোঙ্গান্দুদগী
কুম্মৈ তৌকম সভাগী সিড়ি থাকচিন শোকউবি।
চেকশিনবন অকযৌবে হেক্ত লমহেল্লকপদ
থাংন শত্ত হাইবদ ঙক্ত কোকপু লৈবমদে।
মাস্থন তৌন লৈবদো সনা মিৎযেং তাহুন
গোপ সভা ফৌজগী মাংগী লাংজিন থাহুন
নোংশাবেনগী শাথেক্ত খোংথাং চাউন থাংহুন
রামকৃষ্ণ অনিন কাযদ কায়দ লেংশিল্লি,
তেঙ্গোন মরক অহুদ গোপ ময়াম ফুজিল্লে।
মযাম হুন লাংবদো হবি নুংদ উরিয়ে—
মান মতৌ অস্থম্ন তেঙ্গোন মরক য়ৌবদ
থাংন ফংলে থাংনকক তান ফংশে তান থিন
তেন্ন ফংলে তেন্ন কাপ যেশা খুৎলাই অমন
'কৃষ্ণ মাবু মাংহনব' কংসরাজ আজ্ঞানি।
অহুবুনে ঙকইদ ময়ান হুগী মরক্ত
খুৎলাই থোবপ হাঙ্গকন্ন মাইথোংতহু হাঙ্গগৎন
হবি পান্ন যেংলুব ঙম্মুবদি হাঙ্গকন্নু

পাম্ব নোংশা' লাবন খেরু ঙংন লাকপদ·
য়ারক তাব খৈরোইন মখোং থাংব থোক্ত'গুম
অতুক য়াম্ব মীয়ামদো লেপ্লমকপু ঙম্লমদে।
কাম্লে কাম্লে হাঙ্গজিল্লি থম্মোইমুংদ শাউ-ইদা
লম্মেল্লকপ'অমত্তং হেক্ত থৎকে হাঙ্গীচুন
লৈনরিব মগ্নামদ লৈন লৈন য়েংলকই।

মতৌ অস্নুম তৌচুন সনখোংদি নকপদ·
চাউরে হাঙ্গীব শামু'মা শাজেন্দুন ঙাইরম্মী।
অচম্ব শা নত্তব ঐরাবতকী ঈদগী
গঙ্গামাইন পোক্লব ময়াই কনব লাইশানি-;
মান কনব পাঙ্গল শামুলাব অকনব
মচুমত্তাব লমশারেন লিশিং মরি পাম্বকই
'কুবলয়' হাঙ্গীংগ-শামুচুগী মিংলেল্লি।
ঐরাবতক অম্মাওই য়াংন চাউন পোকপনি,
মাবু লোইকবদগী অসিয়ৌন কিনব·
কংসনিংথৌ মগুম্লি। যুকপু পুব শামুদো·
মাবু ঙমবিনবদি মীয়্ন লাইস্নু অমত্ত
মতম'চুদ লৈরমদে। থাদোরক্লে শামুদো,
মাচুৎ নিপা নিফুন লাংশোই মুক্ত থিনবদ·
কে লাউন খোংবদি বজ্র মখোনবু নম্মংলি,
চিংগু মপানগুম্লব মখোং মরি অচুন
চাউকান চাউকান কানবদি যুথক 'মম্মম ফাগনি.
মনাতোম্ন কাম্বন মুংশিৎ নিফুমপাম্নুক
শক্তি শউম চাউগনি। কাম্লে কাম্লে কান্দুন

ফুক ফুক অমুক হৌগৎলি শামু লৈরি লাউরকই
ভাওব মতৌ মাল্লক্লে নিংথৌ রাখন লৈতাদ্রে।
মতৌ অতু উবদ মনগী মল্লান ওঝাশিং
থবক'মত্ত তৌদন থাক্তনদ থমগ্রব
লোইন ফুদোক্লৎক্লে, নোই-এ চাউ-এ মখোইদো,
মথাবোম্ন কনবন শামু মথা য়োগনি
মপাম্বোম্ন চাউবন চিংগু মপান তমজনি
নকৈগন্ন নোইবন শামু মখোং মানগনি—
মিৎন হেক্ত যেংবগ মিংলি ঈরা চেল্লিদা!
নিংথৌ মমাং অতুদ ঐ ঐ লৈ লৈ হাঙ্গৈতুন
মপাম্বোম্বু খিংলক্লে মথাবোম্বু কল্লক্লে,
আঃ যেংবদ থাজৈদ, নিংথৌ পুক্না লৈতাইদা।
'মতক অতু ফোইদৎকে মখোং অতু থেকতৎকে'
হাঙ্গৈব শানি মখোইদো, চুম্মি চুম্মি ভমগনি
ওঝাশিংগী মাংদবু খাংগদব কনানো
হাঙ্গৈনরিএ শিষ্যনা। যাম অস্তম তৌহুন
ঈবাং লাংন লৈবিউ, মুমিৎথান পুন্নপ্ন
মতম্মও থোকপগুম বামকৃষ্ণ অনিগ
নিংথিজব মূর্তিদো ভাম্মোইরক্লে সভাদ,
রা কনামত্ত ভাংদে তুমিন তুমিন লৈখরে।
সভাহুদি চাউথরে মীং জুন য়াম্বন
শুক হাংনখিদবে। নহি ময়াই ওল্লব
চাউবে হাঙ্গৈব নিংথৌ বান ইন্দ্রবিদ নরক
হরিবুত যেংখিব পুন্নপ ওইন তিংলি এ
মখোইহুন মকোক ওই সভা খহু পুবন

তাইবংপানগী মপুশিং লেংশিল্লকপ অতবু
সন্মান বেভার উত্তবে। কমকম থুদা কাওববু
থনমদন সভাদো লক্করম্মি হুরিবু।

হৃদি হুংদ হন্নিন উবি তৌরি' মযামদো,
শাউবনসু মাইথোংদো জবাল্লেগ পান্দম্লে।
সভা নাকচিন অহদ চপ্পু লেপ্লে হাঙ্গৈরগ
মযাম'হুন তৌরকপ যেংগদ'গী কিবম্লে।
সভা ইচিক হুনখিব রাগী লংজিন মুৎথিব
ওাহাক পুঙ্গোই লৈবগ মনগী মকোক ওইরিব
চান্নুর-ও মপ্তাউদো সভামাংদ হৌগৎলে,
পা হ্বাম অহু খিংহুন মথা অহু কন্দুন
নাপন তৌন লাউরকই, "রামকৃষ্ণ হাঙ্গৈরিব
অঙাং মচা অনিমক। কবিগীনো নখোইন
বনগী শামু অমবু হাত্তোকচরে হাঙ্গৈরগ
নাপন মযাই কাহুন অমুক চাউব সভাবু
উশিন্তশারিবনো? লৌরাই খোংদানবন
সভা সন্মান খংদশা মীরক মীতিন হৈতশা
থৌগল্লোন্সু স্নাওদশা ঐখোই লৈব খংদরা?
নশাগন্দু লাক্কুন সভা ময়াই অসিদ
চিংথুহুন যৈথৎকে ওস্মোঙ্গ হাঙ্গৈন নিংবরা?"

রাইহ্ অসি তাবদ বলদেব ঝৌবদো
শাউখরেদা শাউখবে, ভৌরোক ভৌব মাইথোংদো
অশাউ ইঙাং কাবন গুলাপ মচু শংখরে,

খুৎলাই পাঙৈব অমগী খুৎলাই অম মুন্দুন
খুৎলাই পাঙৈব অমদ লংশিন্দুন থাবক্লে,
মতৌ অসুম তৌদ্রুন অমুঙ্কব ঙাক্লিএ !
অদুক যাম্ব ফৌজদো শামু য়াইশ পাবিব
কৃষ্ণ চন্দ্র হকচাংদ শম্নামকাও শোক্লদ্রে !
প্রলয় কৌব অদুদ পৃথ্বী অসি থুম্নকপ
চাউবে হাঙৈব ঈচাউন স্নজিং পন থুগাইদুন
লাইবৈপাকপু শোকখিব্রা ? কানগী পোইবৈ অদুদ
কৃষ্ণ চন্দ্র ভগবান শাগী নাতোন পাঙৈদুন
কল্লে হাঙৈখৈ চিংলগ চিংজাও ফুকপ পাঙন্ন
থাঙত্তুন চবন্ন কল্লেমখৈ কাওরগ
পাঙৈবম্মিব খুৎকমদো থুরেমখৈ থাদোক্লে
শ্রীচবনগী শফুন মুথক অম চেল-লগ
নিংহন্নন শামুদো কমংপ্রেৎনন ভুখরে।
ভুরমদাইদ শামুন খোংলকপদু ভাবদ
নক্ল লৈব মীশিংগী নাকোং শেবাৎখিব্রম্মী।
থুন যাংন শামুদ হোচিল্লক্লে হরিন
হৌগত্রিব শামুগী য়াবেন্নিদু পাঙৈদুন
লাক্ল লাক্ল চিংলক্লে, খাংব ঙমদ্রে শামুদো।
উযানবগী শিংজংন হন্ন হন্ন থাবদ
ভুরমদাইদ পামেন্ন নোম্ন হাইন খাংবঙম
শামু লনশা অচৌব কেৎ কেৎ হাইন খাংলক্লে।
যাবেন চিখোংদুদগী হাথবকপ ঈরেম্ন
লৈমপৃথ্বী লৈমাইদ লৈখোম খোক্ল চেম্নক্লে।
মঙম মাংব কান্নদ্রে অসিন্নাখন তৌদুন

চাওরে হাঈব ময়াদো চিংথোক্তুন শত্তোক্লে।
হাদ শামু অচৌব নংগী মতম শুরবোই।
হুত্ত থম্বাল্লনিন মথা নিহু পাঈহুন
শামু লাংবক খেঙ্গোংদ হুত্তম্মুক্ত থাবদ
কুবলয় য়াইশাদো মাংেম থক্ত লৈয়োল্লে,
শামু প্রাণবু পুবস্ব য়াইবী মুংশিৎ মঙাদো
ফিং অমুক্তং হুম্লগ মালংবান্দ তিনখরে।

শামু প্রাণবু লৌরগ কৃষ্ণচন্দ্র ইবুঙো
য়ারেল্লনি অহুন দাউজীদ'ম পিরগ
খুৎলাই ওইন পাঈহুন তেঙ্গোল ফৌজ তরখাংরে।
খাংব য়াত্রে মযামদো শমজি খাইন চেন্নরে,
মংগী মূর্ত্তি অনিন খাব্রাং ফুজিল্লকপদ
খাংগদব কনানো লোইন উৎপু ওইরনি।
শিরে শিরে য়াম্ন শিবে শিংথাব ভম্মরোই।
রাম কৃষ্ণ অনিগী প্রলয ভস্ব তেজংন
খাম্বী মৈজাউ লাকপদ থিক্লোইবম্ন তুম্বগুম
কংস তেঙ্গোন অচৌব পান্দন ওইন তুম্মক্লে।

তাবে পাউদো সভাদ, নিংথৌ মাইথোং কাহ্নৎগ্রে
যেৎকা শাগন ওইরম্ব লুন থম্ব শামুন
অঙাংমগী মথুঙ ইরাই লাঈন তুংখিবা—
হাদ কবি মতৌনো মুংবংংসে নিংথৌদো।
চুম্ন খল্লি থাজদে মংদ তাব রাগুন্মি,
শিন শিং শামুদো শিদে হাঈং মখল্লে
শিন শিন শামুদো য়াংদ লৈংগুন মউরে।

অথন্নব মল্লক্ক মখোই ভাইবে হাঙ্গইতুন
নোইন পেন্ন থম্বনে, চহিনগ মীয়াইচন
রামকৃষ্ণ'নিদগী য়াম্ন হেন্ন উথবে।
মীচং মীথাই নাইদব ভাবকশিংন ভাংনরি—
'মপা মচা পাবগুম লাম্বা শিনব ফত্তেদা'
কংস মীচং ওইরিব দুষ্টশিংন করি হাঙ্গ—
'লাম্বা শিনব ফবেদ মেৎখাঙ্গইতুন হাৎসনু'।
হরি মীচং ওইরিব সাধুশিংন নিংনরি—
'তোইরসনু অনোইব কন্নসনু অকনব
চিংগী নাচন মমাংদ চিংলাই মযাই চন্ননি।'
কুম্মৈ তোগে লেংলকপ তাইবং মপু হরিনি
মপা চাদে খল্লম্ব রাখন কিবম শোইনাইগ্রে।
লাম্বা লাম্বা পানব চপ্প, চান উরক্লে—
খোংকম চেৎন লেপ্তুন থাসু হাইবপ ফম্নুন
লুন নৈদ লুক্করি, খোংন শিৎন চত্তুন
পাম্বোমদগী খুৎকমদো খাংগী ফিবু তান্নরি।
কোন্ন কোন্ন অনিন নতৌ অম্ভুম লাক্করি—
হাইজন্নব যানদে লৌবু হানব ভাইনরি।
কল্লে হাঙ্গন থম্লিব কংসনিংথৌ মলেন্নি
তাইবংওম্ব পাঙ্গনব রামকৃষ্ণ অনিনি।
ওক ওক ইন্নব মৈবু থোক্লে শিন্নরে
কুম্মৈ য়েংব ময়ামগী মিৎয়েং কবাক খন্নরে।
রামপাথৌ নোশোন চান্নুরগ লাক্করি।
ভাইবং মপু হরিন মুষ্টিকগ লম্নরি।

লাম্বাহুন কোম্লিডৈ লেংবু খর লৌশিল্লে
ক্রিক্ ক্রিক্ ক্রিক্ ক্রিক্ ইন্দুন নিপা'হুবু লাকশিল্লে,
মখাংহুদ চেৎশিন্ন পাম্বোম'নিন পাঙ্গৈরগ
খুকউ অনি অহুদ খোংপাক্লুন কাওরগ
উরু উক লৈহুন নোংদোন্থক্ত পুখৎলে।
মাহু মতৌ উবদ ভাবোক রারা লাউরক্লে
হরিমীচং কাংবুন থাগৎ মখোন থোরক্লে।
অহুদগী হরিন মুষ্টিকবু, অসুম্ন
মকোক ভাওখৈ লৈরগ শৈমাইথক্ত হুম্বরে।
ভাউরি ভাউবি অহন্দো থরো থরো ওল্লম্মী
জ্ঞানবু হাইরপ লাক্লুন হৌগৎকেবু তৌবদ
চোংশিন্দুন হরিন মপুক্তুদ কম্মুরে,
খুকউ অনি অহুন মখুৎ অনি নমথরে
শ্রীচরন্দি অনিন মখোং অনি ক্ষাখরে,
ওইগী শ্রীহস্ত'হুন মখনাউদো মেৎখাইরে,
য়েৎকী শ্রীহস্ত'হুন চুবা য়েৎলোম ওইরোমদ
বজ্রলিশিং চৈক্লুন হন্ন হন্ন লৌববু
হাদ কল্লি হাঙ্গৈসিগে! কল্লে হাঙ্গৈব নিপাদো
ফৎ ফৎ লাউন হাইরক্লে, থনুংদগী ঈপুন্ন
থোক থোক লাউন ওবন মালেম লৈদো লৈভাংলে।
মাহু মতৌ উবদ ফল্লহুদো ভোক্তুন
হৌগৎলেদি হাঙ্গৈরগ শ্রীচরন্দো অহুন
মাগী নাখাং অহুদ অমুক্তংদ কাওববু
হায়বে কল্লি মতৌনো! কল্ল'মল্লান 'চৌবদো—
য়াইবী মপাম্বোক্তুন অমংয়াইথোং চংথরে!

অশাউবগী ঈঙাংনি অহুবুনে য়েংবদি
লুপাটাঙ্গ মথক্ত লাইগী পূজা মতমদ
সিন্দুর মপং তৈবগুম পুক্নীং হুন কজেদ—
কজকৌব পোত্তুদ হাপ্লিমথৈ কজবা
মহৌশাগী নিয়ম্নি। লৌথুপ লৌকোয় নৈতব
শ্রীমুখগী বাণীদো অহুক তাসি মরূপশা।
"হাদ নৈপাক মচা-ও! থৌগল্লোন্দি থৌহৈব!
নখোই অসি ৈ বন মীবু বার্তোন তৌরগ
সভা তিনকম লৈকমদ কমকম কিদা থাদন
খুঙ্গোই থৌরাং লংজিনবা, মাহুই মতিক থোকপদি
নঙক অহু থত্তুন নচুবাহু মেত্তুন
হৈনৌবন্দ য়ুরাংব চেক্লাইরূপ মাল্লব
নংগী সভা অসিগী মমাংসিদ নখোইবু
শাস্তি লৌভম লৌহৈব নবুঙোদি ঐখোয়নি।"

অসিরাদি তাবদ মনগী কাংবু ময়ামদো
'নচিন অসি কোইমুহে মঙক অসে থৎলুহে'
মথুম্মরাং হৌহ্নন লাহ্নৌ ইরাং হৌরক্লে।
মাহু উবদ অনিদো কুঞ্জা কি তাখৎলে
খুকউ মখা চোল্লব পাম্বোমশিংদো খিংলক্লে।
উফুন হাইফেৎ তৈবন অঙ্গনিগী কান্তিদো
অমনদি করিমান নৈচিন হাকু নোংকাইব
নোংদোন তিয়া ঙমজনি, অমনবু অহুগ
অমুকলং পক্লকপ কোরৌ মাইথোং মানগনি।
কুন্দ পরেং ঙমজব য়াদি দন্ত কুন্দ্রাদো

ঙাঙ্‌্রান্নব চিনবান্দ খারপ খারপ চিক্লুন
মিৎস্না নয়নশিংহুন লুবাক লুরাক যেংলকই,
হাদ করি হাঙ্গৈসিসে ? ওক্লে হাঙ্গৈব লোক্লুংদ
তুম্লিভেদ নোংশান, লঙ্গোই লমছুই মযায়
লাঙ্‌বদ শাউবন কম্থিথোক্ল পাথৌন
ইরাং শোইশাইরক্লিব হাকুশিংদো তানবগুম
মচিম্মনাউ অনিদো "লাকউ লাকউ পাসি লাও"
অসিরাদি হাঙ্গৈহুন মল্লাম্বাগী ক্বিবয়ে।
মাহু মতৌ উবদ কুম্মৈ থোক্লে খংহুন
বান হাঙ্গৈব নিংথৌন যাথং থৌদাবকখিএ,
"ঙাইথো ঙাইথো মযাম্মক, অনি অনি থোক্লুন
রামকৃষ্ণ অনিগ নিপা থোক্ল নম্নরো"।

মনগী কুম্মৈ হৌব্লে, ঈখেংলব নোংশান
চিংলোকচপকী খোংবান্দ চাকতা কিদম্লিভেদ
শক্তি শউম কংহুন খেক্ল লাউন ওংহুন
শক্তিকাব চোংবগুম, রঙ্গভূমি মযাইদ
মল্লাম্বাগী থোরকপ চান্নবদি মুষ্টিক
অনিহুবু উবদ বামবৃষ্ণ অনিদো
লাম্বা থিব চোংশিল্লে। গেংবদদি মতৌদো,
মপা চান উাদদা ভাবকশিংন শোন্নবি।
রামকৃষ্ণ অনিদি শাহৌনদি নহাওই
কৈশোব বয়স লান্নুন পৌগণ্ডগী মতাংদ
থ্বাংন তচেং তচেংব তনৌ তনৌ শারোংনি;
অমবোমদ মনশিংদো রাংন চাউন হৌবনে

থরং শউম তাবদ ছেন্দাং অন্তর্ধ্যানথরে,
যজ্ঞশংদো য়ৌবদ যজ্ঞকুণ্ড ময়াদ
ঈড়াংলিব লিরুংদো ইরেন লৌরে হাঙ্গৈরগ
বামহস্ত অহুন শ্রো শ্রো লাউন চিংলক্লে।
সভা মমাং য়ৌবদ চাউরে হাঙ্গৈব লিরুংদো
নাকন খোংজি ময়াদ হস্তনিন পাঙ্গৈরগ
সিংহাসনদ ফম্লিব নিংথৌরোমদ ওনশিল্লে,
তৌব ওম্ব ঐহাক্কি উৎলগেবু মতাগুম
মাইথোং মোমোন্নহুন চিনবান জবাকাংহুন
সনা য়াথং তৌরকই "সভা পুম্ব উজরো,
লিরুং অসি ওসিদি ঐগী খুৎলেন অসিন
উৎপু ওইহল্লগেদো, ওম্ব নতিক লৈরগ
মুনগে নিংব কনা লৈ থোরক্নো" সি হাঙ্গৈরগ
লেন্নরকই হরিনা। কনা মতিক লৈগনি ?
পাম্ব হরি পাথৌগী মখুৎচনব শক্তিবু
মুল্লু ওম্ব কনাবু রারী লৈব তাবগে ?
নিংদোন চোংলে নিংথৌদো য়াল্লা নখোম্হোকখিদ্রে,
মিত্ত শেরাং থাংহুন মুংগ পানগ শুন্নবে।
খ্বাংগী মপা অহুদ থাঙ্গত্তুন কৃষ্ণন
লিরুং অদো মুক্লকই। কনগ্রবদি লিকংনি
কোনা মপান মাপনগী পাঙ্গন হাপ লিংগ্রব
মগুন চাউব লিরুংদো হরিহস্ত ময়াইদ
লৈগী পরেং পাঙ্খক্লে। কন্ন মুডং মুকপবু
থাংব য়াব নত্তেদা, কল্লে হাঙ্গৈব লিরুংদো
পাঙ্গন মপাল্লান্দুন বজ্রখোল্লাউ ওন্নগ

অনি থোক্ন তেক্তুন কোলোয় মমিং মুৎখরে।
লিরুংহুন তেকপগ কংস ম্লাইবী কোরৌম্নু
মঙান মমি শামখরে। জ্ঞানবু মপাঙ্গোক্তুন
সিংহতাংবল থক্তগী মালেম থক্ত হাইথপ্রে।

মতৌ অস্থম তৌহুন মপু শোইনাই হুক্তুন
মণ্ডপ চাউরে হাঙ্গৈরিব মহাযজ্ঞ অচৌব
পূর্ণাহুতি পিদন অহুম সাঙ্গ ওইখরে।

ইতি শ্রীকংসবধকাব্যে ধনুর্যজ্ঞো নাম ষষ্ঠঃ সর্গঃ।

অমরোমদ অছুগ মতম হুছ চপচান
চানুরগ পাবিব পাথৌবেন্দি রান্নন
শক্তিমথৈ থোক্কুন কল্লে হাঙৈব মূপ্পাউদো
শেগাৱোমদ চিংথবে, যোৎকী কোল্লু মনুংদ
চুবু শুম্ব মতৌগুম ওকথি 'মুক্কং চপ্লবু
কনথবোইদ্ধ চৈফুদো, থাংব মুপাম্বোক্কুন
ময়াদ কোঙোন শৌবক্লে, অকনব মুংশিত্ত
লফু লান হাইবগুম চানুর-ও অরুনব
শক্তিপুম্ব শোইনাইরে খোংকম কাব য়াদরে।
তাঙ্গা য়াবে খন্দুন শেগাদগী মল্লান্দো
পাম্বোম অনি পাঙৈছুন অমুক্কংদ লংববু,
মরিনখাব অঙাংন, শান্নপোৎ লম্বাইবগুম
মনগী ওঝা অচৌব মতৌ থিন তাথেদা।
কোক্ন মুংন তাছুন হামৈ কোকথোং ওল্লিডৈ
অমুক্কংগ পাথৌন চোংশিন্দুন কাওববু—
কোক্ন অমুক মাংদ থা খোংন অমুক মাংদ কা
মুংশিৎমক্কী মাংরোইন উক উক ওল্লকপ—
হৈবে হাঙৈব অঙাংন মুংশিৎমপি লৈছুভাই—
ফজে ফজে ওঝাও খুবাক'রারা খুরক্লে।
লৈন লৈন ওঝাদো হকচাং চেনব মুংশিৎন
প্রাণগী মুংশিৎ কোন্নন অছুম চেন্ন পুখরে।

মতৌ অম্বুম ভৌছুন কল্ল-কল্ল মল্লানশিং
শল্লখোই টৌশল্লখোই লৈবখিবিক্ক অপুম্ব
মচিম্মনাও অনিন, প্রাণবু লোইন ল্লোখরে।

হায় হায় লোইরে কংস-ও কারি গতি লৈতরে।
কনালৈ কনালৈ চিন্তন তোইন মরাউই
কনামত্ত লৈবমদে কনামত্ত খুমক্কে।
খংত্রে করি মতৌনো করি দশা চংলবা।
অত্তুক চাউব নিংথৌদো উকংনা শাব লাইগুম
সিংহাসনগী মথক্ত চপযুংত্তুন লৈখরে।
যেক্ক লাম্বা হাইথিব শিরসহু শিল্লম
থৌবাং পুম্ব অমুক্তোই উত্ত খিবু হৈখবে।
হুংবং লাঙ্গনা চুত্তুন চুবা মোনথা'নত্তুন
মাইথোং লৈদ লুক্লগ পাযম হুঙোন ফৈরাদ
মোম্ম, করি দশানো মরোন মরোন খল্লক্কে।
নিংথৌ মতৌ উবদ সভাত্তুগী সভ্যশিং
হ্রামত্তবু ঙাংদন মচিম্মনাও অনিনঁ
মত্তুং কবি তৌরকপ মিৎকুপ্তন যেংলক্কে।

মত্তুং অত্তু তাবদ কৃষ্ণচন্দ্র ভগবান
খংহল্লগে মযামসে অসি হ্রাখনত্তুন'
যজ্ঞশংদ লেংখরে। থবক মতা হাঙ্গবসে
ওম্ফোক ওম্ফোক মরাংএ; নারদও মুণিদো
হুবি মাত উনব নিনি লাইনিং ওইবদো
কৃষ্ণ শউম কংবদ মপোৎ মচৈ যেংলমদা
মচিন্দুদ করিনো মুকম মুকম শোল্লুন
হৌত্তুনদি চেনখিবা মতা অম হাঙ্গইত্তুনি।
কনাগীদি দক্ষিনা কনাগীদ বরিক্ষি
হুন্দোক্তুন বামনশিং অমত্তবু লেম্ফৌদ্রে—

অহুবুনে ইবুঙো অঙাং ওইব মহাক্ন
মাবু পোকপ অশংব পল্লেম পম্থৌ অনিদি
কংসকারাগারদ অরাপোথাং পুহৌরি
হাঙৈব রারী অসিদি নিংশিংগত্রা খংত্রেদো।
তাইনে রাদি অসুম্ন ধনুর্যজ্ঞ কুম্মৈগী
বার্তোন য়াথং খংহনা নন্দগোপ নিংথৌন
পুরকপনি ইচাবু। অহুবুনে হে দেব,
ননাও লাইবক থিবীদি পাখংলেদা তাবদ;
অশোনবদি শজিবু নোংশাকোন্দ থম্বগুম
পাঙন্দ্রিব ইচাবু মাংলগত্রা খল্লেনে।"

"চুম্মি দেবী। পাউরেন্দো" পাউথুম্নকই যহুন,
"ইচা অদো লাক্লে হাঙৈ, অহুবুনে লাইবক থি,
ইচাহুন লাকপবু কবোক খুংয়োম্মন্তস্থ
খুদোন ওইন পুরগ ইচামাবু ওকচব
ঙম্মুদ্রে ঐহাক্তি। কোলোয়ন করি কৌরিবা
খংব ঙমদ্রে ঐখোইন, মচাকৌবশিংহুবু
পোক্লে হাঙৈরগ মপান কোলোয় নিং থোনবনি।
অহুবুনে ঐখোইদি বিধিলাইগী তাথি-ওই
ইচামাগী মিংলেনকাও থোঞ্জহৌব ঙম্মৌদা
তরাচখোম্মতস্থ ইঞ্জহৌব কংহৌদা,
বন্দী থরাই মমুংদ পুন্সী শিঙ্খাগ্রবন
ইচা য়োকপ থৌদাংদো চিংখহৌরে ঐখোইগী।
ইতাও নন্দ নিংথৌন নোংমওস্থ রাই লে
লীরিগত্রা মঙোন্দ খংদ্রবনে দেবী-ও।

পাউন তাবন'মুম হাঙ্গী, রোহিণীগী মচাগ
মচিম্মনাউ লাকমিন্নে, লম্বীতুদ মখোইন
শামুয়াইশ অচৌব কুবলয় হাৎখরে,
মনগী রঙ্গভূমিদ কংসমল্লেন অচৌব
চাম্নুরদি মুষ্টিক হাৎলে হাঙ্গীব তারেদো।
অচুম চুম্নদ খংদরে শেরান্নব ওইচুন
শমু য়াইশ মখোংদ কংস মল্লেন মখুত্ত
নহাপিশক অনিদো য়াইবী প্রাণবু ম্যাংলব্রা ?"

যদুরাসি তাবদ পাখৎখরে দেবকী
"মাংলে মাংলে ইচাদি" তেংথারকই ইবেমা,
"শিব তারে অহুদি, অমুক কুইন হিংলকপ
নুজা ঐগী অশাদি অরেম্বদ তারবা।
নংথরক্লে খোম্লাংসে অমুক পুব য়ারক্রে,
তু আদগী কোচিন্সে শুকপনমু থেংলব
তাইবং জীব অমগী নৈহৈদ্রব য়ুম্লানসে
লাইবক থীবী ঐহাক্কী রাঙ্গোনশংবু ওইথিব।
নোংদোন চন্দ্র থাজন মমাই ফিরুক খুমদন
মাগী মাংদ লোৎথিবা, ইন্দ্রকান্ত মণিগুম
শংবান্নব কুচুন ফুগাইনন শাৎকাইব
ঐগী নুংশি মতুমদো তম্বাক্তগী ঐহাক্কী
পুক্নুনদি থোকথিব কৃষ্ণাষ্টমী তিথিগী
মম্লে হাঙ্গীব নুমিত্তো নিংশিংলক্লে ঙসিদি।"
"নিংশংলক্লে নুমিত্তো" শমথরকই বসুদেব,
"মম্লে হাঙ্গীব অহিংদ ইত্তোমতদি ঙাঙ্গীচুন

# কংসবধ

## সর্গ তরেৎশুব

ভোজ শাগৈ য়াইরোইব কংস কৌব নিংথৌন
ৱাঙ্থিব অতুদ মন্নাম সভা চংহুন
লাঙৈকন্নব হৌরক্লে। কোন্নুংগীদি মাইবরেন
অহৈ অশিং অথোইব তিন্নবক্লে লোইনমক,
মান মান খংজব হিদাক লাংথক পুথোক্লে।
থংলেন মপুবোইবন চেতন মপান্থোকখিব
মতৌ অতু উবদ অস্তি প্রাপ্তি অনিন
মপুবোইব থৌগন্দ থৱাই য়াওন থৌজংজে,
মিৎম্না তবং লাইজন চরৈ ফিজি চোৎলক্লে
অযেংবদি জীবগী দয়া কৌরোয় পোক্লক্লে।
নুংশি নুংঙোন পোক্তব ব্যাধ খুৎলাই পাঙবগী
তেনগী চৈহুম চাত্নন মাঞ্জযাইবী মাংবদ
খুন্নু তালোই অমোম্ন য়ান্না তেংথা পেহৌব—
মাতুগীদি মতৌগুম নুম্না লাইবক থিবীশিং
মথংলেনবু যেংহুন থম্মোই পাহোম তেংথারে।

অং'মতুং থোকপদ তাইবং মপু হবিগী
লীলা পন্দুপ খাঙৈরকপ মতুং তাব ৱারীদো
হাদ দেবী বাণী ও। তোল্লবগী কনমদ

তোংত্নদি নহাক্ন পাঠক্ পুক্নীং পেন্নব,
খোইথুন্নব খোন্নেন নীথবিরো ইমা-ও।

কদায়দবু লেংখ্রে? কংস্ থরাই কোন্নব
হীও য়াইও কোন্নব লীকুং তেকপ্ন মতুংদ
মচিন্মনাও অনিদো, কদায়দবু লেংখরে?
উরক্কনি রাগন্নু, অসি মতুং তাবদ
রামাংপঙ্খাইদ্রিবৈদে মমাংদস্থ উগ্রব
মতৌ অম ঙাহাক্ত য়েঙ্ খিসি পাঠক-ও।
মমে হাঙ্গৈব কান্নংদ কৈশুম থরাই মন্নংদ,
পোন্দকাব চেক্লাগুম অন্নাপিনাইরম্লিব
বসুদেব দেবকী রারী শিংবুম হুকচরি।
মথংলেনগী চেংলৌদ পেহৌনন য়েংহুন
কোকিল্লমোম খোন্নেদ হাঙ্গৈজরকই দেবকী,
"তাবে পাউদি ইবুঙো! অরোইবনা থংদেদো
নন্দ গোপ মরান্দ নারা নাউকোঙ্খিব
এখোইগীদি ইচাদো লাক্লে হাঙ্গৈনে ঙসিদে।
গর্ভ সন্তাপ কোক্লিবৈ খোন্নাংদস্থ ইহৌদা
পাবি মাঙ্গী চেংলৌদো ঙাহাক্তস্থ য়েংহৌদা,"
কংস চৈরাক কিবন ইথাদগী অঙাংদো
পুখিহুন দৈখিবা। মোমু লাইবক থিবন
ইচাগীদি চেংলৌদো শকরোং খ্রিরেপ লাকচব
ঙম্মবোইদো হুজান! কংলে হাঙ্গৈব থম্মোইদ
মাবু 'মুক্ত উবগী আশাচেংজেন হুন্দুন
অসুক বুঙ্গব অসিবু অন্নাপোৎলুম পুবনি।

য়োহ্লিং কলাং পুন্বসু থদত্তুন মাংহল্লে।
অহৃদগী থুনমক ব্রাম্বব্রিব অনিদো
রামকৃষ্ণ অনিন পমখত্তুন লাঙ্গকল্লে।
"ইমা ইমা পম্হৌ-ও।" তোঙ্গন তোঙ্গন কৃষ্ণন
অনিহুগী নাকোংদ কৌজহুন লাক্লরি,
কিজি হুমাই ব্যজন্ন মুংশিৎ ইপোমহন্দুন
চেতন লংজিন কাংনব থরাই য়াওন হোৎনবি।
"কৌখো কৌখো অমুক্না" তপ্ন তপ্ন হাঙ্গহুন
হৌগৎলক্লে বসুদেব, নিংথিজব মুর্ত্তিদো
হন্ন হন্ন য়েংলগ মিত্ত ঈয়া চেন্দুন
গদ গদ খোল্লোইবে, "পম্হৌ হাঙ্গব মিঙ্গৌদো
অমুক্নগ কৌখোনে। মিঙ্গৌ অসি তারগ
কংলে হাঙ্গব থম্মোইদ সুধা লৈহি চেল্লক্লে!
ঐগী ইচা তকক্তি যেংউ মুংফাল্লসিদ
অযোঃ ক্ষাওব হাঙ্গরমদা কংসখুত্ত তোইথিবা,
লোইদাম অসুক কুইববু হৌখবব অসিদ
নোংমত্তসু মিঙ্গৌসে তাখিদ্রব ঐহাক্লি।
মংলা তাইবংলা খংদে ওসি কৌব নোংজাদ.
মপা হাঙ্গব ক্ষমথোন্দি ফংলুব্রগ ঐহাক্ল
মপা থৌদাং কৌবদি তৌখিদ্রব অহুদ
কনা লাইগী শক্তিন বাৎসল্য প্রেম হাঙ্গবদো
খংলসনু হাঙ্গহুন অঙকপগী দৃশ্যসে
উহল্লিব্রা ঐডোন্দা। ওাল্লে ওসি কৈশুনশং,
মতন কুইন মনগ্রব ঐগী মিৎয়েং নম্বাঁসু
অমুক্লোইন ওাল্লক্লে। কৌরো কৌরো মিঙ্গৌদো

ইপা ইপা হাঙ্‌হৃন পেল্লনখোনে ঐহাকপু।"
"হে ইপা ইবুঙো" খুমজ্জবকই কৃষ্ণচন্দ্র,
নৌদ নৌব চিনবান্দি কুযোম্‌ংদ লোচ্চব
নাগেশ্বর ময়োনগুম হাইফেত্তমক নোকচরি,
খোঞ্জেন অতু তাবদি খোম্থাংদ্রিব চেক্লান
পম্থৌ শেগা মথাদ অযুক য়াকাই তম্বগুম
মুংশি লাইজ ইকদ প্রেমগী লৈহি চাইবনি।
মুংশি লাঙোন পুন্নমক লোইন খুদোন শেম্নগ
কৃষ্ণচন্দ্র ইবুঙো পম্থৌ পেন্ন' লৈরাঙে,
"কংস চৈনা কিবন পম্থৌ নংন ঐহাকপু
অতুঙৈদ ইমাগী গর্ভদগী তাবগ
কোনখৎতুন পম্বদো, নন্দবাজ মবান্দ
চহি কোঙ্গাই লৈরকাও' কাউজত্রিনে ইপা-ও।
হেদ যাদব যাইফব, নচা ঐন ঙসিদি
নংগী চন্নন খাত্নদ কোটী কোটী খুকমজৈ
আশীর্ব্বাদ পিনরো নচা ঐবু কুবিরো"

পেনগ্রবোইদ বম্নদো য়াহৈ অসি তাবদ,
পাম্বোম অনি থাঙ্গৎলে জগোই পেম্ন শারক্লে
খোঞ্জেন য়াবন থাহ্‌ন দেবকীবু কৌরক্লে,
"হাদ দেবী দৈবকী। হৌগৎলোনে ইবেমা।
তুম্ব হিপ্প চাবদ ধ্যানগী তুংফম ওইরব
নুমিৎচুপ্প নথাঙ্গ শোল্লুনত লৈত্রব
নপারিগী মাইথোংসে য়েংজবরো ইবেমা।
হা ইবুঙো ইপাগী থম্নাই মঙা ওইরবা।

যমুনাগী তোর্বান্দ লম্বীলম্মুক্লখিব।
মিংকী শার'ঈরান তুংেন লাইঙ্জ' তিনখিব।
ইথাদগী অভাংন মফম ইখং খংহৌদা
লাইজনুংদ তাখিবা। মাহুগী ঐহাক্
কোক্ত খুত্তি হাপ্তুন পাখত্তুন তুখিব।
জ্ঞানগী পরৈ থোকপদ নুংশিখ্রব মাইথোংদো
'ঐদি ঈরুজরুইদো' হাঈব পাউতম্বগুম্
নোক্লি নোক্লি ঐঙোন্দা য়েংহুনদি লৈরম্বা,
অমুক ঐন খুন্দুন ইথাহুদ পম্লগ
নন্দগোপ ময়ুমদ থম্মুখিব অহিংদো
পায়মনিংশিং লামাঈদ ময়েক লান উরক্লে।"

অমুম তৌন অনিদো য়েংন য়েং" কপ্নরি,
পল্লেম পম্তৌ ওইবন মচাগীত খনখরে
কংসচোর মখুত্ত অমুক শিরোই খল্লি-এ,
মমা মপা কৌবন মচাকৌব জাত্তুবু
অজর অমর ওইবগুম মতমপুম্ব খনবদো
অনিহুস্থ থোক্লি-এ; ঙাহাক অমুক পাখংলি
ঙাহাক অমুক পোথারি। রারী শিংবুম কয়ান
থাঈনঙৈগী রারীশিং মহৈ মহৈ িংশঙি।
কানগী মতম অহুদ কৈক্ষমশংগী মপান্দ
"ইমা ইমা পাবুং-ঙ" হাঈব শব্দ ইখোন্সে
বসন্তগী অয়ুক্ত 'লৈগী বনগী মরক্ত'
নোংদোন লাইজ লিক্লান লিরি লিরি তাবগুম
অনিহুগী নাকোংদ হন্ন হন্ন তারক্লই।

কৰি মতৌনো'সিদে ওকখৰেদা অনিদো,
নুংশিৰৱ মিঙ্গৌদো . মখোইত্নগী পুন্সীদ
বনা নাৰা অমন অমুক্তস্থ কৌথিদ্ৰি।
থুম্বনদি কৰিনো, য়াক্ল ওলাং থাজিন্দ
মধ্যান নুংশা লাংলৱ কংলে হাঙ্গৈব খৌনাউদ
অমৃতগী ঈৰাবু হন্ন হন্ন খিকপগুম,
খোঞ্জেন অহু তাবদ অনিত্নন পেনখিবা—
চিনকেন ফব কবিন থাত্নস্থ থোক্লৰোই।
হাঙ্গৈন হাঙ্গৈন খোঞ্জেন্দো অনিত্নগী নাকোংদ
অস্নুম নক্ল তাৰক্লে, নক্ল নক্ল তাবন
কৈন্তম থোংজিন য়ৌৰগ নিংথিৰৱ মূর্ত্তি'মা
অনিত্নগী মমাংদ ভাম্বোইত্নন ফাওৰক্লে।
নুংশিবগী লক্ষন্ন মপং মপং খল্লগ
অথুম্বগী মতৌন মচি মচি লৌত্নন
মূর্ত্তি ওইন শাৰকপ অত্নগুম্ব চেংলৌদো
খংহৌদন উবদ মুনখিবন অনিমক
গালংজ্ৰানবু মাংত্নন মালেম থক্ত তাখৰে।
হায় কৰিবু হাঙ্গৈসিগে? মচা কৌব অত্নগ
যুক্তা কোঙ্গাই কয়াবু কাঙ্গৈন পষ্খে চল্লগ
নোংম উন' ফংবদ মমা মপাশিংত্নন
অস্নুম ভৌন ৰাম্বব কৰি মতৌ কৌবগে?

মচিন্মনাও অনিদো থুন য়াংন চংশিল্লে,
কৈন্তম খৰাই অত্নগী য়োংকী চৈবুম লৈৰম্ব
কোইদত্তুন হুন্দোক্লে, অনিত্নবু পুল্লম্ব

মারগম্ব হৌজিক্কে, এইগুম্বব নচাবু
পোক্লগনে নখোইন কংস কৈক্তুমশংসিদ
অল্লা শংলেন কুম্বদো, ভারত লৈম মপারি
নিপা মুপী কয়ান কংস মাগী চৈরোংনে
ৱাবিবনে অতুম ; সহায় উপায় শোইনাইন
য়ারা মখোন থোক্তন খুদাং পিকম তৈত্তুন
অরাশংদ নংলিব পল্লেম পঙ্গৌ কয়ানি।
শাগৈগীদি মৈরা ওই' মপারিদি কয়ান
মমা মপা কৌবগী মুংশি চায়োক ফংদন
খংত্রে হাঙ্গৈব কোচিন্দ লোংনতুন খাংনরি।
কনানসু মাতুদ থম্মোই ৱাদি অচুম্ব
কোংদোক্তুন প্রতিবাদ তৌব ওমত্রে ইমা-ও।
ধর্ম্ম লৈথেৎ য়াওদন ক্ষমা লৈনম পক্তন
শাসোল্লব লৈপাকসে নবক য়াইথোং ওনখবে,
রাজকর্ম্মচারীন হিংচা য়াইতম শায়োল্লে।
শাস্ত্রখংব ব্রাহ্মণ স্বার্থলমত মাইরোল্লে
ব্যভিচারী বর্ম্মন অনাচারী মূর্খিন
মাইকৈ পুম্ব ফিশংব পৃথ্বীভার পুঙমত্রে,
হাহাকার মনিন্ন নোংদোন মাইকৈ থিখুনত্রে।
ইমা ইংগা অনিগী অন্নাপন্দুপ থৈবগে
পৃথ্বী লৈম অনিগী অল্লা পোৎজুম কোল্লক্লে
হাঙ্গৈব ফৌবোয তাহুন গোপয়ুমদি থাহুন
লাক্লর্দনি ইনা-ও। আশীর্ব্বাদ পিনরো,
কংস নিংথৌ যাইবাদো থোদোক্তুন হজ্জী
যদগী মুমদ ওসিদি শীংরগে নচানা।"

মপারি য়াথং তাবদ আনক দুন্দুভি
অচৌউদ হরিন মাগী মরানশংদুন
খুংলাই মরি পাঙ্গদুন পাম্বোম মরি পান্দুন
য়াথংখিব রারীদো নিংশিংলমদ উরক্লে।
বেদসুক্ত মন্ত্রন স্তুতিদুন হরিবু
পেল্লনখিব পর্ব্বদো নিংশংলেনে যদু-ও।
মপুক্লীংদ নীংজরে—তাইবং অরা খৈনব
হরিমূর্ত্তি শায়োন্দি এগী ঈন হুনখিব
লাইবক কৈদ এহাকসে। অমরোমদ দেবকী
পারি মরা তাবদ থাজমিদুন চোংদুন
পারি মাঙ্গথোং য়েংদুন মোমোন মোমোন নোকচরে।
মতৌ অসুম তৌদুন মুংশিরবশিংদুন
মুংশিরারী শাদুন মতম পুঙ্গোই লেল্লিডৈ
পল্লেম পন্থৌ অনিন দুগাইবগী মতমদো
লোইদ খমদ শাংহন্নিং মুংশিরব পাবিগী
মাইথোং থাজ পুংয়ান্দো হুন্ন হন্ন চুপ্তুন
রাবিডৈগী রারীশিং কাউখিদুন লোইনমক
তাইবং য়াইথোং অসিদ মুডাই য়াইফ মীপোক্তি
মখোইদগী হেনববু কনা লৈরি নাংলিডৈ,
খংহৌদন দংসদো মফমদুদ থুডবে।
মশম্মনা ইঙ্কা কাই, মৈদ ইকপ য়োংবুয়
ডাংলে হাঙ্গব মমিত্তো কোইরৈ লৈন য়েংলকই।
মাগী মশক অদুবু উকবদ অনিদো
খংথেবোইদ ফরিনো, গোন্দ ৈংব চেন্নান
খরং শাউন আবদ ডুগ ফ ডুফাই চনবওম

নংবু করি কৌত্নন মিংথোনসিগে ইবুঙো।
অসি কৌরে পেন্দরে অত্ন হাঈরে পেন্দরে,
ঙসি কোরৌ নুংদগী বসুদেব মপারি
বাসুদেব হায়রগ জগৎ তাইবং পানবন
খংলসন্ন নহাকপু, দেবকী হে দেবী-ঙ,
তাহোরোনে ইবেমা ঐন থোনব ইচাগী
নুংশিরব কোলোয়সে খংহোৱোনে ইবেমা।"

হোৌগৎলক্লে দেবীদো মাইথোং তপ্প কাংত্নন,
মপারিগী মাইথোংদো চিংন চিং-ন য়েংলগ
মিংলু নাপোম অনিদি ইপান্থাগী তুরেনগুম
প্রেমগী ধারা মরিন ফুইন ফুইন চেল্লক্লে।
ইমা ইমা হাঈত্নন বাসুদেব কৃষ্ণদো
দেবকীগী তম্বাক্ত চোংশিন্দুন ফম্মুরে।
পেঞ্জখ্রেদা দেবীদো হাদ করি হাঈসিগে।
হৌজিক্কমা পোক্লিব নারা মৈনিং কুমত্নন
রাঙ্গোনশংদ লৈবমগুম তোঈন তোঈন নংথ্রকপ
খোম্লাং মৃত অত্নবু তোঈন তোঈন ইল্লগ
তপ্প তপ্প হাঈরকই, "'সিগী দমক্তনিদো
নোংম নোংম মুৎথ্রকপ পুন্সী মৈরা অসিদ
আশা শিংজেন হুন্দুন নুঙ্গা ঐনা থাংলকপ।
গর্ভদগী তাবগ থোম্লাং ফাওব ইংলৌদা
ইচা মণি তরুকপু য়েংন য়েংন মাংখিব,
কাঈনশিংজা অত্নন চরৈ তৎন ফুরব
মল্লে হাঈব দেহসে চিতা নৈদ থম্বগুম

চিন্তা মৈশা লাংহুন খাংলকপগী মরমদি
পারি মুংশি মতুম-ও নংগী দমক্তনিনে।
রাজমনগী মনাদো ওসি কংলে ইমান
নিংজমনগী মহৈস্থ ওসি চারে ইমানা।"
অসিরাদি হাঙ্গৈহুন পারি মুংশি মাইথোংদো
হন্ন হন্ন চুপ্পগ খোম্নাং অহু ইঞ্জরে।
মতৌ অহু উবদ হরাউরব তাইবংপান
মখে লাংন নোকচরে; মলয়াগী মুংশিংন
ফুইন ফুইন শিত্তুন পেঞ্জহুমাই হুন্নক্লে,
লৈরাং পাম্বী মখৈন লৈশাং মতোন লোমজন
মালংখুত্ত হাপ্তুন লৈনম খুদোন থারক্লে,
হৈরাং পাম্বী মখৈন নমুন চান মুল্লব
হৈনম খুদোন শেমহুন মালং পাউজেন নেক্লক্লে।
লৈন থনব লৈকোন্দ চেক্লা মখৈ য়াকাইরে
হৈন থনব হৈকোন্দ পোম্বীমখৈ য়াতারে।
অমুক করি হাঙ্গৈগনি নোংদোন তিয়া থক্তুদ
বিগান বিমান তোংত্রুন লাইগী মখৈ তিল্লক্লে,
পারিজাৎকী চরোংন নোংগী লৈরি মতৌগুম,
রারা রারা খিক্লক্লে, দেবশঙ্খধ্বনিনে
দুন্দুভিগী মখোয়ে মখৈ ফংন নিল্লক্লে।

যদু মৈতাল-অরাব বাসুদেব ভগবান
খোম্নাং মত অহুবু হন্ন হন্ন থরুগ,
থোংল মুংশি খোম্লোইদ মাতৃ-থেম্ন লৈরাঙে,
"ভোজনিংঙোন থবা-গু, হাদ পল্লেম ইবেমা।

কৃষ্ণ হাঙৈব অহুনি বসুদেব বীর্য্যন
দৈবকীদি ইমাগী গর্ভদগী পোকপনি।
কত্ত তমথি নহাক্কী চৈরোৎ শউম কোক্লব
গোপনন্দ মরান্দ য়োক্ল বনি খংজো-ও।
ঐবুতবু মাংনব নংন কয়া লাক্লব,
মাহুদগী নহাক্কী কত্তমিংথি মনম্ন
তাইবং শান্তি লৈয়োনবু পুমখিহুন মাংখিব,
নরক পুরী মতৌগুম নংগী লৈপাক অসিবু
কিনখিব তাইবংনা। হৌজিক্তিনে অকনবা।
নংন ঐবু মাংহনব ওম্মরোইএ খংলোকো
মাহুই প্রমান পিনব লেপ্পিবনি নমাংদা।
অহুননে ওসিদি ভিক্ষা ওইন নিংগে,
নংন ঐবু য়েংথিব কত্ত পুকচেল হাফুদো
থম্মোইদগী কোইদংলো, নংগী জয়বু শকুন
হুওাইরব পুক্রীংন হরাউরব থরাইন
গোপসুন্দ অমুক্ক হুঞ্জখিগে ঐখোইসে।"

অপংবদ তাকপ্রব শাউনবক্ত-নরোই-এ
লিন্দ য়ঙোম পিজব মাগী হুও মহুল্লে,
কয়ে হাঙৈব য়াহৈদো মাবু লক্লে নিংহুন
শাউন খুম্মি কংসন, "বসুদেব মপাব্রি—
নিপানগুব গর্ভদ দেবকীন পোরবা।
কয়ে ওসি খুদোংলে, চহিযুক্কী কোম্মাউবু
নংবুতবু মাংনব বংস ঐন পৌরাংদ
নোংমতবু য়ায়োংদে। ওসি ঐগী লাইবক্ত

থরান মপান শাত্তুন বিথিলাইন চান্দুন
ঐগী তমথি নহাকপু ইখুৎচল্লো পিবিরে।
বল্লিচুক্ত পুল্লগ থাংলেন চৈকক মত্তন
নগুক অত্থ কক্তুন নংগী ঈন ওসিদি
লোইখিদব যজ্ঞগী পূর্ণাহুতি পিরগে।
ননাক্তগী অসিন বলরাম হাঙ্গৈবদাই?
হায়োংলেদ ঙসিদে, করি লাইন চান্দুন
থিকদন অনিমক পুল্লপ ফংলে ঐহাক্না।"

"কংস হাঙ্গৈব অপংবা।" রামপাথৌ কৈরেন্দো
মথৈ ফংন ঙংহুন পাউথুম পিরে কংসদ,
"নংগী যমদি ঐখোইনি, নহাক্কবু ঐখোইবু
হাৎক্লি হাঙ্গৈব রাকমদি হুমিৎকৌব লাইহুন
মনিংলোমদ থোক্কুন মমাংলোমদ তারব
মাহুতদ তাব য়াই।" থুম্মি থুন কংসদো,
"মুঙাইদকো অপংবা। নখোইনিসু যম ওইরে?
ঙসি হাঙ্গৈব হুমিৎসে যমগী যম্মক্ত ঙাইরে।
যম্মশান কিরব ঐগী মিংবু তাবদ
চৌদ্দভূবন নিক্লব মীগী লাইগী যম ওইব
কংস ঐগী ইখুত্ত যম্মু শাব নখোইনি
যমগী তান্ন শীহুন, উৎপু ওইন মাংহনগে।"
"অমুকসু হন্ন হাঙ্গৈখিগে" খুম্মকই কৃষ্ণন,
"হেদ বীর অখোইবা! মানগী পুকচেন থাদোকউ,
নহাক অসে ঐহাকী ঈদ-নদগ মরিনে
নংগ ঐগ যেরুব কৈদৌ মুংদ হৌনদে।
নংগী কুংশি চৈতব পুকচেন অদো তোক্কুন

কৈশুম খরাই মন্নুংদ মুংবংনরে অনিমক।
শত্তোক্লব থাংশাংন খুত্থম চেৎন পাঙ্গইত্তুন
মোংকম য়ারেক থোঙ্গান্দ ভুৎন শব্দায়ক্লকপগুম
য়াক্লে হাঙ্গৈব খোঞ্জেন্ন লাউরকখিএ কংসদো,
"কদায় কদায় দেবকী ভোজশাগৈ চেঙ্খিবি।
যত্থ মৈতাল অশিব লমশিত্তুন কদায়নো?
নখোই অনি অসিবু থম্মুবন ঐহাক্কী
কোক্কী রাখন রাইচিনব, মুঙাই' পুন্সী ইরেন্দ
উৎপাত কৌশিং তাত্তুন য়েক্ল'পনবু খোক্লকপা।
লৈরম্মুদো ঙসিদি নখোই অনি'সিতবু
অমং যাইথোং শীত্তুন ঐগী রাইচিন কোক্লগে।"
অসি রাদি হাঙ্গইত্তুন কৈশুম থোংজিন মাইকৈদ
থুন য়াংন কংসদো চেঙ্খিল্লকই শাউত্তুন,
লংলে হাঙ্গৈব থাংশাংদো খুত্ত জগোই শাহল্লে,
মুংঙাইবগী মনিনবু কংফাত্রিঙৈ অনিদো
পাপী মাগী মথুক্ত মাংলগরা খনহল্লে।
থোংগী নাতৈ শত্তুন শংলেন কান্নুং অত্থদ
প্রপ প্রপ চংশিল্লুবদ রামকৃষ্ণ অনিন
মাইথোং মোমোন্নত্তুন লৈরম্বত্থ উকরে।
হিঃ করিনো অসিদে? খংখরেদা নিপাদো,
বলি উচুক কৈফমদ পুঙ্খিল্লব শাত্থুন
বলি তৌব নিপাগী থাংগী শউম তাবদ
পাখৎখব মতৌগুম রামকৃষ্ণ উবদ
কংস কৌব পাথোদো চঙক কৈজ্জানখরে।
হাদ নিংথৌ অথোইবা। নিপারক্ত নহাক্তি

মশোং চাউব কোরৌনি, মংগী লানবা উন্নগ
করি মুংগী নহাক্ল জ্ঞানগী পরৈ পুনরগে ?
ওসি লাইরেন নোংজাসে মংগী' ম্নৌবী হুমিৎনি,
নিপা ওইব নহাক্কী শক্তি খোংবু শেমহুন
আততায়ী মসাংদ নিপা ম্নোকপ উৎলুনা ।

ওহাক লেপ্লে হাঙ্গৈরগ জ্ঞানগী, লংজিন কংহুন
কংসকৌব নিংথৌদো খুত্ত পাঙ্গব থাংশাংদ
চৈস্ত পোথাং হাপ্তন রামকৃষ্ণ য়েংলগ
পাথৌজবান তৌরকই "হাই হাই নিপা মচাশা ।
করি নথৌ লৈহুন নখোই অনি অসিদ
বন্দী লৈব মীশিংগ ন্নারী পরৈ হুক্তুন
লৈপাক ব্রায়েল মপাল্লান রাজদ্রোহী শাহুন
নিংথৌ পানব লৈপাক্ত লৈপাক লাল্লোই লাংলিবা ।
কংস ঐগী ইবুমসে নখোইগুম্ব লমজান
লম্ভেন শৌবাংলকপদ চৈন্নাক পুম্নাই হন্দুন
যাইবী পুংলেন খাইনব যমগী থানা শংলেন্নি ।
ঐগী মুডাই কুম্মেদ লোইরংখোংনাং শাহুন
যজ্ঞ পনিং থুগাইব কত্ত য়াইথি নখোইবু
মণ্ডিক থোকপ শাস্তিন ব্রায়েল্লমথাঙ্গ পিহুন
কংস ঐসে কনানো খংহল্লগে ওসিদি ।"

ন্নাহৈ অসি তাবদ মাইথোংহাইরপ নোক্তুন
পাউথুম্লকই কৃষ্ণন, "বীর ওইব নিপাদি
যদগী চৈন্নাক কিদেএ, ঐহাক অসে হে নিংথৌ ।

মল্লভুমদ য়ৌখরে। পাক্লে হাঙ্গৈব লম্পাক্তো
মীন ইকোই কোইখরে, মীয়াম'তুগী মনিন্ন
' তরুং ঈখোল্লকপগুম ন্নান্না শব্দ ন্নাঙ্গৈবকপ
মাইকৈ লাককম খংদন অরাপ পাউখুম নিনখবে।
যেংবদ্ মিৎযেং তান্ন তিন্নখিব মীয়ামদো
য়ুথক চাম পাক্লব অতুগুম্ব লম্পাক্তা
মাইকৈ মরি থনখরে। মযাইতুদ খজিক্তং
কুম্মৈ তৌকম খাক্লি-এ, অতুগনে অমুকস্মু
শগাই শগাই শারগ লৈমসিজ খিবিক্কী
কুম্মৈ যেংকম শেম্লি-এ, অস্তি প্রাপ্তি অনিন
সিজ্জলুচিং ওইতুন শগাইপুম্ব থনখবে।
য়ামখবেদ মীয়ামদো, অশোল্লনা নহাইন
খোংতেক মিত্তাং থাক্তুন কুম্মৈ য়েংনি হাঙ্গৈতুন
খুবক হাংদন তিনখরে। হে পৃথ্বী লৈম-ও।
অমুক য়াম্ব মায়াম্নু পুরবদি নহাক্ল
মুপী ওইবী নহাক্তি লাইগী শক্তি লৈরক্তাও
ওমকম থোক্লে হাঙ্গৈনিঙে। চুম্মি তাইবং মপুন
নংগী অকম কোক্লব মীওইপোক্ত শায়োনবা।
অতিয়াদ লাইযামস্মু বিমান বিমান তোংতুন
কুম্মৈ ভাবোক ওইখরে, মর্ত্য পৃথ্বী লমসিদ
কেক্ত হাঙ্গৈব য়াদব অতিযাগী লাইশিংনে।

হৌন্নক্লে অকিব লান, পৃথ্বী অসি নিত্রক্লে।
যমগী মশক ওইরব যতুভোজ শাগৈগী
পাম্বৌ নোংশা আনিন লান্দ আক্লবাহ্নবগী

মখোন অহ তাবদ কুম্মৈ য়েংব লাইয়ামফাও
খুংন নাকোং মেন্নরে। চিংগী লোকচপ ময়াদ
তরাচিঙ্গাক হাকথংদ চিক্লবকপ নোংশাগুম
আততায়ী অনিদো খুৎক খুৎক পাঙ্গনরে
শম লাক্কন চিংনরে লামদ লামদ থানবে
খোংগ খোংগ কাওনব অকিবগী মশক্তি।
অমন পাম্বোম খিণ্ডি অমন খোংকম কাওই
জয় হাঙ্গব শব্দন চিনগী পোথারোন ওইনরে,
মিৎ অনিদো শংতোক্লৈ কাল্লৈ কাল্লৈ য়েংনৈএ,
অমন থং কাওরকই অমন থোক ওক্লকই
চোংশিন্দুন কোন্নৈ লাক্কন লাক্কন লংনৈ
পুন্দ্রে পুন্দ্রে তুনব হেঃ অঙকপ মতৌনি।
খোংকম হন্দোক্লবদ শেগাক শেগাক কাঙ্গরকপ
পৃথ্বী লৈথক অসিন তুরেন ঙাক্ত ওইরক্লে।
মহাশূর অনিন মতৌ অস্থম লাক্লব
মংগী কুম্মৈ য়েংবদ ভাবোক ওইব মীশিংগী
মিৎয়েং কবাক খনখরে চিনবান খরা চনখবে।
কংপ্রবোইদা কংসদো, মাত হাৎকে হাঙ্গদুন
শাপোল্লব হরিদো মাবু শাঙ্গন পাওমদ্রে,
হে কংস-ও অথৌব! থাগৎকেনে নহাকপু।
তাইবং মপু হরিগী লাম্বা কুম্মৈ থোক্লব
পাথৌরেনগী শায়োন্দ পোক্লকপরা নহাকপু।
কুম্মৈ অহ য়েংলিব ভাবোক মথৈ হাঙ্গনৈদা
ভর্গসগী লাম্বা 'সিগুম লৈরিক্রা' পৃথ্বীদা।

পাক হাইজিনর য়াদবা থোক পাঙ্গথুব ওমদব

মীমুংশিগী লাইজন থম্মোই অহ্ চুম্মাবু,
অশোম্লনা জীববু শেম্বি খোংপি তৌহন
তাইবং খেঞ্জোং লময়াইদ থৌজাল উরোং খিন্দুন
মানব ধর্ম্ম লিংবদ নংন মকোক ওইখুনে।
ঐগী ইপা ইমাসে নংগী নশেন নচম্নি
মখোই'নিবু ওৎলগ নংগী করি ওইজবা?
বন্দিদগী থাহুন নশেল নচন ওইবগী
মকল্ল চাব বৈভবত মতিক্ চান থম্বিমু।
নংবু পিশক পিকউেদ, অল্লা মায়োক্ ল্লাহুন
যোকপিহকপ নপাবু বন্দীশংদ থম্নগ
লাক্লরিব অসিন নংগী করি কাম্নরি?
নপাহুগী মকমদ সন্মান বেভার উত্তুন
তাইবং মীরেন ওইবগী নিংথিজব থৌরাংদো
ওসিদগী তৌহৌরো। ঐন হাঙ্গৈব ল্লাকমসে
লৌত্রবদি অকনবা। তৌদ য়াদ ইথৌগুম
লৈম পৃথ্বী লৈমগী অল্লা পোথাং খৈনব
নংগী থক্ত খুৎলাইদো পাঙ্গৈব তারে ঐহাকসু।"

শ্রীহরিগী অসুম্ব সঙ্কিলংন লেংলকপ
পাউমেন পরেং অহুবু ল্লাল্লোইদেএ কংসদো,
শাউব হাঙ্গৈব লাইহুন মূর্ত্তিপাম্ন লেপ্লগুম
কোরিঙম্ব সিৎয়েংন লৈন লৈন য়েংহুন
হরিকাদ খুম্নকই, "ফরে নংসু হাৎলগে
নয়াম্বসু হাৎলগে হাৎলগেনে কনাগী—
বসুদেব দৈবকী উগ্রসেন-ও হম্নুব,

তাইবংপানব পুম্বন কংসকত্তে হাঙ্গৈরিব
হিংচা যাহৈতম শাজৎন মুংশিহৈত পুকচেন্ন
মীবু ওৎলি হাঙ্গবদো ঙসি কৌব মুমিত্ত
হিংচাবগী মশক ওই তাইবং প্রলয় তৌবগে।"
"পংগন্নুদা নিংথৌ-ও" পাউথুম্মকই কৃষ্ণন,
"নংগী পোলোয ফিবম্মু খল্রবদি নহাক্ল
করি লাল্লোং তৌহ্নন ঐগ লাম্বা পাগগে?
থাংগী লান্বু তৌসিবা তাগী লানবু পাম্বরা?
তেনগী বিদ্যা তাম্নসি গদা হৈব উৎনসি
নংন হৈনৈ হাঙ্গব'মা ঐস্থ হেক্ত বাগনি।"
"থাংস্থ পামদে তাস্থ পামদে" খুম্মকই কংসন
শাগ লানবু তৌবদ করি খুৎলাই চংবগে?
চৎসি লাক-ও হৌজিকমক মল্লভুমদ চত্তুন
নঙক অহু থত্তুন ঙসি পোলোয় পিবগে।
গোপ চিঙ্গাক চাবশা। কংশ ঐগী মাংদবু
নাপন ভৌব শাইদকো, কৌবো কৌরো কনাগী
নন্দ নিংথৌ হন্নব পাংদ হামেং কোইজোম্বা,
ধন্নিপংদ হ্যাংব তুমিৎ যুবান শাগুম্ব
গোপ নাম্না লমজাশা। নখোইনিসে ঙসিদি
তাউব লুইথৌ য়ারক্ত যেন্নাউবীন তোইবগুম
কংস খুত্ত কমহ্নন যাইবী থরাই মাংবদো
মীস্থ লাইস্থ চপমান্ন সাক্ষীসম্নু তেংবান্দা।"

মতৌ অম্নম তৌহ্নন পাথৌ লাম্বা অকনব
আততায়ী ময়োর কুংসকৃষ্ণ অনিমক

মতৌ অহৃ উবদ হবি কৌবোয় লকাদ
করি থৌরাং শিল্লকপ তমথবিরো ভাবতি।
খল্লি নিপা অসিদি হকথেংলবা পাথৌনি
চুম মনগী লাল্লোংন মাবু ওম্ব য়ারবোই,
পূর্ণ ব্রহ্মনারানগী সিদ্ধি নিপান উত্তুন
কংস হাঙ্গৈব তিথ্থংসে মক ফংন ফুব্লগে।
রাখন! ফিরেপ অসিদ কংস মাগ নম্নন
শ্রীহরিন উৎলকপ লানগী লাল্লোং য়েংলসি,
রৈন রৈন কোন্ন কোন্ন লৈরিঙৈ অসুম্ন
কংস মাগী মাংদগী মাংথোকখবে কৃষ্ণদো।
কৈদ চৎথ্রে খল্লিঙৈ থংহৌদন মমাংদ
চাউরে হাঙ্গৈব মূর্ত্তি'মা ওল্লক্লেনে হরিনা,
অকিবগী মশক্তি মথোং নাম থাবদ
পৃথ্বী থক্ত চহ্নন্দে, মাতু উবদ কংস
কোকচাউবীবু কাখরে। ভাহাক অমুক লৈরগ
মশিং লাকপ ওমদন কৃষ্ণ মম্নাম থোরক্লে,
ওইদ যেত্ত মাংদ তুংদ কৃষ্ণ কৃষ্ণ মক্ত—
হায় কংসদো খংলক্লে। পিশক পিরু অমুক
থোরক্তুন কৃষ্ণন কংস মাংদ লেপ্লরে,
কৰিনোনে অসিবো করি শাইগী মূর্ত্তিনো?
এঃ এঃ অমুক মাংখবে। ইহেঃ অমুক থোরক্লৈ।
ইঃ চাউথ্রেদা অসিদে। হিঃ অমুকস্ত পিকশিনবা।
তাইবং পানব পুম্বসে কৃষ্ণ ভাক্ত থনখরে!
কংসকৌব নিংথৌদো খোংকম ফাব চঙদন
ফেংবেং হাঙ্গৈন খাংলক্লে, তুংগা পানগ ওমবে,